# য়েনিং থাগী চৌঙশাং

অইবা :

লাইশ্রমচা তোতো

হংশন বিরেন

এল. বিরেন

# য়েনিং থাগী চীঙশাং

অইবা :

**লাইশ্রমচা তোতো**

[illegible]

[illegible]

**এন. বিরেন**



অহানবা ফোঙবা—২০০৮
কপী মশীং—১০০০

মথুম য়েকপা—প্রেম আনন্দ (লুখোই), হিয়াংথাং



মমল লুঃ ৮০/-

নম্ফম:
ষ্টৈণ্ডার্ড প্রেস, পাওনা বাজার ইম্ফাল।

# য়াহৈ খরদং

"য়েনিং থাগী চৌঙশাং" মিংথোনবা লাইরিক মচা অসিগী মপুঙ ওইবা য়ারী অসি শেমজিন-শাজিনবনি। কনাগুম্বা অমত্তগীগা মরী লৈনদে। মরু ওইনা ইরোলদা, লাইওইশ্রবা অহলশিংনা থম্বীরম্বা পাউরৌ অমদি চৎনরাহৈশিংদা তাংজ্জদুনা ইজবা য়ারীনি। মসিগী মরমদি—নৌনা তমথংলক্লিবা মহৈরোয়শিংনা পাউরৌশিং অমস্তুং চৎন-রাহৈশিং শিজিন্নবা অমদি মমুং তানা থঙজিনবদা খরদংদা ওইরবস্তু তেংবাংজবা ঙমগদ্রা খন্দুনা ইজরুবনি। য়াংলবা য়াথল্লোন চেনবা অহলশিংনা শিজিন্নবীরম্বা পাউরৌশিং অমদি চৎন-রাহৈশিং শিজিন্নজবদা অরান-অহুই কয়া শোইদনা য়াওরমগনি। মহুশিংহু শোয়দবা নত্তে। তশেংনা থিজিন-খঙজিনবা য়াংপদগীনি লৌজৈ।

কয়ারক হন্না তাকপী-তিকপীবগী মতিক চেল্লবা ইরৈচা, অখঙ-অহৈশিংনা তাকপীরকপা অশোয়-অঙাম খিবিক হরাওনা লৌজগনি। লোয়ননা চুমথোকচনবগী খুদোংচাবনি খঞ্জগনি।

লাইরিক মচা অসিনা নৌরিবা মহৈরোয়শিংদা মতেং থজিক্কং পাংবা ঙমজরবদি হোৎনজরুবগী মহৈ য়াল্লে লুংঙাইজগনি।

—অহৈবা

# ১
# অঙাংদি নিঙথাদা খঙই

চৌঙশাং'তুগী নাপোমদা পাক-শন্না তারিবা খুলগী পীক্তকপা য়ুমগী ফুঙ্গাদা মীয়ায় চল্লক্লবা মপা-মমা অনি রাংম-রাংম ফমদুনা ইমুঙ-মন্নুঙগী লৈত লাইর রারী শানরী। অয়ুক চাকঙন চাদুনা পামদা থবক শুররা চৌঙগী চৎনবীনি। পামদগী য়েনশাং-নাপী, মহৈ-মরোংনচিংবা ময়ুমদা পুরক্তুনা পৈশিল্লগা মপুঙ ফারবা মতমদা অমুক অমুক কৈথেলদা পুদুনা য়োনৈ। য়াম্না রানা শেল তানবনা শেল মমল রাংনা অমম্পুং লিক্লা শিঙ্জিনৈ। মচাম্নুপা অহল সিমথর মথোং কয়া চাদে। লাইরিকস্তু নিংথিনা তম্মু য়াদে। মমা-মপাগী মতেং পাংবরা হায়বস্তু নত্তে। মমা-মপাশিংনা মচাম্নুপা পোকপগী হরাওজবা অদু মথোয়'নিদদি মচা অহল অদু নারক্ত থোকপা থাবলগা চপ মান্নখ্রে। মানা থোকপা অমা তৌদুনা পংলৈদা লৈ। চৈ থাংই হায়বগী কান্নবা ইলৈ-লৈতে। শামু মথুন্দা পেনা খোংবা হায়বদুনি।

অঙাংদি নিঙথাদা থঙই হায়নবগুম মচান্নুপা নিংথর, ময়াম্বদুগা ইমান মান্নদে। পীক্লিকৈঙেদগী য়াহৌ য়াম্না ঙল্লি। চৌঙগীদি য়েনখোং অহানবদা হৌগৎতুনা মুপীশিংনা ফৌ শুই হেক লোইবগা ফুঙ্গা মৈ হৌগৎলম্লগা ঈশিং শোকপা চৎনৈ। মুমিং থোক্লকপদা চাকচা তোক্ল-রগা মাগী মাগী থবক চৎনৈ। নিংথর মমাগী থবক ইনখাংদা ইয়াওদ

য়াওশিল্লি। অয়াম্বা মতমদা ফৌ শুবা য়াওই ; ঈশিং শোকপা চংলি। মপানা পায়রিবা শায়রোং অতুদগী থর পীকথবা অমা শারগা উচেক কাপ্পী। তেন শাতুনা কাপ্পী। মখুৎস্থ য়াম্না চুম্মী। চেন-চোংবা, শান্ন-খোংলবা, মমান্নবশিংদগী থর থোইদোক-হেন্দোকপা অমা ইরোয়-লোয়নরকই। মপানা খঞ্জে—মচাহু ইচম-চম্বা অমদি ওইরোই।

চৌঙগীদি অমাং-অশেং হায়বহ্ লৈতবনিনা ফুঙ্গা অহুদা ইকোয় কোয়না ময়াম অতুম ফম্মী। মুপীশিংনা চাক য়েনশাংস্থ অতুম থোংই। ইঙেন অমস্থং থরান থাগী মতমদদি ফুঙ্গাদা ফম্বা য়াম্না মুংঙাই। চুগজাক অনৌবা ঙান্দুনা চানবা মতম্নি। য়মথোং খুদিংগীনি। পাখঙ-লৈশা-বীশিং পংকোয় কোয়তুনা চুগজাক চাহুনা ফাগী জোগায় রারী শানতুনা রা রা নোকই। কনানস্থ অশাওবা রারোবা লৈনদে। অয়ুক-মুংথিল থবক-ইনথাং শুবদা রারুরবস্থ য়াম্না চম্না ইরা রারুদবগুম্না হিংমিন্নে। থা অনী অসি চৌঙগীদি, অমরোমদা ফৌ-চেংগী অরী-অনৌ শিন্নরম-দাইগী য়াম্না রানবা মতম্নি। অতুবু চুগজাক্তা চারবস্থ হিংবগীদি অতুক লুনা থোক্তে।

অঙাং ওইরিবা নিংথরগী মপুক্লিঙদা য়াম্না পেন্দবা. ইনুং-মুংঙাইতবা অমদি লৈ। মতু মাগী মপানা মুমিৎ খুদিং মতেক-মতেক লীবা রারীদা মচলমুপী, নিংথরগী মনে অমগী মরমদা হেক হেক য়াম্না মুংঙাইতনা শোনব'তুনি। ময়াম্বতুদি নোংমতা মখোয়গা পুন্না ফম্মিন্ন-তুনা রারী রাতাই শানবা যংদে। চাক চাবা মতমদা লাকপা, চাক হেক তোকপগা মানা থোকপা অমা অতুম তোবা মাগী ছোনশানি। অমত্তা ঙায়রবী মচলমুপী নিঙম্না, মোং হাদবী মুপী মচানি। মচিন মোপ্না য়াম্না মুংশিননা লোয়নৈ। অমুম্না, মুমিৎ-থা অমস্থং চহিনা তাক্লমদনা অমুম চংখিতুনা নিংথর চহি তরারোম শুরক্লে। মখোয়গী খুলগী স্কুল অতুদা লাইরিক তম্বা লোইরে। মমা মপা অনিতু মচাবু লাইরিক-লাইশু য়াম্না তমহন্নিঙই। অতুবু কদায়দা তমহনগদগে হায়বসিনা মরুনি। ইস্ফালদা তমহনবদি য়াম্না ফগনি খন্নে। অতুবু ইমুঙগী

ওইরিবা শেম্বমগী ফিকম অমরোমদনা মচান্নুপা নিংথৌরল্লা য়ুমদা লৈতবদা য়ুম শঙবীনবা ফাওবা লৈতবগী অয়াংপা অতুম্ভ থৱৈ। থৱম্ভ তমহল্লুবগুমম্ভু তৌ, মহৈ চাবা ফংদনা মরক্তা মাঙগদ্রা। কাংখ থাঙ খুজাই কায় হায়বদু তাগদ্রা রাজৈ। মমা মপা অনিহু মচাগী মপুক্রিঙ অহু য়েংলুরগদি মখোয়না রানা হোৎনজবগী মহৈদি য়ানগনি নিঙজৈ।

নিঙবু নিঙলবদি থোক্লবা অমদি লাকই। মখোয় অনিনা ইম্ফালদা পোং-চৈ য়োনবা চংপা খুদিং থুংফম ওইবা ইমুঙ অমদি লৈ। মখোয়গা লেঙ্গা ওইনা তৌই। মপুক মপাওম্ভু য়াম্না ফৈ। মপা অহুদি লোয়শঙদা থবক তৌই। মচান্নুপা অমা অমম্ভুং মচান্নুপী অমা লৈ। মফমতুদা মচান্নুপা নিংথৌর লৈহল্লগা মহৈ তমজনবা থন্নরে। মরক মরক্ত নিংথৌরম্ভু য়ুমতুদা অনৌ অপেন থিনবা চংপতুনা শকথঙ মায়থঙনৈ। ইমুঙতুনম্ভু মাবু লুনা তৌবী। নোংমা নিংথৌর মপানা চংতুনা রাফমতু হোদোকলুরে। য়াম্না হরাওনা য়ারক্লে। মমা'তুনা হরাওজরিবদি অমত্তা ঙায়রবা মচান্নুপা অতু নিংথৌরগী মতৌ উরগা মশা মউ ফবা খিঙ-খিঙ লাউবা নুপামচা অমা ওইনিঙলক্কনি হায়বসিনি। ইরুজনিঙবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নে হায়বতু থোক্লবদা নিংথৌর মপাতু হরাও হরাওনা ময়ুম পাংলক্লে।

মপানা য়াম্না নুংঙাইতনা হেক হেক শোনবা মনে অতুগী মরমদা হংনিঙবা অমদি নিংথৌরগী মপুক্রিঙদা ফাওই। লাইরিক তম্বা চংকদবা নোংমা নিনিদা ঙায়রক্লবা মতম অতুদা মপাদা হংই। মপানা রারী লীতুনা তাহল্লে—"ঐখোয়গী হৌরকফমদি লৈরিবা খুঙ্গং অসি নত্তে। মফম অসিদগী য়াম্না লাপ্পা খুঙ্গং অমনি। নুংকোয় কোবা খুল অতুদা ঐখোয়গী শাগৈ নাতৈ খুল পান্দুনা লৈবনি। ইমা ইপানা নঙগী ননেগা ঐখোয় অনিদা পোকপনি। ঐনা নঙগুম্না চাউবা মতমদা ইচল নুপী নিঙশিংলাদি পীক্লি। মীনা শীনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বতুনি। খুলগী মীশিংসা খুল অতুগী অংকোয়বদা হৈ-রা

পান্বী মরাং কায়না থাদুনা শেন্থোক লৈনবা থন্নে। থবক অদু লোইগদবস্থু য়ামত্রবনি। অহিং অহিংদা ঐখোয়না খুল পাল্লিবা চীঙশাং অদু খোংবগুম-ঙংবগুম হেক হেক তায়। ইভং ভংভনা খুলগী মীশিং খুল্লাকপগী য়ুমদা ফমদুনা মতৌদু কন্নিনো থন্নে। অশেংবদি কনানস্থু হায়বা ঙমদে। অদুবু অহলশিংনা লাইদা ইরাং থৌনি তৌই। নোংমা, মুমিদাংরাইরমদা চাউব শাংলবা লিন ওইগত্রা নত্রগা লাইরেন্ ওইগদ্র হায়কম খঙদবা অমা অঙম্বা চীঙদগী খুলগী লম্পাক্তা চেন্থরকই। ময়াম লাউনদুনা চেন্থোরকই। অশাংবা উথোঙ অহুম-মরিনা পোঁ নমদুনা ফারে, নহা মথৈনা চাথোকসি হায়নরক্কুনা য়ুমথোং খুদিং য়েন্নদুনা চাথোক্লে।

নিংথরনা হংই—লিন অমনবু খুলগী য়ুম ময়াম য়েনবা থুংত্রনে ইপা ?

মপানা মথা তারকই—"চাউখ্রবনি। পাখঙ অমগী লম মঙা শাংবা অদুগা রায় মরিনা কোনবনি। খুলগী অহলশিংনা খুলদুদা করি থোক্লগত্রা থন্নবসি মুমিং খুদিংগীনি। নোংমা, মুংথিল মীশিংনা মাগী মাগী পামদা থবক শুনরিঙৈ খঙহৌদনা, খুলগী নাকন্দা রাং-খৎদুনা লৈরিবা চীঙ অদু মথোল হোনা থোংলক্লে। ঐখোয়গী খুল অদু থক থক নিক্লকপগুম তৌরক্লে। মুমিংতু ঐদি ইচল মুপীদুগা য়ুম শঙদুনা লৈ। চাউর-চাউরবা মুঙশিং ওন্থরকপা উরে। মরক মরক্তা খুলগী খুল্লক্তা ওন্থরক্নুনা য়ুম-কৈ থুগায়বস্থু য়াওরক্লে। অঙাংশিং কপ্প-লাউনদুনা কোয়চেন চেন্নরক্লে। ঐস্থু ইচলমুপীদু কন্না পোশিল্লগা তৌফমদি থঙদ লেপতুনা কোয়েং য়েংই। ইপাতোল (খুরা) গা, ইমাতোন (ইন্দোল) গা অঙাং অমমম পোরদুনা য়ুম ভম্না চেল্লকই। ইপাতোন্না ঐবু খুং পায়দুনা চিংদুনা পুবীরে। অঙম্বা চান-থক্কবা পোং চৈ থর পুরগা খুল অদু থাদোক্কুনা চেল্লে। লোকচাও অমা লান্থোক্লগা থর রাংবা মফম অমদা ঐখোয় ময়াম লৈহল্লে। মানা কন্না লাউদুনা চেন্নরিবা মীশিংদু মফম অদুদা কৌথংলে। অয়াম্বনা অঙাং ঙাক্কুনি। মুমিং তারক্লবা ফাওবা চীঙ নিংথায়বগী মথোল তাবা লেপত্রি। ঐদি ইপাগা ইমাগা

করি তৌরমগদগে খনবদা লৈফম খঙদ্রে। ইপাতোন্না হায়বগুম্না, ঐখোয় ময়াম মানা মানা ঙম্বা অকংবা, অশংবা খিদনা উ কক্লুনা হোঙ্খিল্লগা পৈরে। মৈজাও থারে। মফম অদুদা ইপা পাখংনরবা খুলগী মীশিংদু চেন্নরকই। অশোক অপন কয়া য়াওনৈ। খুলগী অহল মুপা-মুপী য়াম্না হল্লক্কে। উরগা মখোয়গী মতৌদু ইপাগা ইমাগগী খল্লুবদা মিত্তুগী পি চত্থুম চত্থুম তারক্লে। তুমফম-চাফম খঙদনা অহিংদুমা রানা লেপ্লে। লেপ্পা লৈতনা ওন্থরিবা মুঙশিংনা উ-রা অমদি য়ুমদা য়ৈবগী খোঞ্জেল তারি।

নোং ঙাল্লকপদদি নিঙথায়বগী মখোল খরদি লংখ্রে। খুলগী মীশিংগী কপ্পা-লাউনবগী খোঞ্জেলনা পুক্রিঙ অসি লৈতাহন্দে। মাগী মাগী মী থিবা চংনগদবদু পাক হেক চংপা ঙম্নদনা লৈনরি। অয়ুক্কী চাক খর খর চারগা ইপাতোন ঐখোয় অনিস্থু ইপা-ইমা অনিদু থিবা চংলে। ঐখোয় ময়াম মাগী মাগী পাম মপা য়েং-য়েংদুনা চংনরে। অহিংবদি ইথেং থেংনদ্রে। কপ্প লাউনবগী খোঞ্জোলনা চীঙমায়দু পুম্লিল নিল্লি। ঐখোয় অনিস্থু মুংশা থৌনা কোইথি থিরি। হকচাংসে হুমাংনা পুমচোৎ চোংলে। মিংতগী চেন্থরকপা পি তৈথোক তৈথোক্লা নিঙথায়খিবগী মুঙচাক-লৈচাক মরক্তুদা চেনচং চংতুনা কোয়েং য়েংই। ইরাপ লাপ্তুনা ঐগী মাঙতুদা মখোয় অনিদু ইলাপ লাপ্পদনা তাদুনা লৈবা উরক্লে। মুঙনা থোম্বা-তকথিবগী মায়-মিং খঙদনা কায়রবা ফিবমদু হেক উবদা ফাথবা ঙমদ্রবা পুক্নিঙসি থুক লাউবগা লোয়ননা খোঞ্জেল থোক্লা কপথোকখ্রে। ইপাতোন চেনশিল্লক্তুনা মখোয় অনিবু কোন কোন্দুনা খোঞ্জেল হৌনা কপ্লক্লে। ঐখোয়না ফনা কপ লাও-জরবস্থু মখোয় অনিদি করিস্থু তাবিদনা, নিঙায়দনা অদুম্মক মতম চুপ্পগী ওইনা তুমখ্রে।

মৈ চাকপা মতুংদা পুখ্রি তৌবা অদুগা হুরানবা মতুংদা মৈরিংবা মীওইবগী হৌনশানি। খুদোংথীবা থোদোক কয়ানা মীওইবদা অনৌবা রাখল-লৌশিং কয়া লাকহল্লি। পাউ অদু তানবদা অনকপা-অরাপ্পা

খুন্ন কয়াদগী অঙম অঙম্বা চেং-চাক পুনরদুনা ঐখোয়বু ঙেংখাংবীবা লাক্লে। মাগী·মাগী মরী-মতা কয়াম্ স্থ য়াওরকই। ময়াম পুন্না থন্নদুনা মতুংদা অমুক অদুগুম্বা খুদোংথীবা নংদনবা মফম অমা য়েংলগা খুন্দানবা লেপ্লরে। মীওইবা হায়বসি থেংনদ্রিবমখৈ খঙগন্দে। অরা-অনা, থোদোক-রাথোক কয়া থেংন-থেংনরগা মশাবু কঞ্জনবগী থৌরাং হেন্না তৌরকই। য়ুম অমম্নুং ফৌগী কৈ পুন্নমক চুঙনা থুগায়খিদুনা নিংখি-মুংঙাইনা পোৎ-চৈ অমত্ত লৌবা য়াদ্রে। থর থর খোমজিন-তাশিন্দুনা ফৌ থর হোঞ্জিল্লে। খুঞ্জা পুন্নমক অরাবা মায়োক্লগদৌরি থন্নদুনা চাননবা মরূ-মনাং থানবা হোংনৈ। ইপাতোনগী মচান্নুপী অমত্তা য়াওদে। অদুনা ইচল নুপীদু মখোয়না য়াম্না লুনা তৌই।

রানা রানা থা কয়া হৌখ্রে। অহল অনি অদুগী অরাবা উরগা ঐগী পুক্লিঙসি লৈতাদে। অমরোমদা ইমা ইপাগী থম্মোই শোকপা মতৌদু নিঙশিংদুনত্তা লৈরে। রাখলসি পোৎথাফম ইখঙ খঙদে। নোংম অয়ুক অদু ঐনা চাক থোংই। অহল অনিদু পামদগী পোৎ-চৈ থর লৌবা চংখি। অঙাংশিং অদুগা চাক চামিন্নরে। অঙাওবগুম ঐ লমদ পংচৎত চৎনিঙবা ফাওবসি যনা কুইরবনি। মুমিৎতুমদি করিনো খঙদে, চয়োম অমা য়োমশিল্লে। থাঙ অমা পায়রগা অদুম য়ুমদগী থোরক্লে। হুইগুম্না চেনচৎ চংলি। মাইকৈ খঙদে। মুমিৎনা কোক্তোন লোম্বা মতম অদুদদি ঐ থর রাবা ফাওরে। অরাম-খোরাং পোক্লক্লে। অদুবু অনকপদা ঈশিংদি উদে। রাখল থন্না থম্না চৎপদি লেপত্তে।

লোক্কী ঈরাওখোলদি তারে। অদুবু উবদি ফংদে। ঈরাওখোল অদু তম্না চংলি। ঐনা চংলিবা চীঙচেপ অদুদগী লাপ্তক্লা লোক অদু উরক্লে। চুমদ্রিংনা মদু তম্না কুমথরে। শুক্লবা উমং-রামংনা পুমকোয় কোয়শিল্লি। মুঙপাক অমদা ফমদুনা চয়োমদু চারে। ঈশিং খুজোক থর থকচিল্লে। ঙাইহাক ফমদুনা কদোমদা চংসিগে থল্লি। মঙ-ওই, হা-ওই অহৌবা খোঞ্জেল অমা ইখঙ খঙহৌদনা লাউবা-খোংবগুম

তায়। থঙপ্রেক থঙবা ঐ ফুক হৌগৎতুনা লোক্তুগী মতুংইন্না কুমথরে। ফনা শাংনা চৎলবা ফাওবদা থুল পানবগী থুদম অমত্তা উদে। লোক্তুং ইন্না লেপ্তুনা চৎলি। হৌরবা ঈরাওখোলগা লোয়ননা লোক্তু ভম্না ঈশিংচাইবী ওইনা তাখ্রে। কুমথবগী পাম্বৈ লৈতে।

থর অমুক কাথৎলক্লগা ঈশিংচাইবীতু থৈগৎতুনা চৎলে। মুমিৎত্তি তারকদৌরে। অতুবু থুল অমা ফাওবা উবা লৈতে। মুমিৎনা নোংচুপ চীঙদোন অমুম নকশিল্লকপগা লোয়ননা পুক্রিঙসি নিপাইবা অমুম হেঙ্গৎলক্লে। মুমিৎকী মশেক লোইশিল্লকপা মতমতুদা ইরাপ লাপ্তুনা উতোন্দা মৈথু ফাওগৎলকপা মফম অমদি উরক্লে। মফম অতু তম্না চেনচৎ চৎলে। মখ্নি মখ্নি তৌরকপদা থাংপোক থর থেংনরে। অতুবু অরাবদি লৈরম্লিবা মথোয়তু ঐগা লোন ফাওনরমদ্রে। থাংপোকশিংতু ঙাইহাক্কী পন্ননবা শাবা মাল্লি। অহল ওইরপ তৌবা অমগা ঐখোয় অনি য়াম্না রানা ইঙ্গিৎ তৌনতুনা ফোঙদোক্লরে। মাগীদা অহিংতুমা য়াম্না রানা তুম্বোই তুমদবোই লেপ্লে। অয়ুক অতুদা চাক থর চামিন্নরে। মানা চয়োম মচা অমা পী। ইঙ্গিৎ তৌরম্লগা ঐ অমুক চৎপা হৌরে। চৎপদি লেপ্তে, পম্মুংসু থঙদে।

অঙাও ফৌগু চরা নোংথন্নৈ, হায়বতুনি। মুমিৎ তারমদাই অতুদা উ য়ানবগী খোম্থাং য়ৈবা মখোল অমদি তাবগুম তৌই। থর চৎলগদি ইরোই ময়াম চৎপগী খোঙ্গুল থেংনরে। খুল অমদি শোই-দনা লৈরম্লগনি থনবদা নুংঙাইবা ফাওই। উখোঙ চিংবা ইরোই অমা হোইনুনা চংলম্বা মীয়ায় চল্লক্রবা অহল অমা থেংনরে। ঐখোয়গী লোন্দা রারী শাগে তৌই। লোন ফাওনদে। ময়াম্না খঙনবা লোন্দা হংলুবদদি মাম্মু লোন্দুদা থুম্লক্লে। মহাক্তু খুল অতুগী খুল্লাকপা ওই-রম্লে। মাগীদা থুংলে। মুমিদাংদা রারী নিংথিনা শানরে। ঐগী রারী অতু তারগা মচানুপী অমথক্তগী হেন্না মমিৎত মচানুপা অমা ফাওবা উবা ফংজদ্রবা অহল অনি অতু কপ্পি। মথোয় অনিনা ঐবু মচাগুম্না য়োকপীরে। নঙবু পোকপী নমা অসি খুল্লাকপগী মচানুপী

অহলনি। নঙগী মামা অসিদি কাইনথংদা পোকপনি। অসুক শাংলবা মতম অসিদা ইচলমুপী অতুগী থোঙ্গুল লীবা ঙমদবসিদা ঐ য়াম্না মুংঙাইতে।"

"অতু—ইপা!" নিংথরনা হায়—"ইনে অতুগী মমিংদি করি কৌই ?" "নিঙশিংলা কৌবনি"—মপানা খুমই। নিংথরগী মপুক্কিঙদা মপাগী নিঙবা থুংনবা মনে অতু থিবা অমুক্তংদি চংকে লেপ্লে। মপা-মচা অহলশিংনা চীঙদা চংপগী ৱারী ৱাতায় কয়া শানৈ। থঙনিঙবা কয়া মচানা হংই। মপানা মঙোন্দা মী অমা ওইনবা কন্না হোৎননবা পাউতাক কয়া পী।

মৈ চঙল চঙলগা সনানা মচু থোকই, হায়নৈ অশেংবসুনি—মৈদা ইক্ল ইক্লগা সনাগী মচু শেমই। মতৌ অতুগুম, মথৌনা লৈবা, অথাঙ কনবা, হোৎনবা লেপতবা, নিঙহন্নবা লৈতবা, উইন কনবা অসিনচিংবগী মতিক চেনবা মীদি অৱাবা খুদোংথীবা থেংন থেংনরগা হেন্না হেন্না মতিং লৈরকই। নিংথর চহি অমা-অনিদি ইস্ফালদা লৈবদু য়াম্না ৱানা থোকই। মরমদি মাগী খুলদদি অশেংবা মুংশিং অমসুং অচম্বা পুন্সিশিংগী মরক্তা হিংবনি। অতুবু মফম অসিদদি শেংদবা অমোৎপা মুংশিং অমসুং অমগা অমগা য়াম্না চাংদম্লনা হিংবা পুন্সি মহিংনি। মীশিংগী ৱাখল অমসুং পুন্সি মহিং য়াম্না থেন্নখ্রে। অতুমওইনমক মাগীদি পুক্কিঙগী অনিঙবা অমগা লোয়ননা হোৎনগদবা পুন্সিগী চাংয়েংনি। হিরম কয়ামুক্ত অহোংবা লৈজরবসু অঙাং ওই-রিঙৈদগী মাগী হৈনবী লীচং-শাজং থাদোক্তে। অশাংবা ছুটি মতমদা মাগী খুলদা চংতুনা মপা-মমাগী মতেং পাংই। অনৌ-অপেন, য়েনশাং-নাপী পুদুনা হল্লকই। মশাগী থাজবা মাঙহন্দবা হায়বসি মাগী লাইনিঙনি। করিগুম্বা থবক অমা চংলমদাইদা ইমুঙগী অরৈবা মী অমদা তাক্লম্বা হায়বসি মাগী মহৌশানি।

অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়নবগুম মফম অসিদা লৈরকপা চহি অহুম-মরি কারকপা মতমদদি ইনথংলকপা মতমগা ওইবনে চুঙ-ফিরাল

চারবা ফিবমতু উবদা য়োকচবী মমাতু মোমোন নোকচৈ মাগী শাঙ্গৎ-লীচৎ, হৈনবী অমদি চেল্লিবা রাথল্লোন অতুনা কৰিগুম্বা অমকপা থবক অমত্ত তৌরকনি থাজদে শোইদনা মপুঙ মরৈ ফাবা মী অমা ওইগনি হায়বসি চেৎনা থাজজে। শিঙ থায়রিবা মচা'তু য়েংলগা মমানা হায়—

—হে! নিংথর! তোকও-তোকও রারনি। ইমাগা রারী অমতুম শাসি লাও।

—ইমাগী রারীদি লায়রিবনি ইমাদা ঙসিদি ঐনা ব্র' অমা হায়-গদবা লৈ।

—করি বানোনে? ইচানা হায়নিঙবতু ইমাদা হায়য়ো।

মখুৎ ওইনা শিঙজং পায়রতুনা য়েৎনা হুমাং তৈথোক-তৈথোক্না চঙশিল্লগা মমাগী মনাক্তা ফম্মী। হায়রকই—

—ঐনা হায়জবসি ইমানা য়াবিরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইগনি।

—য়াবা য়াদবা. নঙগী রাতুদা হান্নমা অমুক্ত হায়খোনে।

—রিক্সো অমত্ত লৈসিনে ইমা!

—কৈদৌননবা?

—ইমা! ঐ রিক্সো থৌবদি হৈরে। রিক্সো থৌতুনা শেল থর থর তান্নিঙই।

—করিগী রিক্সো থৌবা—হা—? নঙ লাইরিক তম্বা তোক্লগে হায়ব্রা?

—নত্তে ইমা!

—অতুদি—?

—ইমা! চীঙদা থবক শুতুনা শেন তানবা য়াম্না রাগ্রবজাংনি। ইয়াম্বা অমা লৈবতুদি থবক শুবীবা মী নত্তে। ইমা ইপা অতুগা পীক্লিবী ইচলহুপীতুগনা রানা থবক শুতুনা তানবা পৈশা অতুনা ঐনা 'সিদা নুংঙাইনা লাইরিক তম্বসে থল্লুবদা—ইমা! ঐ তোক্লসিরা থল্লে।

—হ! অঙাওবা! মচাগীদমক মমা-মপানা হোৎনবা হায়বসি হৌনশানি। নঙদনে অকবা ওইয়ু। মখোয় করিস্থু ৱারোই। মখোয়না পীবা পৈশানা ইচাগী নিঙবা থুংহনবস্থু নঙগী বাবাগা ঐগনা পীগনি। রিক্সো থৌবা য়াদেকো।

—ইমা! শাওবদি শাওবীগন্থু। ঐনা হায়বসে ইমাদা মরৈ য়েংপা নত্তে। মখোয়দগী পৈশা তানবগী শরুক ঐনা অঙম্বা মখোয়দা পীনিঙই। ইমানা খঙদদনা তৌবনি, মখোয় য়াম্না ৱারমগনি।

—ফরে! ফরে! নঙগী বাবা লাক্লগা তানথিগে।

—হাইস! ইমা! য়ারবদি ইমানা পামজবা য়েনশাং মুমিৎ থুদিং লৈবীগনি।

—হোয়নে! হোয়নে! নচলন্থুপীগা চরা খর ৱাম্বোকল্লুরো। শিঙস্থু য়ামেনথৈ খায়দোক্লে। ইচা ৱারম্লগনি। চৎলো চৎলো।

হায়নৈ—অমাংবা মরক্তগীস্থু সনাবুদি থুল্লি চৌঙনুংদগী হৌ-রক্লগস্থু মাগী ফজবা শাজৎ-লীচৎ অমস্থুং অচম্বা ৱাখল্লোন অহুদা ইমুঙগী মীপুম তিংনা ইপেন্দ পেন্নজে। তম্মীশিংগী মরক্তা লাইনিঙগী চংনবীনা অমাং-অশেংগী ঈচেল অমা চেঞ্জরবস্থু ইমুঙ অসিদদি চৎনবীহু মাঙখ্রে। খেন্নবগী ৱাখল লৈত্রে। মপা বোরাজাও শান্ন খোৎনবদা মথৱায় য়াম্না য়াওজবা মীনি। মচানুপা নোংলেনবু শান্নরোয় অমা ওইহন্নিঙবনি। অহুবু ইল্লি চত্ত, চিংই লাক্তবা মচানুপাহুগীদমক ফনা ফন্না হোৎনজরবস্থু মুঙদা ঈশিং চাইব'গুম থোকখ্রে। পাম্বৈ লৈত্রহুনা মথবাক্তা থুতুম্না গুরগা থাঙই হায়বহু য়োরে। খর কেথোক-মৌথোক্না য়োকপা অঙাংগী হৌনশা ভাংন-শানবা ইয়া য়াদে। মপা-মমানা ফনা কন্না হোৎনজৈ হায়বহুমঙায় নোংলেন্দদি তৌরু তৌরুবহু য়োংনা তিম্বেূাক পায়বগা চপ মান্নৈ। য়েংবা মুংঙাইবা, চুশিন্নবা নিংথরবু পু পুহুনা শান্নহল্লি। নোক্তুনা মীমাঙদা লেন্নজরিবনি।

শামু মথুন্দা পেনা খোংবা হায়বহুনি। নিংথরবী মওং-মতৌ উরগা খর হৈন্নিঙ-শিংনিঙলকত্রা থন্দুনা হোৎনজবনি মমান্না। লোন্না

কয়া হায়, তাবীদে। ফোংন কয়া চৈ-থাংই, লৌবীদে। হোৎনগদবা মানা হোৎনরকত্রবদা করিদি তৌরুনি? নোংলেন্দা হায়রুবা রা মাঙহন্তা তোকই। উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপগা চপ মান্নখ্রে। মমানা হোৎনজবগী মহৈ ইকং ফংদে। অহুবু মমা অমা ওইনা মচাবু ফহন্নিঙবদগী হোৎনজবদি লেপতে।

নোংয়াই মতুং পুঙ অমদা হৌগৎলগা লাইরিক পাবা, পুঙ অহুমদগী মরি মথায় ফাওবদা মশাগী শাক্সেনশিং তৌবা অমসুং অয়ুক পুঙ নিপাল ফাওবা রিক্সো থৌবা, নিংথবগী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা অয়ুক্কী মথৌনি। মরক্তা মমাগী অমদি মচলগী মতেং পাংবা য়াবা পাংবী। নুংথিলগী পুঙ মবিদগী নুমিদাং পুঙ তরেং ফাওবা রিক্সো থৌবা নুংথিলগী থবক্নি। নুমিৎ খুদিংগী ওইনা তৌরবা, মশাদা হৈনরবা থবক ওইরবনা থোইদোক্লা রাবগী মমি তাদ্রে।

শামুনা ময়া থিনগংলকপা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা য়াদে। নিংথর, মানা তৌরু তৌরুবা থবক্লা মাগী পামজবা অনিঙবা অমা হেক্ত থুংই। কংফুগী ওজা অমগী পীক্লিবা মচানুপা অমা লাইরিক তম্বা চৎপগী থিনদোক থিঞ্জিন তৌই। অঙাং অহু য়ুমদগী লৌবা চংপা নুমিৎ খুদিং ঙাইহাক ঙাইহাক শান্নবহু য়েংবগী থুদোংচাবা ফংই। মাগী য়াম্না পামজবা মতৌহু ওজাহুনা থঙই। নিংথরগী রারীদগী মসিমসু ওজাহুনা থঙই -- পামজরবসু তমজনবগী মাগী মতম লৈজদে। মতৌহুদা নুংশিহুনা ওজাহুনা অঙাং থিন্দ্রিৎঙৈ মমাঙ পুঙথাম্ন অমগী থুদোংচাবা পীহুনা শান্নহল্লি।

উগা তিন্নরবদি য়োৎপীনা ঈশিংদা তাওই। নোংমা নিংথরনা স্কুলদগী হল্লকপদা ময়াম্বা নোংলেন্দু অহুরাইগী ঙাওশিন্নবা, পাখঙমচা থরনা ফুবিগদবগী তৌরম্বহু থেংনকরে। মখোয়হু নত্তবা হিদাক শিজিন্নবা, অফ-ফত্ত থম্বা ঙমজদ্রবা, হিদাক্তা লায়চুরবা ঙাক্তনি। নোংলেনগী ফুরিংথাউদা য়াউরিবা পৈশাহু মখোয়দা পীদ্রবদি ফুগনি হায়হুনা কিহল্লি। নিংথরনা পরপ পরপ চঙশিন্দুনা ময়াম্বহু মশা

শোনবা মীনি। মাবু ফুবিদনবা কন্না হায়জৈ। লমহেনবশিং অদুনা তাবিদে। মখোয়না মচিন-মনাও অনিহু লাক লাক্লুনা ইনবী। পৈশা পীদ্রবদি ফুগনি হায়দুনা শেন শায়। অচং-অওকশিংনসু থাম্মী য়াদে। অমনা নিংথরগী ফুরিৎ পায়দুনা চিংই। ফুরিৎতু য়াম্না থীনা শেগায়রে, নিংথর শাওনিঙলক্লে। ময়াম্বদা লাইরিক থাউ পী। কাউবগা-থিনবগা তৌদুনা মখোয়দু হোৌগৎপা ঙমদবমখৈ ফুরে। অদুরায়দা লৈরম্বশিংদু তৌরিবদু উবদা কল্লক পেন্নরে। মচিন মনাও য়ুমদা পরপ পরপ হল্লক্লে। নিংথরনা তৌখিবদু মমিংত্ত শংশং উরিবা নোংলেন্না মমাদা শিংশিংনা থোকখিবদু তম্মী। মহাকসু নিংথরগুম্না হৈ-শিং-নিঙব অমদি মশা-মউ ফনিঙবগী রাথল অমা ফাওরকপগী মমি উবদা মমাত্ত নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নিংথরনা হায়বগী মতুংইন্না মহাক্কী ওজা অদুদা নোংলেনসু তম্বা হৌরে। য়ুমদা শান্নমিন্নবা লৈর-বদুদা নিংথর য়াম্না নুংঙাইজরে।

হায়নবা লৈ—করি উনা শাবা তরেংনো শিঙ্গংদনা শিনকাউই; অমনা অতনবনা খুংশু-খুলায়গা থংনৈ। পুক্নিঙ চঙদনা তৌবা থবক অফবা থক ওইদে। মহৈরোয় অমনা তন্দে-মান্দে পাবা পারা খুঙ-হৈবা ঙমদে। পারা ফাবা ঙমদ্রগা শাওদুনা লাইরিক্তা তাইনৈ। তন্দে-মান্দেননা থবক অমা শুরিবা অতনবা কনানা অশোয়বা হেক য়াওবগা মানা পায়রিবা খুংলায়দা শাওদুনা তাইনৈ। তশেংবদি, মতু থবক্তুদা পুক্নিঙ চঙবা রাংপদগী থবক অদুদা মথৌ তারিবা হকচাংগী কয়াংশিং নিংথিনা শরুক য়ারক্তবদগীনি। অতনবা হায়বসি পুক্নিঙ হঙ্গাননবগী মরু ওইবা মচাক অমনি। পুক্নিঙ হঙ্গানরকপনা হকচাংগী কয়াংশিং মিংশিং-নাশিংহল্লক্তে। মিংতাংবনা পোংকী ফজবা শক্তম করম্না লাক্কনি? নাপঙবনা কমদৌনা সুংশিরবা খোঞ্জেল তাগনি? পুক্নিঙ চঙবা হায়বসি করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা চঙগদৌরিবা হকচাংগী কয়াংশিং পুন্নমক অমত্ত ওইনা মিংশিং-নাশিংনা থবক তৌমিন্নবা ঙম্বা অদুনি। অমরোমদসু, মতম লীক্লা শিজিন্নবা হায়বসি

মী অমগী লমচৎ-শাজৎ শেম্নবগী য়াম্না মরু ওইবা মচাক অমনি। মতম মাঙহনবগী হৈনবী লৈহনবা হায়বসি লমচৎ-শাজৎ মাঙথরক্রবগী মরু-ওইবা মরম ওইহনবত্ত নত্তনা মহৈ-মশিং তম্বদা মায় পাকপা রানা থোকহল্লি। তুম্বা হায়বসি থরায় পানবশিংগীদি তৌদবা য়াত্রবা মথৌনি। অত্তুবু, তৌদবা য়াত্রবনি হায়ত্তুনা ইতুম তুমনিঙদনা থেমত্তনা তুমশিন্নবা হোৎনবনা হকচাংগী কয়াংশিং মরুওইনা থোপ অসি তন্দে-মান্দেনহল্লকই। অকক্লবা মতম খক তুম্বনা নিংথিনা তুমহন্দুনা কয়াংশিং মশা থিঙহল্লি। চাং নাইহনবগী হৈনবী লৈহনবা ঙম্মী। নিংথরগী-দমক্তি পুন্নমক অসি ঙাকনা চৎপগী তঙাইফদে। মরমদি থবক অমগী-দমক য়াম্না লীক্লা অকক্লবা মতমদমক ফংই।

চুন্নবা পাউরৌনি—ফাত্রবা ঈশৈ নোংমতম্ভু ঙংই। নোংলেন পীক্লিঙৈদ তোনান্না কেথোক-মৌথোক্লা হৌরকই। তোনানবা হায়বসি-মক্তবু অতনবগী লায়না অমদি ইচেন চেন্নৈ। মহাক নিংথরদগী হেনগে খঞ্জরবস্মু, পীক্লিঙৈদগী হৈনজরকপা নোংথী-নোংমংবা অমদি অইঙবা অয়ুক্ত য়াহৌবা তনবগী লায়না অতু হেক হেক হৌই। অতুম্না হেক তৌরকপগা মমানা নিংথরগী মমাঙদা ইকাইত্রা হায়ত্তুনা মমায়দা ঈশিং হেক হেক হৈজিল্লি। নম-নমত্তুনা তৌহল্লকপদগী থরগী মথৈদি হৈন-রক্লে। মহৈরোয় অমা ওইনা মহাক্লা তম্লিবা মহৈ অতু খঙ-হৈনবা হোৎনবগী হৈনবী লৈত্রবদি 'মহৈরোয়' হায়বা রাহৈ অসিগী রাহস্থোক লৈতে। তপ্না তপ্না হোংলকপা মচাগী মওং-মতৌ অত্তুদা মপা-মমা অনিত্তু মুংঙাইজে।

# ২

# অতনবগী হিদাক লৈতে

ঈগী ঈরিক্লা হুমাং ওইনা চেনবমথৈ, ঙন্নবা চৌঙগী চৌঙমায়দা, পামদা থবক শুরিবা মপা মমা অনিহু নিংথরগী রাথনদা থরগী মথৈ সুংঙাইজৈ হায়বহুমঙায়, মচাসুপা অহল অহুগী খনবদা তুম্বা-চাবা চঙদে। ফত্তবা-ওক্তবা মচাগীনা হেন্না মমা-মপানা রাজে। ফজনা কয়ারক হায়, লোদে। থীনা চৈ, কান্নদে। মচাবু অফবা ওইহন্নিঙদবা মপা-মমা মালেমদা লৈরম্লোই। থৌবান্দোংগী চক্রবু কায়ননবা যৈবরা, অশেংবনি চফু ময়েক হাপ্পনি। পাইসোবু ফু চৈহুনা মনাও নুপাগী মতৌ তম্মু হায়হুনা ফনা হায়জে। অফবা হায়বহু ওইহন্নিঙবদগী চাক ফাওবা পীজদহুনা য়েংখ্রে। কান্নদে। উৎতা থাউ হৈবগা চপ মান্নে। ফগদবা অনাবনা ফগৎলকত্রবদা মাইবনা করি তৌরুনি ? পেৎলরোইদবা সুঙদা ঈশিং চাইবগা পাংথক ওইখ্রে। শুনিঙ-নোমনিঙবগী রাথলস্থু লৈতে। তুমিন অঙাওবা ওইনা মানা থোকপা অমা তৌহুনা অহুম লৈ। য়েংবা য়াবা য়েংলে। পাম্বৈ লৈতে, অতনবগী হিদাক লৈতে।

নোংমা, নিংথর নোংলেনগা লোয়ননা খুলদা চংলি। মথোয় অনি উবদা মমা-মপা অমসুং মচলসুপী য়াম্না হরাওজে। চৌঙগী চৎনবীনি খঙন-চান্নবা মী থুংলবদা য়েন হাৎহুনা পীজ পীথকপা। মসিমসুনি

মতুদি ঈশিং অশাবনচিংবা পীতুনা ইরু-মাইথক্ষথোকহনবা। চাক চানরমদাই ম্নৌরবা ফাওবদা পাইসো উদবদতুদা নোংজেন্না মমাদা হংই। কনা অমত্তনা পাউথুম পীরক্তে। করি তৌরবজাৎনো থল্লি নোংলেন। নিংথরনস্মু মমাদা হংই। মপানা থুগ্নকই—

"হৌদোং তুমিন লৈবনা চফু ঙম্মী" হায়বতুনি। নঙনা থর থর পীরকপা শেল অতুগা ঐখোয়না ব্রানা শুজবগী ফংবা থরগা থম্বনি। মতু হুতুনা পুবগা চংথিবা হুমিং তবানি হেনখ্রে, পাইসোদো য়ূমদা শুক-হন হঞ্জিল্লত্তবা। ব্রানা তানবা শেলনি খ-দূনা চাদবমথৈ চেকশিন্না থমজিনবনি। অতুবু অরীকপগী মরল শুম্মা চায় হায়গুম্মা করিস্মু নত্তবদা মাঙখ্রে। মাস্মু কদায়দা পনবনো হায়বস্মু থঙদে। মফম মরাং লৈ-তেদা। অতুম্না তৌগনি হায়বা থাজদবা মানা তৌরকপসিদি ঐখোয়দি অঙকপা ওইখ্রে। ইচাশা! চুমথ্রবনি অহলশিংনা হায়বসি—মকোক্ত শম হৌবদি লায়কগস্মু। মাগী মপুক্ত ব্রা লোৎতুনা থম্বা অতুদি ঐখোয়-নদি থঙহৌদ্রে। মকোক অতু মশম্না কুপ্পগুম্না মাগী পুক্লিঙস্মু লোৎতুনা থম্বজাৎনি। নহানমথৈ মানা তুমিন অতুম লৈবতুদি ঐখোয়বু অপঙবা ওইহন্নবগী ওইরম্লে। ঐস্মু হৌজিক্তি পঙলরোই। অতুবু ইচাশা! তাইবং মীওইবসি কোন্না কোন্না শিংবনি। অহলশিংনা হায়বগুন্না হুরানবা মতুং মৈরিংই, ঐস্মু ইচানা অপঙবা ওইহল্লবা মতুংদা অশিংবা শাবনি।" 'অদুবু ইপা!' নোংলেন্না হায়—'কদায় কদায়দা লৈবগে হায়বগী ই-পাউ অমদি লৌবা ফরোইদ্রা?" মপানা থুগ্নকই—থিখ্রে, থিবমথৈ থিখ্রে। মব্রা-মপাউ অমত্তস্মু লৈতে। ঙাপ্রম মমৈ থুজিন্না শিকপগুম্বনি। মাবু থিবা ফংলবস্মু করি তৌগনি? কনাগী ব্রাস্মু মানা তাবিরোই। মচাগীদমক অব্রা-হুংঙাই অনিমক্ত ঙাকপী শেনবী-রিবা মমা-মপাগী ব্রা তাদবা মচাদা হন্না হন্না পাউতাক পীবা কান্নবা লৈতে। মমা-মপানা মচাগীদমক কয়া ব্রাবা—মপা ওইদবনিনা মাদি করিস্মু থঙলোই। লিন্না চিকত্রিবা মীনা লিনগী হু থঙদে। মাগী অরাবা লাকপা মতমদা ঐখোয়বু নিঙশিংলকপতু মঙোন্দা মীগী ব্রাথল লাকনি। [illegible]"

নোংলেন্না হায়ৈজে—মা কদায়দা লৈ, করি তৌরি হায়বত্নমদি খঙদোক্লবা হোৎনসি ইপা !

—"হোয় ! হোৎনবদি হোংনসে। অদুবু করি কান্নগত্রা, লৌ শিংত থাজনা থীবা ? ঐখোয়না মাগীদমক হোৎনবত্নু মানদি মাগীনি হায়বা খঙদে। মানা মহ্ খঙবা মতমদা ঐখোয়বু নুংশিরক্কনি। মী-ওইবা কনাস্মু রাৎত-পাদবা, মপুঙ ফাবদি লৈতে। নিংথৌদস্মু মৈতাল রাৎলি হায়বত্নুনি। অরাৎপা লৈতে নিংথৌগুম্বনি হায়নরিবনি। অত্নুবু মাস্মু করিস্মু নত্তবা মৈতাল রাৎলবদি ঐগী ইচা করিস্মু লৈতবা অঙাংনদি পুম্নমক রাৎপা তাবনি। মত্নুগী মন্নুঙদা খ্বাইদগী মরুওইবা অরাৎপদি অরা-নুংঙাই কয়াদ মাবু ঙাকপী-শেনবাত্নুনা পুন্সিগী লম্বী চৎপদা মতেং পাংবীবা অত্নুনি।"

লৈশাবীত্নুনা চান-থক্লবা শিল্লাঙত্নুনা চাক চামিন্নরে। নিংথরগী মমান্নবা ময়াম লাঙ-লাঙত্নুনা চঙলকই। মখোয় চরাওনত্নুনা মখুং শোক্লৈ, ফম্মিন্নৈ। নিংথরনা মমান্নবশিংত্নুদা ময়াম্বগী মরমদা ই-পাও তাবা লৈত্রা হংই। কনানস্মু খঙই হায়দে। অমনদি মহাক্কী রাখল অত্নুগী হায়রবদি সিফাই চঙবগুম্বা তৌরম্বা য়াই হায়। মমানা হায়—'ঐখোয় মমাদি নুপী ওইবনিনা পুক্নিঙসি শোল্লি। ইচানিনা ফরবস্মু-ফৎত্রবস্মু অত্নুম নুংশিবদি নুংশিবনি। য়ুমদা লৈত্রবস্মু করি তৌরমগ-দগে খল্লে। লৈরবস্মু মাগী মচৎ অত্নু অনুক য়েংনিঙদবা। খঙদেদা ইচাশা ! 'চাসি হায়রবস্মু মরু, ছন্দোক্নি হায়রবস্মু মতোং হায়বগুম্মে। রাদবস্মু ঙমদে, রাৎগীস্মু কান্ননঙাই অমুক লৈতে।'

—অত্নুনিনে নুপী ! ঐস্মু মপানিনে। মচাবু নুংশিদবা মপা কদায়দা লৈগনি ? ইচাশিংবু নুংশিবগী মখোয়বু নুংঙাইবা মীগুম হিংহন্নিঙবগী মপাশিংনা রানা রানা থবক শুত্নুনা হোৎনবনি। ঐখোয়না মাবু চৈ-থাংবা অত্নু মানদি মাবু নুংশিদবগীনি খন্দুনা চংখ্রে। ঐখোয়নদি মাগী-দমক রায়। অত্নুবু মানদি করিস্মু থল্লগ্রোই। দোলাই তোংবীগী রাইকুপ পুবীনা রায় হায়বত্নুনিদ।

পাথঙ অমনা হায়রকই—ইপাতোন্না রা হায়বসিদি করি করি রা য়াম্না য়াওবনি। অদু ইপাতোন ! তাংখুল অহল চক্ পুনৈ। হায়বসিদি করিনো ?

—হৈস ! মতুদি মপুঙদা রা য়ান্বনি। তমগী মীনদি তাংখুলদি অহল ওইগদবশিংসি শিগদবা কূইদ্রে, পান্মুই হায়দুনা থবক য়াম্না কন্ন শুহল্লি হায়। মসিগী রা হন্দোকপসিদি চুম্বা থর রাংলিদা।

—অদুদি করিনা চুমগনি ইপাতোন ?

—তাংখুলগীদি মচানুপা খ্বাইদগী অহল অহু মমা-মপাগা কোন্নবা লৈমিন্নগনি। মনাও-মচলশিং শেম-শাবদা মানা মপাগী শরুক য়াগনি। অমনা অরু-অরুবা রা থোকপা লাকপা মতমদা অহল শিংনা শরুক য়াগনি। তেন্না হায়ববদা অরুবা অমদি মপুঙ ওইবা থবক তৌবদা অহল হায়বসিনা শরুক য়াই হায়বগীদমক অহলনা পোৎলুম পুই হায়বা ওইগনিদা। ইচাশা ! তমগী হনুশিংনা পঙনা তাইনা পাল্লি হায়দুনা তাইবংপান কোই হায়বসি চুমগনি। মীওইবা ঐখোয়না পানবসিদি অরাংপগী অরাংপা ঙাক্তনি। 'কৈগী মপান নাপীনা, নাপীগী মপান কৈনা ঙাং হায়বগুম্না অমগা অমগা মতেং পাংনদ্রবদি পানবস্তু ঙম্লোই। কৈ লৈবগী নাপী চাবা শা চঙদবনি। নাপীনা শোঙলবদি কৈনা হৈনবনি। অদুবু ইচাশা ! মীনা হিংবদি থবক শুদ্রবদি করম্না হিংগনি ? থবক শুবা তোক্রবদি হিংবস্তু তোকপা ঙাবনি। ইপুনস্তু, ইপানস্তু ঐখোয়দা হায়রে চাক্লেম চারিবৈ, ফিরেম শেংলিবৈ নচাক নরল তাল্লু। ঐখোয়নস্তু নখোয়দা অদুম হায়গদবনি।

— ইপা ! অদুদি করি হায়রিবনো নোংলেম্না হংই।

—নহাশিংনদি শাওএ। মখোয়বু চাক্লেম চাবা, ফিরেম শেংপা হায়রে হায়না। রানা হায়বদি অমনি। মমা-মপা অমদি অহলশিংনা মখোয়বু পীজ্ঞ-পীথক্লিবৈ, শেংন-ইন্নবা ফিরোল লেম্না পীরিবৈ হায়বদি মখোয় মশানা শু-নোমদুনা কনাগী অরাবা

শরুক য়াত্রিবৈঙ মতমদা মহৈ-মশিং তমদুনা তুংগী পুন্সিদা সুংঙাইনা হিংহৌনবা হোৎনজহৌ হায়বনি।

—ইপাতোন্না তাকপিবদগী থঙলে। ঐথোয়দি শাওররোই।

—শাওগন্নু! অপঙবনা শাওবনি। অশিংবা মগা কনা কনানা অহল-লমনগী মরুম থুপতুনা সুংঙাইনা হিংই। অপঙবা কনাদি মমা-মপানা হায়বা ইন্দবদগী লানগুম্না নামৈ চরুনা শমদুনা হিংই। লৈতবা, লাইরবা 'ইমুঙদি সুমিং খুদিং লান থোকপনি। অপঙবদি অৱা-অনা ঙাক থোক্কদবনি। অদুনা মী অপঙবা লাল্লোইনৈ, উ অকংবা শিঙ ওইনৈ হায়বা অহলশিংগী রাসি চুম্বনি। ইচাশা! মমা-মপানা মচাবু সুংশিবসিদি করি হায়গনি? ঐগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈ অসি চায় হায়দুনা ইচা কৌবনি। থঙনা খঙনা সুংশিবগী অতুম পীজবনি। অদুবু তুরেলগী ঈচেলনা হঙ্গৎনা চেন্দে হায়বগুম্না মচানদি মমা-মপাবু য়াম্না রাংনা সুংশি শাবনি।

—ইপাতোন! ঐথোয়দি ইমা-ইপাবু য়াম্না সুংশিদা।

—হা ...হা.... ! চুম্মীদা। সুংশিদে হায়বদি নত্তে। নথোয়না নয়ুম-নকৈ পান্দুনা নমিৎত নচা হেক উবা সুমিৎতগীদি নমা-নপাবু সুংশিবা রাখল তোক্তুনা নচাশিংবু সুংশিখ্রগনি। মসি তাইবং থরায় পানবশিংগী হৌনশানি। য়েংউ! প্রহৌ যিশুনা মীওইবগী লঙজমন কয়াবু কোকপিনবগীদমক মশাদগী ঈ শিন্থ-বীথি। রারীতু তারগা ঐথোয়না কপ্পী। খনবসু খল্লি—মহাক্না ঐথোয়বু কয়াদ সুংশিবা! অদুবু ইমা-ইপা শক্লিবা মহাকপু মীওইবা কনানা মহাক্না সুংশিবীবগুম সুংশিবগে? সুংশিরম্নবদি ঙসি ওইরিবা, মীওইবা মশেলগী মরক্ত ফাওবা শাহিং চাবগুম খন্নরিবসি তৌরম্লোই। ঙসিদি ঐ রা য়াম্না হায়রে। পোৎথানবা তৌরসে ইচাশা!

# ৩

# ওক্লা নিল্লগা হুইনা মনা থাই

নিংথর মানা চৎকে নিঙলিবা খোঙচং অতুগীদমক মপুক্লিংদা লেপ্লিবা মতম, নোংমা নোংমগী নকশিল্লকই। মতুনা মঙোন্দা হেন্না মতম চিংলল্লি। খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা ঙম্লবা হোৎনবস্লু লেপতে। শামুরাই থাঙ, চেকশিন্না খুৎপায় চানা মথোক পাল্লবা তথেন্থাঙ, য়াম্না লায়না লোথোক-লোশিন য়াবা নঙন্দা পোবা থাউনচিংবা মথৌ তারক্কদবা পোৎ-চৈশিং লাঙশিল্লি। নোংলেনগী মপা বোরাজাও মৌতিক মীরৌ খঙগনবা মীদানি। নিংথরনা তৌরিবশিং অতু করিগুম্বা অমত্তা মঙোন্দা হায়-হংদনা য়েংলকপনি। মানা হোৎনরক্লিবা অতু মাগী য়াম্না চেকশিনবা অনিঙবা অমদি লৈরমগনি খল্লি। মতুনা অফবা ওইরম্লবদি ফৈ। নত্তুনা কনাগুম্বগী মথক্ত লমন খুম্বগী থবক ওইরম্লবদি মাঙলগনি য়ায়। অতুগুম্বা, থবক্তি তৌহন্নিঙদে। ঙম্লিবমথৈ মতেং পীতুনা লাইরিক-লাইশু তমহনগে হায়বসি বোরাজাওগী অনিঙবনি। নিংথরদা চেল্লিবা য়াথল্লোন অমদি মপুকচেল অতুমরুদি নত্তবা থবক তৌরক্কনি হায়বদি কয়া থাজদে।

নোংমা, মুমিদাং অমা মমা-মপা অনিহু য়ারী-রাতায় শানতুনা ফম্মী। মপানা নিংথরবু কৌরকই। মাস্থ হরাও হরাও চঙলকই। মপানা হংই,

—নিংথৱ ! নঙগী পাঙথোক্কে থনবা অনিঙবা অমদি লৈরে হায়বা ঐ থঙই। নঙনা নিঙলিবসি করিনো ?

—করিস্থু লৈতেদা বাবা !

—হুম ! মুংশিবা মচানা মপাদা ৱা লোংপা হৌনদে। অতুম তৌরবদি নঙনা নিঙলিবা থবক অহু মায় পাক্লোই। বাবাদা শেংনা হায়য়ু।

নিংথর ঙাইহাক তুমিন লৈ। মমানস্থু মুংশা থীনা হায়রকই.

—শেংনা হায়যু নপাদা। অফবা থবক ওইরবদি ঐখোয়স্থু নঙগী নতেং পাংগনি।

নিংথরগী মপাগী ৱারী, মুমিৎ খুদিং মচল অতুবু উনিঙবগী শোনবা পুম্নমক্কু লীহুনা তাহল্লে। মাগী মপুক্তিঙদা লেপ্লিবা মনে অহু অমুক্তুং থিরগা মপাগী নিঙবা থুংহনবা ওমব্রা য়েংগে থৰ্লংহু থঙহল্লে। মাগী অশেংবহু থঙলবদা মমা-মপা অনিহু মপুক্তিঙদদি য়াম্না পেন্ধে। মতৌ য়েংলিঙহুনা মপানা হংই—"নঙগী নবে অহু গিবগীমকপু নঙনা অতুক ৱানা হোৎনরিবহুবু করিগীনো ? নোংমা ঐখোয় ময়াম চংলগা কেইথি থিরুরগা লোইরে।" "হাইস ! বাবা !" নিংথরনা খুম্নকই —"লম্বীদা অস্নুম চৎলগা থিবা ফংলোই। চৌঙগী লমদদি খুল অমগা খুল অমগা য়াম্না লাপ্পবনি। খুলদা চঙ-চহুনা থিগদবনি। মতুস্থু অশোঙবা উমং ঙাক্তুদা চৎকনি। বাবা ! য়োং অমনস্থু মৌবুদি করিস্থু উশিংপিদবা মতমস্থু য়াওবনি। অহুনা থর হৈ শিংবদি কান্নগনি।" "উম ! চুম্মী ! ইচানা হায়বা।" মপানা হায়—"খুদোংথীববু কিরবদি মায়থীগনি ! উশিংমন্দ্রবস্থু অৱাবা তাগনি। মতৌ করম্না মহু মায়োক্লহুনা লাস্থোকদগে থন্দুনা, মওং কয়াদা হৈ-শিংনা, চেকশিন্না হোৎনবা মায় পাক্লবগী লাইরানি। চেকশিল্লগা চেকয়ুম শাই ফাদোক্লগা ফরা শাই হায়বসি ঐখোয়না থক কাওরোইদবনি। থবক অমা, ঐখোয়না করিস্থু লৈতবনি খন্দোকপসি মায়থীনবগী অচৌবা মচাক্নি। অহুগা তৌরিবনি হায়হুনা মহুগী মহৈ করি ওইগনি খন্দনা পংতৌদা তৌবা নত্রগা হোৎনবা

কান্নদে। মহুনি ফুদিত্ত মাওজোং চোংবা হায়নরিবসি। নোংলেনস্থু মমাগী মনাক্ত চঙলক্তুনা কম্মী। ভাওনরিবহু মুন্না ভায়।

নিংথরনা হায়,

—বাবা! ঐনা নিঙলিবসি ইনেহু অমুক্তং থিবা ফংলবদি ইপাগী নিঙবা থুংগনি হায়বসিনি। ইপানা ইনেহু উরগা হরাও নুংঙাইবহু অমুক্তং য়েংনিঙই।

—ইমানস্থু লাই থুরুমগনি। ইচানা অস্থুক রানা মপাগী নিঙবা থুংনবা হোংজবদা ওমত্রবদি লাইস্থু মমিং তাঙলবা হায়'হুনি।

—অঙাংশা! মীওইবগী পুন্সিসি য়াম্না নুংশিবনি। মতম্না অমুক হল্লক্তবগুম, পুন্সিসে অমুক হল্লক্লরোইদৌবনি। মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী মতম অসিনি পুন্সি। তেল্লবা মতম অসি অরা-নুংঙাই, অশি-অনা, নোকপা-কপ্পা কয়াগা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। পুন্সিগী খ্বাইদগী লুবা মতম্নি—ইনথৎলকপা। হকচাং, রাথল-লৌশিং, মহৈ মশিং, লমচৎ-শাজৎ অসিনচিংবা পুন্নমক্কী ইন-থৎলকপা মতম্নি। মতম অসি য়ৌরকপদা থোওফম অমত্তং শোয়খিবদা চুমথোকপা রানা থোকপদগী মীওই কয়াগী পুন্সি কাংথগী থাঙনা কোৎহ্নিং কাবগুম্না অরেম্বদা মাঙই। ইন-থৎলক্লিবা অহুনা ফৈরেংননা নত্তবা লম্বীদা ইনগ্রবদি হিংলম্বগী মমল লৈত্রে। অহুগুম্বা লুরবা মতম অহুমক্তদা নথোয় হৌজিক থুংলরে। নথোয়না থঙগদবদি—অরুবা ওইবা হায়বসি পুক্লিঙ চঙনা চাং নাইনা হোৎনবা চঙই, মতমস্থু চঙই। তৌইগুম্বস্থুং ফত্তবা হায়বসিদি অহুক হাক্না লুদে। মরম অসিদগী মীওইবনা রাদনা নুংঙাইবা পাম্বদগী য়াম্না লায়না ফত্তবগী লম্বীদা হেক্ত থোঙদাগল্লি। মসিদগী নথোয় নশাবু চেকশিপ্পবা তাই। ইশাবু ইশানা ভাকচ-শেপ্পদনা কনানস্থু ভাকপী-শেনবীবা ভম্লোই। ফত্তবা হৈনবী হায়বদি ময়াইকাবা পোৎ শিজিন্নবা অমস্থুং নত্তবা শাজৎ-লীচৎ চৎপা হায়বসি ফত্তে হান্নবা ঐথোয় থঙই। অহুবু

কনাগা তিন্নরুবদগী থবক অহু তৌরে। ফত্তে খঙলকুনা অমুক থাদোক্লে। তিন্নরুবা অহুনা অমুক্তুংগা তৌননবা হায়রকপদ য়াকরবদি মতুনা হৈনবী ওইরক্তুনা ফত্তে খঙলবা লম্বী অতুদা অতুম চংথিবা তাবনি। অতুনি অহলশিংনা শগোল হুজিন কৈনা চায় হায়নরম্লিবা।

নোংলেন্না হ'ই—লমজেল অতুক য়াঙবা শগোলবু কৈনা কবম হায়না চারিনো বাবা ?

—চুম্মী! শগোল লমজেলগী শানি। য়াম্মসু ফিংই, লোয়ননা খংগল্লি। মাগী য়াম্না ফত্তবা হৈনবী অমা লৈ। কৈনা চাল্লিঙ্লিবা শগোল অতু শাথীনা খংহল্লি। খংতুনা শগোল অতু তিংতুনা চেনথি। মতম অতুদা কৈ অতুনা শগোলদা খংখিবা মফমদুদা ফিবম চানা লুমতুনা লৈ। চেল্লুববা শগোল অতু মাগী হৈনবী, ঙাইহাক লেপ্লগা মানা খংখিবা মফম অতুদা অমুক হল্লকুনা য়েংলৈ। মতম'তুদা শেম-শাতুনা লৈরবা কৈ অতুনা য়াম্না লায়না শরাক তম্মী। অসিনি অহলশিংনা পাউরৌ ওইনা থনল্লিবসি। নহানমথৈ নিংথরনা কাউবা-থিনবা, থাঙ হাইবনচিংবা শান্নরম্লি-বসি নঙদি করিগীনো খঙব্রা নোংলেন ?

—খঙইদা! হৈজিনবা কান্নে হায়দনা ঐসু তৌরিবনি

—হা.... হা....! নঙনা খঙলিবতু নত্তে, নিংথরনা খল্লিবদি! শোং-লবা উমং-ব্রামং মরক্তা শাংলবা চীঙশাংগী খুদোংথীবা কয়া অমদি শাহিং চাবা শা কয়াগী মরক ফাওতুনা মফম খঙথিজবা মনে অমা থিরুগদৌরিবনি। তুমিং কয়ানি চঙগনি খঙদে। মায়োক্লগ-দৌরিবা খুদোংথীবা কয়াতু মশাবু কপ্পতুনা মায়োক্লবা ঙম্নবা হোৎ-নরক্লিবনি। নঙনা তুম্বা হৌগৎলগা ওজাগী মনাক য়ৌনবা শেমগ শাবা হোৎনরিডৈদা নিংথরনা মশাগী শাক্তেন পুম্নমক লোইরগা থবক অমা চংখ্রে। নিংথর লৈরমদ্রবদি নঙ করিসু তৌরয়োই। পেনা শেম্নিডৈ শামুবৌ য়ৌই; থোঙ্গ্রায় শংল্লিডৈদা ঘন্না রাই

হায়বহু তাদনা তোক্কনি। য়েংউ! নঙনা তম্বা চৎপনি। মানা নঙোন্দগী তম্বনি। অদুবু কনানা হেন্না হৈংশিংই? নঙস্থু খঙ-লমগনি। নঙ ওক্লা শিল্লগা হুইনা মনা থাই হায়বহু খঙব্রা?

—থাইনগী রা অময়দুবু কনানা খঙদোইনো?

—উম! অমনবা রা অসিনা পীরিবা রাহন্থোক অদুদি মতম পুম্ন-মক্ত নৌতুনা লৈহৌরগদবনি। নঙনা ফনা হোৎনজরবস্থু মহৈদি নিংথরনা অতুম ফংলগনি। নখোয় অলিগী মরক্ত পুক্রিঙ অমস্থুং হকচাং অনিমক লুপশিনবগী খেন্নবা য়াম্না লৈ। ঐখোয়না থবক অমা ভৌবদা তৌদনা য়াদবগী মতম লেন্নবা ওইনা তৌরোইদবনি। হৈমাঙগী মহুং মনানা শিন্নবনা হৈমাঙগী অশেংবা মগাউ ফংবা ঙম্রোই। থরায়-হকচাং য়াওনা খঙগে-হৈগে খন্না হোৎনদ্রবদি ভক্লিবা মহৈ-মশিং কৈদৌইদস্থু মপুঙ ফাবা মহৈ ফংলোই। ইচাশা! থবক খুদিংমক্তা পুক্রিঙ চঙনা হোৎনবগী হৈনবী লৈহন-গদবনি। হোৎনবা লেপকনু। ফরে! নিংথর নঙনা ননে থিবদি করম্বা মতমদা চংক্কদৌরি?

—বাবা! একজামিনেসন অসি কন্না হোৎনজুনা য়াওগনি। হেক লোইবগা চৎসিরা নিঙই।

—নিংথর! ঐখোয় অনি চৎসি। ঐস্থু য়ান্না চৎনিঙই।

—হৈস! নঙনা চৎপা হৈবপোৎ নত্তে। খুন্নু মঙোঙ শগ্রোবগুম্না থোক্কনি। ইনে থিবা চৎপ্রা হায়রগা নঙবু পোতুনা হল্লক্কনি।

—অচুম্বনি! নিংথরনা হায়রিবসি। ননাৎ নত্তনা শঙ্গোম চাবা মৌনৈ হায়বা রা লৈবনি। নমানা পোকপদৈ নিংথি-মুংঙাইনা চীঙ কাদ্রিবা নঙনা রাংলবা চীঙ, শোংলবা উমঙ-রামঙ, লম্বী লৈবা-লৈতবা থিদনা চংকদৌরিবা খোঙচং অদুদা য়াওরুবা হায়-বসি মঙোন্দা অয়েং-অপন পীবত নত্তনা নঙস্থু অরাবা-খুদোংথীবা মায়োক্কদৌরিবনি। চীনগা থবক্কা য়াম্না লাপ্পবনি। মুপামচানি জৌ, নিংথর! তৌবতবু নেকশিন্না মায় পাক্কবদি হোৎনৌ।

মমাহু ঙসাইমথৈ নিংথরনা চৎকদৌরিবহু থল্লুরিমানে, য়াম্না নিঙমদনা হায়রকই,

—মথোয় বাবা ! অঙাং অসিনা চৎকদৌরিবসিবু কমদৌদোইনো ? ইচাসি মুংশিখ্রেদা ! শা·কৈ মরক্তুদা ! ইস ! ঐদি মুংশা থীখ্রেদা !

—হে ! হে ! ব্লাক্লমু । মুপামচানি । ঐখোয়সু লাই থুরুমসি, ইচাসি তেক্ত কায়দনা মনে অহু ফংজহুনা মপাগী নিঙবা থুংহনবা ঙমজসনু । মপা'তুসু মচা পোকপগী মহৈ ফংজসনু । ঐ থঙই— শোইদনা মহাক মমায় পাক্কনি । অঙাং অসি হোৎনবা য়াম্না কল্লি, হৈ-শিংই ।

মুমিৎ-থা হুইনা চাদে হায়নবগুম, নোংমা নোংমা হৌখিহুনা চহিগী অরোইবা পরিক্ষা পীরে । নিংথর, মানা লাঙসিঞ্জরিবা পোৎ-চৈশিং নিংথিনা শেমজিন-শাজিল্লে । মমা মপাদগী য়াথং লৌরে । চীঙদা লৈহৌরিবা মচনমুপীদমক মমা-মপানা তম্বীবা পোৎ-চৈশিংহু পুরহুনা খুল পাংলক্লে ।

নোংমা-নিনি অহুদা মচলমুপীদা চাক থোংহল্লগা মুংশাদা কংনা ফোদোকহল্লি । নিংথিনা য়োমশিন্দুনা থম্মী । মানা হান্নরা শেম-শাহুনা থমখ্রবা অফবা-অরিংবা ব্লাচেং অহুনা লীরুং অমা য়াম্না লিংনা শেম্মী । মহুদা পানবা য়াবা লীরী অনি শেম্লে । অমনা শায়রোংগীনি ! অতোপ্পহুনা তেঞ্জৈ কাপ্পবনি । চেকশিন্না অমসুং অকনবা হু হাপতুনা তেঞ্জৈ থর শেম্লে । লৈশৌবুংদগী লোবা লৈশেংনা চাং মান্ননা শায়রোং মরু তারে । মহু উরুমদা কংহল্লি । মরমদি মুংশাদা ফোবা মরুদি য়াংই অমসুং কায়গল্লি । মথৌ তারকনি থঞ্জবা পোৎলম কয়া লাঙ-শিল্লি । লোয়ননা মপুক্লিঙদা চৎনবা মুমিৎ লেপ্লে । মুমিদাং খুদিং মপা-মচা ফম্মিন্নহুনা রারী-রাতাই শানৈ । মপাগী পাউতাক-ব্রারীশিং মুন্না তাশিল্লি ।

# ৪
# য়েনিং থাগী চীঙশাং

য়েনখোং অহানবদা হৌগৎতুনা মমা অমস্থং মচল্লম্নুপীনা চাক থোংতুনা নিংথরবু পীজ-পীথক্লে। মল্লিমল্লিরিবা, অঙনবা অয়ুক অহুদা মহাক মনেগী খোঙ্গুল লীনবগীদমক খোঙশাল্লে। খুলগী চংথোক-চংশিন তৌনবা লম্বী অহু হেক লোইবদগীদি পীকখ্রবা খোঙ লম্বী ওইনা লৈখ্রে। মহুগী মতুং-ইন্না চংলি।

লমদা শঞ্জিবু লোন্নবা, মালেম নৌনা য়েনিংনরকপা মতম্নি। উরী-উপাল অয়াম্বা অনৌবা য়েনিংগা লোয়ননা উচেক-রায়া কয়াগা হরাও-তয়াম্নরি। চীঙম্নুঙগী ঈফুং ঈহৌনরকপা, লম্নক্কী শা উচেকশিংনা পুক্নিঙ মকা লাম্না চেন-চোংতুনা শান্নজবা মতম্নি। উরী উপাল কয়াগী মপাল লৈশাং তম্নকপগী মনম্না, কেজ নৌজ লিরি হুম্বা মালংবগা শাগোম্না মাইকৈ শিন্না য়েনিং থাগী পাওজেল চংলি। মথল কয়াগী উরৈশিংগী তিম্নদ্রবা লৈচুগী লৈরাংশিংনা উগী উকাদা চরোং চরোং য়াম্থতুনা মালংগী শহুমদা হাইনা হুম্না শান্নরি। উরৈশিংগী মরক্ত থোইদোক্লা সুংশিবা লৈনম চেনবী শমজীরৈগী লৈনম অমুক অমুক কংবদা নিংথরগী মিংয়েং লৈরাং মাইকৈ থিহল্লি। মচু কয়াগী পীক-তক চেংতকপা উচেকশিংনা মহৌশাগী ফজববু শৈখাতুনা শৈহেকপগুম, অনৌবা য়েনিং মরক্ত মথৌ পোংনা খোংলি। লোইদাম কয়া উমংবু

শোঙহল্লম্বা উনা-রানা রাকচিংগী নোংনা মথোক লোয়হনখিবা, অমসুং নাপী-শীঙবীশিংনা কংখিদুনা অনৌবা হানৌ চোংখংলকপদা ডায়রিবনা অদুক হাক্লা শোঙবদি ওইদে।

অহোবা নুমিৎকা ওইবনে, মহৌশাগী ফজবা কয়াদুনা পুক্লিঙ নৌথোকহনবদুগা নিংথব থোইদোক্লা চৎপগী অরাবদি ফাওদে। নুমিৎনা কোক্তোন লোয়্লকপা মতমদুদা মাঙওইননা চৌঙগী নাপোম অমদা খুল অমা উই। পংলাপ লাপ্পবা খুল নত্তুবনিনা ইখঙ-খঙনৈ। মফম অদুদদি মনেত্থ নৈবমগনি থাজদে। অদুগা খুল অদু ফাওদুনা চংলবসু মহাক্লা চংকে নিঙলিবা মাইকৈ অদুগদি য়াম্না কোইনগদৌরে। মরম অদুনা মাঙদা উবিবা চৌঙশাং অদু খুলদু নাকোইননা লাম্থোক্কে খল্লি। তাংদাংবা লম্বীনি হায়বা নৈত্তবা মবম্না মাইকৈ লাক্লগা শমদুনা চৎপা তাবে। চৌঙশাংদুগী নাপোমদা লোকচাও অমগী মতুংইন্না চংলে। নুংথিলগী পুঙ অনি তাবকপা ফাওবদা খুল অমা ফাওবা উবা ফংদে। অরাম-খোরাংলক্তুনা মচলমুপীনা য়োম্বিরকপা চয়োম থোক্তুনা চারে। ঈশিং খর থক্লে। ডাইহাক ফম্লগা রাখল তৌদুনা চংকদবা মাইকৈ লেপ্পী।

লেপ্তুনা চংলি। নুমিৎ তানিঙ-তানিঙ তৌরকপা, চৌঙম্নাঙ অদু লাম্থোক্লকপা মতমদদি লাপ্তুক্লা খুল অমদি উরে। চৌঙগী লমদদি মীৎনা উবগী অবাপ্পগা চৎপগী অরাপ্পগা য়াম্না থীনা থেন্নে। উনা-উনা য়োবা নাইদে। অদুবু অরাবদি, লম্বী অশম্বা চৎপা মপা শিবা নংদে, হায়বদু থোক্লরে। অশম্বনি খন্দূনা মহাক্লা চংলিবা লম্বী অদু চপ-চপ ডম্বা মুঙ্গায় অমসুং শিং-শিং নানবা অপাকপা মুংশো ডাক্ত ডায়রক্লে। মথক্ত হাইগৎতুনা চংলে খুলদুদা থুংবা রাগদৌরি। লোকচাও অমা তম্না কুমথরে। লোকঙ অদুদা লোক্তুং ইন্না চংলে। মদুসু খর চংলপদি চাওর-চাওরবা মুঙজাও ডাক্তা ডায়রক্লে। লোক অদুসু পাকচাওপ্রবা মুংশোদগী মখোল হৌনা ঈশিং চাইবী ওইনবা তান্না তাপ্লে। নুমিত্তি তাগদৌরে। খর কাখৎতুনা ঈশিং চাইবী অদু কোইথোক্তুনা

চঙপা য়াবা লম্বী য়েংই উচিন-নাচিম্মা, য়াম্না রানা মপাদু লাম্ফোক্লে। অথঙবা মফমসু নত্তবনিনা মহাকে মথা তানা সুমিংতুগীদি চংখিঙখ্রে। মফম অতুরাইদা অহিংচুমা লেল্লসিরা থল্লি। অদুবু মহাক্না লাল্লক্লিবা মফম অদু নত্তনা চংথোক-চংশিন তৌবা য়াবা অতোপ্পা মফম লৈতবনা, শাশিংনা চংথোক চংশিন তৌফম, শারানফম ওইরমগনি চিংনৈ।

হায়নৈ—কৈ লৈবা মফমদা সুমিং তাই। মতুমক্তি নিংথরনা মায়োক্লরিবসি। খুদোংথীরবা মফম অদুদা অমম্বনা অদুক্কা হেন্না রাহল্লরে। সুমিংকী মঙালনা লোইখিবগা অশুকপা উমং ওইবনিনা থিন্দনমক অমম্বনা কুপশিল্লক্লে। পুক্কিঙনা অশোনবা মফমদা খুদোংথীবগা মায়োক্লবা হায়বসি হৌনশানি। সুঙ অনিগী মরক্তা হা ওইনা নিংথর, খুদোংথীবা অনিগী মরক্তা লৈরে। মফম অদুদা লৈরে শাহিংচাবা শাশিংদগী খুদোংথীবা নংবা য়ারী। চংলে, অমম্বদা করম্না লম্বী লৈতবা চীঙগী শুক্লবা উমং অদুদা মাইকৈ লাকুনা চংকনি? ঙাইহাক খঞ্জানৈ।

শামুনা তাল্লবদি য়ারক্ত চেনশিল্লু হায়নবগুম্না খুদোংথীবা অমা নত্রপা অমদি মাপ্পোক্লগে থল্লে। খুংলৈ থুনা মপোং-মচৈশিংদু উজ্জাও অমা ফৈনা তুরিবা অদুগী নাকন্দা থম্লে। তথেন থাঙ অদু পায়দুনা কোয়েং য়েংই। মতম কুইনা সুংশাদা ফোদুনা লৈরক্লবা নুঙজাও অমা উই। চঙশিন্দুনা অক্নোয়বদা তারিবা অকংবা উশা পুংকক চাওবশিংদু কত্তুনা নুঙজ্জাওদু থুম্বমথৈ পৈশিল্লি। মহাক্না পোংথাগে নিঙলিবা তুরিবা উজ্জাওদুগী মরুমদা উপাল মচা অনিদা থৌরি ভিংদুনা, শেম-শাদুনা পুরক্লিবা প্লাস্টিক অদু থঙ্গিল্লে। উশা অকংবা কত্তুনা পৈশিল্লি। মৈ হৌগংল্লে। অকংবা চাক অদু ফি মচেং অমদা থর য়োম্রগ ঈশিংদা ভিজশিল্লে। পোপথোক্লবা চাক অদু শেম-শাদুনা পুরকপা শা মতুম থরগা চারে হিপফম শেম্লে। মৈচুম অচৌবা অমা পুরগা নুঙজাওদা পৈশিল্লিবা শাঁঙদু মৈ ফজনা থাগংলম্লে। হিপফম মনাক্তা হৌরিবা মৈ অদুনা উতুপ-উরাঙ য়াম্না হুপচিল্লগা মহাক হিপ্লে। মনাক্ত হৌরিবা

মৈগী মৈনিল অদুনা মৈবগা, ঘুমিংচুপ্পা লমশাঙ লাকপগী অরাবগা, নিংথর ইমুন মুন্থদুনা ইশি শিনা তুমথখ্রে।

পোকথায়বগী অহৌবা খোঞ্জেল অমনা থঙপ্রেক থঙনা মহাকপু মিকপ থঙথোক থোকহল্লে। হৌগৎতুনা ফম্মী। ফনা কুইরবগী তুংদা অমুকস্তু হৌনা পোকথায়রকই। মহাক্না মৈ ওল্লম্বা মুঙ অদু পোকথায়বনি হায়বা থঙলে। মনাক্তী মৈদু নিংথিনা শেমজিল্লে। ঘড়ী ম্নেংই। নোংয়াই চবুক লান্দ্রি। অমুক হিপথরে। করিগুম্বদা অহিংদা চাক্তাবা শানা লম্লানবা লাক্লবস্তু পোকথায়বগী খোঞ্জেলদুদা কিদুনা চৎথিনবা মানা অতন্নবা থোরাঙ তৌরম্বনি। মরক মরক্তা মুঙজাওদু মখোল হৌনা চাওরবা লোকমুঙ অদু খোন্থাং মৈনা নিনবমথে পোকথায়। অমুক তুমথখ্রে। মুঙজাওদু পোকথায়বা লেপখ্রে। লমদাগী থাশিরমদাই থাজনা নোংমদোন পুমঙান ঙানবগুমই। কৌজেং-হারৌগী অয়াকপা খোঞ্জেল নত্তনা অতৈদি তুমথুন তানবগুম তৌই, পুমচিক চিকই, তাদে। অচৌবা-অপীকপা উপালশিং মুশুক-মুশুক তুমিন তুমিন লেপ্লি।

নিংথর অমুকস্তু মিকপ থঙথোক থোকই। অকনবা নোংলৈ-মুংশিত্ত উজাওনা মখোল হৌনা খোংবগা লোয়ননা তেকথরক্তুনা উপাল কয়া ননথায়বা অমদি লৈথায়বগী মখোল অদু মুন্না তায়। হৌগৎতুনা ফম্মী। কেয়েং ম্নেংই। অকি তুজুংবা খোঞ্জেলনা লোকমুঙ অদু পুম্নিন নিবগুম তৌই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না হকথেংনরি-বদি লিরি লিরি হুম্বা মালংগী শহুম নত্তনা অকনবা মুংশিংকী শক্তমদি ফংদে। ইঙক ঙকই। মঙোন্দদি নোং মংদনা অথাক-অরাঙ তাবগা চপ মান্নখ্রে। অদুগুম্বা থৌদোক অমুক্ত থেংনরক্তবনা তুজুংবা অমদি ফাওই। মনাক্তী মৈদু শেমজিল্লি। করি থোক্লগবা থন্ন চেক-শিন্না লৈ। মায়োক্লগদৌরিবদু করিনো থঙদবনিনা পুক্নিঙ লৈতাফম থঙদে। ঙাইহাক্তী তুংদা খোঞ্জেলশিং অদু লেপখ্রে, তাথিদ্রে। ম্নাম্না ঙক্না থঞ্জানরিঙৈ, মুঙ পোকথায়থিবগী খোঞ্জেল অদুগা মান্নবা খোঞ্জেল

লাপ্তুরা অমুক তারক্লে। মহাক থনকম-তৌকম খঙদে। মৈতু শেম-জিল-শাল্লিগা ঘড়ী য়েংই। মুমিং খুদিংগী হৌগৎপগী মতমদি য়োরে। অতুবু মহাক মৈনাক অতুদগী হেন্দোক্লনা নোং ঙানবা ঙাইরগে খল্লে। চাক অকংবা থর তিংথোক্লে। তেক্সী মচাতুদা অয়াইবা শা মতুম থর ফুংচিল্লে।

থাজগী মঙালনা লোইবকপা, চিংথৈ ফিতুপ হুল্লকপদা মহাক হৌগৎতুনা মপোৎ-মচৈ লোইশিল্লে। মমায়-মমিং তাথোক্লুনা থর চা-থক্লে। অহিংদা তাখিবা খোঙ্গেলশিং অতুগী রাখল ঙাইহাক তৌরগা মফম য়েংগে খল্লি। মফমতু থাদোক্লম্লে। তাখিবা খোঙ্গেল অতুগী মপা লাকতুনা চৎনা চৎনা কোয়েং য়েংই। তৌইগুম্বসুং উপাল অমা ফাওবা তেকখিবগী মতৌ উবা ফংদ্রে। করিনো থন্না-খন্না চৎপদি লেপ্তে। লোকমুড অতুদগীদি মানা উখিবা খুল অতু উবা ফংদ্রে। অতুনা লোইরোইননা চৌঙমায় অতুদা চৌঙয়াঙ তম্না কাখৎলক্লে।

অয়ুক্কী অইওবা লোইরক্লবা, মুমিংকী মৈশানা অহিংগী লীক্লাবু লৈচিন মরক্তা তিহ্লনথ্রবা হকচাংদা হুমাংগী ঈরিক ফাওরকপা মতমতুদা চৌঙয়াঙদি য়োগদোরে থল্লি। উচিন-নাচিন্না থক-থা মুঙ্গায়না চল্লা পীক্লবা শারম্বী অমা থেংনরে। মানা উখিবা খুল অতুগী মাইকৈ য়েংলগা লম্বী'তু তুংইন্নবে। চৌঙয়াঙ নকশিল্লক্লবা অতুদদি খুল অতু উরক্লে। মুমিং তাদ্রিডৈদা খুল অতুদা থুংবা ঙম্নবা থর কন্না চংকে নিঙই। মানা উরক্লে—করিগুম্বদা লোক অতুগী মতুংইন্না চৎলয়র্বদি খুল অতু য়োবা ঙম্বগী রা লৈতে। ঙম্ন-ঙম্নবা মুঙ্গায়গী চৌঙলকতুদা চাওর-চাওরবা উজাওশিংনা মংনা ঙাক শেন্দূনা লোকচাও অতু মখোল হৌনা অচাইবা ঈশিং ঈরিক ওইনা চাইথনা চেম্বখ্রে। নিংথম লোই-রকপগী কনফাৎত্রিবা মুমিংকী মশেক্তা রাংনা তারক্লিবা অচাইবা ঈশিং, ঈশিংগী ঈরিকশিংনা লৈচিন পাইবগুম উরিবা, মতু কয়াগী উচেক-শিংনা তিন্নত্রবা থোম্হোক্ত খোঙলিবা, পুম্নমক উর-তারগা নিংথরনা থঙৈ—ইরমদমসিগী চৌঙশাংশিংনা য়েনিং থাসিদা পুক্লিং হুনা ফজবসি করম্বা মফমদা অমমুক লৈরমগদবা! অরাবা কাওদনা চৎলি।

খোঙশাঙনরবা হয়িংখোইশিংনা পাইবগী খোঞ্জেল অতুনা ইথঙ থঙহৌদনা মাগী পেনবা নাইত্রবা মিংয়েং অমস্তুং স্নুংঙাইরবা রাথল অতুবু থুগাইররে। ইচিং-চিংননা কোয়েং য়েংই। খোঙ কাপ্পি লেপ্পে। পীক্লবা শারম্বী অতুদা মুঙজাও কয়া থৈ-থৈতুনা চংলক্লিবনি। লম্বীতুগী থক-থা মুঙ্গায়গী ঙম্রবা চীওমায়নি। থর চংলগদি হয়িংখোইশিংনা পাইবগী মখোলতু ঙুং-ঙুং ঙংলক্লে। চপ লেপ্তুনা কোয়েং য়েংই। খোইনা ওমতুনা পাইরিবা অদোমদা য়েংখিবদা উরক্লে—চাওরবা শওম অমনা লৈচাক হোং-হোংতুনা খোইগী খোইরা লৌথোক লৌথোক্তুনা চারিবতু। নিংথরনা থল্লি—কৈ কিতুনা চেল্লগা শওম ওক্লে হায়বতু চপচানা থোক্লবে। খুদোংথীবা লোক্কী লম্বী অতুদগী থৈদোক্লবা হোংনত্রা হায়ববু হেন্না খুদোংথীবা অমা অমুক থেংনরে। করি তৌসিগে থল্লি। শওমতু করিমত্তা থৌশাবা তৌদনা অমুকস্তু থরো থরো ওল্লি। অমুক চংশিন্দুনা লৈচাক্তু হোংলি। খোইরা লৌথোক্তুনা চায়। নাশোন পীক্লা নিংথর খোঙকাপ থর হন্দোক্লে। মুঙজাও অমগী মরুমদা লুমতুনা শাতুগী মতৌতু মুন্না য়েংথোকই। শাতুনা লৈরিবা মফম অতু থৈতুনা চংনবগী পাম্বৈস্তু লৈতে। তেনতুনা কাপ্পা তারবস্তু য়াম্না নরুবা মরম্না অনিরকশুনা তেংগা থোংবা নংলোই, শাতুনা মঙোন্দা ফুজিল্লকপনা হানগনি। অকনবা হু চেনবা তেঞ্জৈ ওইরবস্তু, তেঞ্জৈ অমনা পান্বদা পাক-হেক তুগদবা শাস্তু নত্তে। থাঙশাং অতু পায়তুনা লাম্হেংনবা য়াবা মফমস্তু লৈতে। খোঙফম থজিক্তুং হেক শোয়খিবদা ঙম্লবা মুঙ্গায় মরক্তুদা নাম্থখিদৌরি। ঙাইহাক থল্লে। খোইহিগী মহাউ অতুনা করিমত্তা নাচুংবীদনা শা অতু খোইরা লৌ-লৌতুনা চারি।

খুংগু-খুংলায় মফমচানা থম্লে। তথেম্থাঙ অতুনা অকংবা ই থর মখোন থোকহন্দনা লেল্লে। পীক্তুক্লা মপুন অনিথোক্লা পুনশিল্লে। নাকেম্থাগী কেনখিবা অকংবা উনা অমস্তুং অকংবা নাপী-শীঙনা মরক্তুদা মৈ চুরবা ই মপুন অনি অতুনা অমনা লম্বীতুগী মথক্ত, অমনা মথাদা মৈচাক পীরে। মৈ চাকপা মফমদদি মশানা স্নুংশিং হেক্ত শিংলি।

মুংশিং মাইরম য়েংলগা অপুঙবা উশা অমনা মৈরী মুংথং-মুংথংতুনা মশাবু হেন্দোক্লককপা মৈরীদগী কঞ্জনবা হোংনৈ। মিকুপ থরগী মনুঙদা মখোল খোক্লা মৈদু মৈরী কন্না শা অতুগী মাইকৈ তম্না চাকখ্রে। মৈ চাকপগী মখোল অমদি মৈখুগী মনম হেক ফংবদা শা অদু কোয়েং য়েংলম্লগা ঙম্নবা মুঙ্গায় মরক্তা লোকখা তম্না হোংথখ্রে। চংকদোরিবা লম্বী অদুদগী মৈরী অদুনা লাপথোকখিবা ঙাইহাক ঙাইরে।

মৈ অদুদগী খুদোংথীবা নংলরোই থঙলবদা অমুক খোঙশানবা হোরে। মুমিংকী মৈশানা মেংথরক্লবা মতম অদুদা পাম অমনবা থরদি থেংনরে। খুল অদুমু পংলাপ লাপ্পদি নত্রে। খুনাম তাখিদ্রবা পাক্লবা লম্বীদু উরগা মী তোম্বনা চংনদ্রে হায়বদি থঙলে। মদুনা উচেক-রায়া অমমুং খৈরোয়শিংনা মনিঙ তম্না মচিঞ্জাক তারি। মুমিং তাদ্রিবৈঙদা খুলদুদা থুংবা ঙম্লগনি থঙলদুনা ঙাইহাক ফমদুনা চাবা য়াবা থর চারে। লৌরুংদু শায়রোংগী লৌরি চনশিল্লে। মক্ল থর লৌথোক্তুনা ফুরিংখাউদা হাপচিল্লে। অমুক থীন্থবা তৌদনা খুলদু তম্না চংলে। য়েনগুম্না খোংতুনা মচিঞ্জাক থিবা কয়া পাইগন্দবা, লোংতুনা চেনবদি য়াম্না হৈ-শিংবা, পুংকক চাওবা উরেম্বীগুম্বা উচেক মথল অমা চীঙগী লমদা মরাং কায়না লৈ। মীশু কয়া উশিত্তে। পুন্না পুন্না লৈগল্লি। মদুনা চেনবগী মখোন হেক তাবগা নিংথর লুম লুমদুনা চঙশিল্লি। শায়রোং মক্ল অমত্তা মাঙহন্দে। উচেক তান্না তান্না কাপ কাপতুনা চংপদগী খুল য়োশিল্লকপা থঙহোদে। উচেক মঙা-তরুক অদু য়ান্দুনা খুলদুদা চঙলক্লে। মুমিং তাগদবা থরদি রাংলি। খুলগী মুপীশিংনা ঈশিং শোকপা হম্মরকপা মতমদুদা নিংথর খুলগী মীশিং উবদা খুল্লাক-পগী ময়ুম হংগে হোংনৈ।

লোইরোইনা ঙম্বা চীঙদুম অদুগী চীঙয়াংদা পাক্কক্লা চংলিবা লম্বীগী নাক-য়েত্তা য়ুম পরেং তারি। খুলগী ময়ায় ওইরপ্পা লৈত্তেম মান্নবা পাক্লপ তৌবা শুমাঙ অমগী নাকন্দা রানা শেম্বা ফমফম পরেং লৈ। শুমাঙ অদুগী অরোইবা নাকন্দা উপাক্লা ফম্পাক হাবা, ইনা কুপ্পা য়ুমজাও অমা চিক্লা তুমিন লেপ্লি। চঙশিন্দুনা রাগী ফমফম অদুদা

নিংথর তুমিন ফম্মী। কোয়েং য়েংই। ঈশিং শোকপা হল্লকপা মুপী-শিংত্থু হাইফেৎ হাইফেৎ মঙোন্দা য়েংলম্লগা তুমিন তুমিন চৎনখি। অঙাংশিং থর শান্নরিবত্থু নত্তনা অহনশিং ইউ-উদে। ইচিক চিকপগুম তৌই। ফনা কুইনা ফয়ে। মুমিৎ হেক তারকপত্থুদা পুংকক চাওবা মুপামচা অনিথক নিংথরগী মনাক্তা চঙলক্তুনা করি করিনো হংই। অত্থুগা য়ুম অত্থুদা পরপ পরপ চঙখি। ঙাইহাক নৈরগা মথোঙ নামা শোয়বা অহল অমগা থোকমিন্নরকই। রারী শানরবা মতুংদা নিংথরগা পুন্না ইমুঙদা চঙমিন্নরে। মথোঙ শোয়বা অহল অত্থু খুল্লাকপা ওইরম্লে। নিংথরনা খুল্লানবগী মরম অহল অত্থুদা থঙহল্লে। লৈশাবী অহুমস্থু চঙলকই। মথোয় ইকোয় কোয়না ফুঙ্গা অত্থুদা ফমত্থুনা রারী শান্নরি। লৈশাবী অমদি মরাইবক থীরবা খুল্লাকপা অত্থুগী মচানুপীনি। লৈশাবী অত্থুনা ঈশিং অশাবা পীত্থুনা নিংথর ইরু-মাইথজথোক্লে।

ইনথংলকপা, চুং-ফিরাল চানা-চেকশিন্না ফজরবা নিংথরগী ফিবমত্থু য়েংলগা লৈশাবীশিং অত্থু করি করিনো চিবোন-চিবোন ঙাঙনৈ। পাখঙ অত্থুনা লীরিবা রারীত্থু মুন্না তায়। লৈমা য়েংলিঙৈ খুমু কায় হায়বত্থুনি। লৈশাবীশিংত্থু পুম্মুন মুনখিত্থুনা মথোয়দা থোংননবা শিন্নবা উচেকশিং অত্থু ফাওবা কাউথোকলুরে। মপানা উচেক্তু নিংথিনা থোংবীত্থুনা পাখঙত্থুবু পীজ-পীথক্লুবা হায়রকপত্থুদা মথোয় মশেল য়েংনরগা থিক থিক হেক নোকমিন্নে। রারী শানা শানা থোং থাকপা লোইরত্থুনা চামিন থকমিন্নরে। ঙাইহাক্কী তুংদা পাখঙ অমা লাক, অহল অমা লাক, ইমুঙত্থু মী ফনা য়াম্না তিল্লে। নিংথরনা মনেগী মমিং-মথা হায়ত্থুনা খঙবা-লাকপা য়াওব্রা হংই, ঈশিং মনুঙদা লৈত্থুম থাদবগুম কনানস্থু হোয়-মায় হায়নরক্কে। খুল্লাকপগী মথোঙ শোয়খিবগী মরম নিংথরনা হংই। ময়াম অত্থু য়ৌ য়া, য়ৌ-য়া লোনগা তিন্নরে, নিংথর মথোং মরম থঙদে। তাফম থঙদে। চারম থক্লম, তুমফম-হিপফম খঙলক্তবগা, থর ফজনা চাশিল্লুবগা, মৈনিঙ্গ অত্থুনগা য়ৈবনে অমস্থুং মাগী তুম্বগী মতমগা য়ৌরকপনে নিংথর মমুন ফারবা কেল্লমদাইগী উহৈগা পাংথক ওইরে। মতৌত্থু উবদা লৈশাবীশিং অত্থুনা হিপফম শেম্বীত্থুনা পোংথাহল্লে।

# ৫

# লৌশিংনা শামু ফায়

অহিংগী অচিকপবু শীঙনদুনা য়েন লাবশিংনা য়েনখোং তোয়না, খোঙ্হাং য়ৈনা খোংলকপদা চীঙমায় অদু পুম্নিল নিল্লি। হৌখিবা মুমিদাংদা শানখিবা য়ারীদা য়োংমানবা, শাহিং চাবা শা অমনা খুল্ল'কপা অদু মখোঙ নামা শোইনাইহনখিবা, খুলদুগী মুপা কয়াবু হাং-তোকপীখিদুনা মখোং কারক্লিবী মুপী কয়াবু লুখ্রা ওইহনবীদুনা পীক্লিবা মচা য়েংদুনা মমিংকী পীরাং কংদ্রিবা অমসুং শোইনাইহনবীরবা মুপা কয়ানা নিঙবা কায়না হিংলিবা, পুম্নমকতু খল্লুবদা নিংথর শোর ফুনবগুম তৌই, মুংঙাইতে। শাদুগা শীঙনরুবা অমত্তা ফিবম চানা হিংদে। হাং-তোকপীখিবনসু অয়াম্বনি। অদুনা মুপাশিংনা নোংমৈ পায়দুনা চংপা ফাওবা কিনরে। নিংথর শা অদুবু অমুক্তংদি য়েংনিঙই! মাবু হাংপা ঙম্নবদি খুঞ্জাশিংদু ঙমখৈ নৈতনা হয়াওজগনি থল্লি। থেংখ্রগনি থন্দুনা হৌগংলে। মমায়-মমিং তাথোক্লে। মাগী ফিজোল শেং-চিন্দুনা থাঙশাং অদু পায়দুনা থোরক্লে।

নৈচিন-নোংফাই থাংদ্রবা নোংমদোন 'থক্তা মেঙলবা মঙালদা থাজনা থোঙনেংন, অয়াকপা মুমিংকী মঙালবু কিজদুনা লোৎকদবগী নোংচুপ চীঙদোন তম্লক্লি। য়াহৌ ঙনবী নৈশাবীশিংগী হৈ-হৈ হায়বা

ফৌশু শৈহেকলক্তা শুক্লা তাম্বা পীত্না নোংঙাল্লমদাইগী অচিকপবু থুগায়রী। মতা ফরবা শুমাঙ অত্দা নিংথর শান্নবা হৌখ্রে। য়াক্লা য়াক্লা অমুক-অমুক মানা লাউরকপা খোঞ্জেলত্থু তাবদা খুঞ্জাশিং মিকপ থোক্লরে। মিন্থন চেঙ্গুম-চেঙ্গানরিবৈ শরক্তুদা তারিবা খোঞ্জেলত্থু করিনো থন্নরে। হৌগংনদুনা তুমিন-তুমিন য়েংনৈ। শাংলবা-লংলবা থাঙশাংগী জগোইত্দা থাজগী মঙালনা য়ৈবদা নোংথাঙ কুপ্পগুম তৌরি। মনমদা শম পুত্না ঈশিং শোকপা থোরক্লিবী লৈশাবীশিং কুম্মৈগুম য়েংনৈ। নোং ঙাল্লক্লবা অত্দদি থোরক-থোরকুনা খুঞ্জাশিং য়েংনৈ। কনানা হায়—অঙাওবরা? কনা অমনা হৌদোং তুরেল কুমদব নদি থঙলোই হায়। য়েংনৈ। ইঙক-ঙক্লবসু য়াওই। চিবোন-চিবোন, মুশুক-মুশুক অমগা-অমগা ঙাঙনৈ। অঙাওবা মশেল নথো পোনৈ হায়বত্নি। তৌরিবত্থু করিনো থঙনদবনিনা কনাসু মেন মান তানদে। শান্নফম থোকপা শান্নরবা মতুংদা রাগী ফমফম অত্দা ফমত্না পোংথাই। পাখঙ মচা অমা-অনি কৌশিন্দুনা য়েরুম-লফোয় থর লৈহল্লুরে। লফু মকক শাংলপ তৌবা অমা লৌমিন্নরুরে। লীরুংতেন পুথোকুনা ঔরাইরে। খুল্লাকপত্থু মথরায় য়াওনা নিংথরনা তৌরিবত্থু য়েংই।

পল্লেপফম থঙদবা রাখল অমদা নিংথর ঙাইহাক তুমিন ফম্মী। খুল্লাকপা অত্না লফোয় অমুনবা থর মঙোন্দা পী। মচান্নুপীদা অফুংপা য়েরুমত্থু পুথোরক্লবা হায়। নিংথরদা য়েংলগা য়াম্না নিঙমদনা হায়রকই

—ইচান্নুপা! নঙ ঙসি চৎলগে হায়ব্রা?

—উম! ইপা! ঐখোয়গী একজামিনেসনগী রিজল্ট থোকত্রিঙৈদা ঐগী ইনে অত্থু ফংননবা থিগদৌরিবনি। অত্না মতম লৈতবনিনা চৎপদি চৎনিঙলে। অত্বু অমুকসু ইপাখোয়—খুলগী মীশিংনা রাবসি উরগা পুক্লিঙসি মুংঙাইতে। ঐনা ঙম্বা মতেংদি য়াম্না পাংনিঙই। অত্বু ঙমগত্রা থনবসিনি। শা অত্বু অমুক্তি য়েংনিঙই। মাগা লান্থেংনবা ঙমগত্রা থঙনিঙই।

রারী শানবত্ন মথরায় য়াওনা তারম্বা মুপামচা অমনা কল্লপ্পা হায়রকই—

—ইয়াম্বা! ওমগনি। শাত্ন নঙগী লেংবানগুম্বদা রাংগনি। অত্ন—, মথোঙ-মখুং অত্নদি চাওখ্রবনি।

—"ইনাও"! নিংথরনা হংই—নঙদি করম্না উরুবনো? "শা অত্ন মুপা অমত্তসু উবা য়াদে য়াম্না শাওই হায়বত্নদি?"

—ইচেশিংগী মরক্তা ঈশিং শোকপা চংপগী হল্লকপদা উবনি। মুমিং থোকপগী মতমদা মানা মুঙজাওগী মথক্ত চেংং-চোংত্ননা শান্নবত্ন ঐনা তুমিন হুরান্দুনা য়েংবনি। ইচেশিংনদি ঐবু চৈখ্রবনি। নিংথরনা ফাগী তৌতুনা অঙাংত্নদা হায়—

—মাগা লান থেংনবদা ঐন্না ওমগত্ত্রনে? মানদি ঐঙোন্দগী য়াম্না হেন্না কল্লমগনি। য়োংগুম্না য়াম্না হৈ-শিংই হায়বত্নদি—?

—হৈস! ইয়াম্বা! নঙগী থাঙ হাইবত্নদা মাদি ঙাওগনিদা। অত্ন—ইয়াম্বা! য়োং হিংচাবত্ন হৈবদি হৈএ। মানা চীঙ কাবা, উ-কাবসিদি হৈখ্রবনি, য়াম্না থুনা কাবনি। কনবসু কল্লে। মুঙ অচোবসু য়াম্না লায়না ইস্থোক্ষপা—লংবা ঙম্মীনে।

—ইচাম্নপা! মুপামচাসি ঐগী ইনাওমুপাগী মচানি। কয়া তিনকি-লাইকিদবা ওইনা তৌই। মথোং কয়া চাদবা অঙাংনি।

—ইপাহল! ঐগী পুক্লিঙসি য়াম্না মুংঙাইতবনি, য়াম্না শাওবনি। মানা ঐগী ইপাবু হাংপীবা অত্নগা ইপাহলবুসু থোঙ থুদেকপীবা, ঐনা পাথঙ অচোবা ওইবা মতমদা মাবু শোইদনা হাংকনি। ইপাগী লুখা থাগনি। মানা তৌবত্ন ঐসু হুরান্দুনা য়েংখ্রবনি। মাসু হুরান্দুনা মুঙগী মরুমদা, উগী মরুমদা মীশিংগী মতো য়েংবত্ন ঐনা খঙখ্রবনি। খঙদবগী মীনদি মাবু মপান্দা থোক্তবগুম নিঙবনি। মানা মশা মুংঙাইবা, মপুক হরাওবা মুমিত্তদি অয়ুক অঙনবদা, মুমিং তাবা মতমদা চোং-ফন্দুনা, থরো থরো ওন্দুনা শান্নবা ঐ উখ্রবনি। মাগী য়ুম শাবা অত্নগী মথক্ত লৈবা অঙম্বা মুঙ্গায় অত্নদা লোংলগা হুরান্দুনা ঐনা মাগী মতো অহুম য়েংবনি।

—ইপা ! শা অদুদি করম-করম্বা মতমদা থোক্কনি ?

—মানা মপুক লাম্বা মতমদা অহিংদা কন্না লাওবগুম্না খোংলক্কনি। অয়ুক্ত মুপীশিংনা য়েন মঙা-তকক পুতুনা মাগী য়ুমশাবা অদুগী মনাক্তা পুনশিন্দুনা থমগনি। মানা থোংবগুম্না অহৈবা মুপী অমনা খোংগনি। মদু তারগা শা অদু মপান্দা থোক্কনি। মাবু হাংননবা শেম শাবা মী লৈত্রে খঙলগা য়েনদু লৌবা লাক্কনি। নোংমৈ পায়বা মীশিং লুমদুনা লৈবে খঙলবদি লোৎতুনা য়েংগনি, হাৎননবা তৌরক্কনি।

নিংথব মুন্না তাশিল্লি। খল্লি—শা অদুগা লাম্নেংনবা হায়বসি ছিংবা নত্রগা শিবনি। মানা ঙম্নগনা খুঞ্জাশিং হরাওবনা লুতোন থুমগনি। অদুগা মায়থীবা হায়বদুমদি মহাক্কীদমক্তি শিবনি। নিঙ-শি'লকই মাগী মপানা হায়খিবা—য়েক্লববু কিবা হায়বসি মায়থীনবগী অচৌবা মচাক্তি, উশিংমন্দ্রবসু মায়থীনবগী মচাক্তি। য়েক্লবসি য়াম্না কল্লি, হৈ-শিংই, মতৌকবম্না খেংনবগা মাবু মায়থীবা পীবা ঙমগদগে খন্না য়াম্না হৈ-শিংনা খেংনরবদি শোইদনা মায় পাক্কনি। নিংথরনা হংই।

—কৈদৌঙৈগুম্বদি শা অদু থোক্লক্কনি, ইপা ?

—ঙরাংদা মাগী চাকথা পীবনি। মুমিৎ অনি-অহুমদি লৈখিগদবা মাল্লি।

—অদুদি ইনাওশা ! ঐখোয় চাক চাখোক্লগা মানা লৈবা মফম অদু তুমিন্না য়েংবা চৎসি।

—চৎসি ! চৎসি ! ইয়াম্বা য়াওরবদি করিসু কিদেদা। ইয়াম্বসু কিরুগনুদা।

অযুক্কী চাক চাবা হেক তোকপগা পাখঙ ময়াম লাক্লুনা খুল্লাকপগী শুমাঙ অদুদা "চৎসে ! চৎসে !" হায়দুনা য়ৌয়া-য়ৌয়া লাঙলরে। নিংথরসু চাকচা তোক্লুনা নিংথিনা মথুম পানবা থাঙশাং অদু মনঙ্গন্দা য়ানশিল্লে। মখাংদা তখেম্নাঙ য়াল্লে। লীকং-তেন পায়দুনা থোরক্লে। মানা হায়,

—ইনাওশা ! ইয়াম্বশা ! ঐখোয় মফম অদু হেক ম্নোবগা ৱা কন্না ভাঙলোইদবনি। ঐনা তৌসি হায়বা থবক্তু ঐখোয়না তুমিন তুমিন তৌমিন্নসি।

মানরবদুনা মখোয় চংমিন্নরে। মখোং হুক্তবা পাখঙমচা অদুনা মখুৎ খিন-খিন্দুনা শা অদুনা তৌবা মওং-মতৌ অমদি মফমশিং নিংথরদা তাকই। ৱারী শান-শান লাকপনা মফমদু ম্নৌশিল্লক্লে। মুঙ্গায়গী চীঙশা ওইনা তৌবা, ম্নোং হিংচাবদুনা লৈরিবা শুরুং অদু লাপ্তক্না মমি-শামি উই। মখোয় লেপ্তুনা অদুম চঙশিল্লি। নিংথর কোয়না মুন্না য়েংথোকই। মুপীশিংনা চাকথা পীবা মফম খঙলে। মদুদগী মুঙজাও অমদি মুঙ্গায় মরক্তা খর কাখৎলগা শুরুং অদু লৈ। তশেং তশেংন-মক্তি উবা ফংদে। চাকথা পীফম অদুদগী খর চৎথরক্লগা লৈতেম মান্নরপ্লা পাক্তক তৌবা মফম অমদি লৈ। মফম'দু নত্তনা শা'দুগা লাম্নেংনবা য়াবা খুদোংচাবা অতোপ্পা মফম লৈতে।

তারিবা মুঙশিং অদু লৌখোক্লগা লোক্লোম থংবা নাকন্দা নিংথরনা ইন্থদুনা থম্বা হোৌই। অদুম্না মখোয় ময়াম চঙদুনা তুমিন-তুমিন মফম অদু শেংদোক্লে। মুঙ ময়াম অদুগী মরক্তা শা'দুগা মায়োক্নবা ৱাগনি হায়বসি মাগী ৱাখলনি। মরমদি মফম অদু শাদুগীদি হৈনবনি। মুঙশিং অদুম্মু মাগীদি হৈনবা খুৎলায় ঙাক্লি। চীঙগী নাকন্দা লৈরিবা মুঙজাওশিং'দু পায়দুনা নোম-নোমদুনা ম্নেংই। মপুক্লিঙদা লান অদুগী-দমক চপ-চানা শেম-শারে। মাগী অনিঙবা অদু মপুঙ ফারবদুদা মখোয় হল্লসি হায়নরে। পাখঙ মচা অদুনা হায়—"ইয়াম্বা! ঐঙোন্দা নঙগী শায়রোংগী মরু পুহনবসিদি করি তৌগনি ? ঈশিংখোং থংবা উমংদা চংলগা উচেক-খৈরোয় ফাসিনে।" মখোয় ময়াম লাঙ-লাঙদুনা নিংথরবু হোইদুনা পুরে।

হোদোং লৈত্র উচিনা মখে লাংই। মতম কুইনা নোংমৈনচিংবা পায়দুনা শা-উচেক তানবা কিনদুনা তৌনরক্তবদুনা শা-উচেক্তি মরাং কায়না অমম্মুং মনিঙ তৌনা লৈরে হায়বদুদি চুম্নে। খৈরোয় অমম্মুং

উচেকশিং অতু মখোয়দা করিসু তৌবীত্রবা অতুদা কয়াসু থোশা-রাশাদ্রে। পাখঙশিং অতু উশা য়ান্দুনা মথুৎচানা লংবদা খুংলোয়গদবা মঙংদা মাগী মাগী চানবা কল্লগা কাঙদেন অহুম/মরি শেম্নরে। নিংথরসু মাগী লীরুং অতু শায়রেংগী লীরি চনশিল্লে। ময়াম অতু শা-উচেক থিবা হৌনরে। মুমিৎ তানিং-তানিং তৌরকপতুদা অচৌবা মথলগী থৈরোয় অহুম অমসুং অচৌবা উচেক, রাবা মঙা ফারে। হরাও হরাও হোই লাউদুনা হল্লক্লে। খুল্লাকপগী শুমাঙ য়ৌবদা মখোয় ময়াম্না নিংথরবু কোনবগা থাঙ্গৎপগা হরাও-মুংঙাই ফোংদোক্লে। চেং-চাক থোরাং তৌরে। ইরু-মাইথঙ্গথোক্লগা নিংথর শাজেন তৌবা হৌখ্রে। হনুবা অমসু ফমতুনা মথরায় য়াওনা য়েংই। মানা পাখঙ অমদা হংই—"পাখঙ অসিনবু মাগী থাঙ অশিনা য়োং হিংচাবা অতুবু হাৎপা ঙমগ-দ্রনে? নোংমৈ পায়তুনা চৎপা মী ফাওবা অতুক য়াম্না হাৎখ্রবসিদা-!" 'ইপু!" পাখঙ অতুনা খুম্মী—"খোংলগা থঙবা হায়বতুনি। ইয়াম্বা 'সিনা থাঙ হায়বসি য়েংবদি মুংঙাইবনি। মাগী মশা অসি য়েংলবদি য়োং হিংচাবা অতুনদি মাবু ঙম্লোইদ।"

মথংগী মুমিংতুমসু ঈশিংদা লৈতুম থাদবগা চপ মান্নখ্রে। শা অতু মনা মনিল নাইদে। নিংথরদি লৈতাদরে। অকল্লবা মতমগী মনুঙদা মনে অতু থিগদৌরিবনি। চাকঙন চাথোক্লরগা পাখঙশিংতু 'থৈরোয় ফারুসি, উচেক তাল্লুসি' হায়তুনা থোইরেন মশা পাইনরে। অমনা লীরুং পুথোক্লক অমনা অমা পুথোক্লক পুম্নাঙ লাঙই। নিংথর হায়ফম-তৌকম খঙলকত্রতুনা উমং মাইকৈ পাংমিন্নরে। খুল্লাকপা অমসুং মচানুপী রারী শানহৌই। মচানুপীনা হায়জে—

—ইপা! মশক মশাসু নিংথি মুংঙাইনা খঙদ্রিবা পাখঙ অসিনা তমথীবা শা অতুগা লাম্হেংনগদৌরিবা অতু ঐদি থরায় য়াম্না রায়। মানা ঙয়বদি কৈ। শা অতুনা শাওতুনা মাবু হাত্তোকপীখ্রবদি—, ইস! ঐখোয় করি তৌগনি ইপা?

—ঐসু করম থোকদ্রা থনবদা রারিবনি। করম্না ঐখোয়না মাগী মতেং পাংতুনা ঐখোয় পুম্নমক্পী অরাবসি কোক্দগে থল্লিবনি।

ঙসিদি মুমিদাংদা খুলগী মীশিংগা ৱা তানগনি। ঐনদি তৌগনু হায়বনি। অদুবু ঐখোয়না ৱাবসি উরগা মানদি মুংঙাইকবনি।

—ইপা! হন্দক চাকথা পীবা চৎপসিদি ঐসু য়াওগে ঐসু ঐনা ঙম্বা মতেং ইবুংগীদমক পাংগে।

—নঙনবু করি মতেং পাংবা ঙমগদ্রা?

—ঙম্বা লৈগনি। তরাগী চৈগুনা লেংথোং ফায়, হায়বত্তুদি ইপা?

ইমুঙ খুদিংগী ৱারীনি, নিংথৌরগী মতেং লানফমত্তুদা কমদৌনা পাংসিগে হায়বসি। মুমিদাংত্তু পাখঙশিংগা চামিন-থকমিন্নরে। খুলগী মীশিংসু লাক্লে। ময়াম থন্নে। নোংমৈনচিংবা খুংগুং-খুংলায় পায়বা মী উরে, শা অত্তুনা থোকপা অমা তৌত্তুনা হূরান লান্নাদা হাৎনবা তৌরক্কনি হায়বসি ময়ামত্তুনা খঙনরবনি। মহাক্কী মতেং পাংবা হায়ববু, নিংথৌরনা হায়জৈ লাম্হেংনবা হেক হৌবগা ময়াম লাউ-থোংত্তুনা মফম অত্তুদা চেনশিল্লক্কদবনি। খুংগু-খুংলায় পায়বগী কান্নবা লৈরোই। মত্তুগী মমাঙ ফাওবদি লাপ্পা শা অত্তুনা উরোইদবা মফমদা লোৎত্তুনা লৈগদবনি। লাম্হেংনবগী পাউদি চাকথা পীবা চৎপা মুপীশিংনা পীগনি। ৱাফম থৌরত্তুদগী হেন্না করিসু নিংথৌরনা হায়দে। অসুম্না থন্ন-থন্ননা নোংমা নিনি হৌজিনখ্রে। নিংথৌরদি চাসি কদায়, হুন্দোকসি কদায় মুংনাংবনা লৈফম চাফম খঙদ্রে।

মুমিং খুদিং, মানা মিকপ থোকপা মতম অত্তুমক্কদা কন্না লাউবগুম্না থোংবা, থোম্থাং য়ৈবা, অকনবা শাফু য়াওবা খোঞ্জেল অমা তায়। মত্তু শা অত্তুনা থোংবা শোইদনা ওইরমগনি হায়বা নিংথৌরনা খল্লি। ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্লগা অত্তুম মরিরক খোংলয়্রগা তুমিন লৈখ্রে। খুল পাল্লিবা চীঙমায় অত্তু পুমচিক চিকপগুম তৌখ্রে। মা নিংদোল পিং পিং চোংই। খুল্লাকপত্তু হৌগংলগা মচানুপীদা করি করিনো ৱা থর হায়রম্লগা থোরক্তুনা তাখিবা খোঞ্জেলত্তু শাত্তুনা মাগী চাকথা কৌরিবনি হায়না নিংথৌরদা হায়। খুলগী মীশিং হৌগৎনখ্রে। লাই থুকমৈ। নিংথৌরসু হৌগৎত্তুনা হৌনবী লোইশিল্লে। মুমিংত্তুমদি

মহাক কুইনা শান্নখ্রে। লফোইশয়েরুম চানা চানা মপুক্লিঙদা লাপ্লোং শিল্লি। লৈশাবীদুনা চাক থর, য়েনমচা অফুংপা অমা পীজরে। চাকথা খিনগদবা মাঙজোননা শীন্নখিবা মমিং মনা থর শিংবী লৈশাবী অহুম অদু য়েন তরুক-তরেং পুদুনা লাক্লে। নিংথর মফিশমরোল নিংখিনা শেংচিল্লে। থাঙশাং অদু লুতুংদা থাঙখোক লোংনা নিংখিনা য়ানশিল্লে। তেন্দোং অদু য়াম্না লায়না অমসুং থুনা লৌখোকপা য়ানবা য়ানশিল্লে। ফিজেৎ অদুগী মথক্ত নুপীগী ফিজেৎ শেংচিল্লে। ফি অমা ইল্লে। তখেন্থাঙ অদু খুল্লাকপীগী মচানুপীদা পায়হল্লে। লীরুং অদু তেনগী লীরি চনশিন্দূনা পায়রে। মখোয় লাই খুকমদুনা শা অদুগী লৈফম তম্না খোঙশাল্লক্লে।

ঙল্লিবা অয়ুক্লি। কোরৌগী ঙাঙলৈনবা মশেক্লা নোংপোক মাইকৈ তাক্লকপদা মঙায়রি। খোঙকাপ থুনা থাংদুনা, চৎনা চৎনা নিংথরনা লৈশাবীশিং অদুনা তৌগদবশিং তাকই। খুল্লাকপগী মচানুপীদু মুন্না তায়। চায়না পুঙ ওইগে খল্লিবা মফম অদু য়ৌরক্লে। মফমচারে খনথ্রবা মুঙজাও অমগী মকুমদা লীরী চল্লবা লীরুং অদু খুদোংচাগদবা য়েংদুনা ঙাশিল্লে। খুৎশিং খুনাম্থোক্ত পায়খৎতুনা শিজিন্নবা য়ানবা য়েংদুনা তখেন্থাঙ অদু নাকন অমদা থয়ে। চাকথা থমফম মুঙপাক অদু য়ৌফাংত্রিঙৈদা মখোয় পরেংশানা লেপ্পী। লৈশাবী অনিনা য়েন মপুনশিংদু পুরগা মুঙপাক অদুদা থম্মী। লেপ্লিবী লৈশাবী অমনা শাদুনা খোংবগুম্না হন্না হন্না খোংই। লৈশাবী অনি অদুসু হন্থরক্লগা মখোয় তুমিন তুমিন পরেংশানা লেপ্পী। নিংথর কোয়রৈ লৈদুনা য়েংথোকই। ফিবমদু মুন্না য়েংথোক্লবা, য়োং হিংচাবাদু মুঙজাও অমগী মথক্তা ফন চোংখৎলকই। মুরৈনবা মতুনা জোম-জোম্নরবা শাদুগী লংলবা মমিং অনিদুনা মখোয়দা শংত্রিক য়েংলগা হরাওনা খোংই। কোরৌনা তরুং তরুং থোক্লকপগী ঙাঙলৈনবা মশেক মঙালদুদা মুঙজাওগী মথক্ত লেপ্লিবা শা অদুগী ফজবা ফিবম উবদা নিংথর কল্লকপা ফাওই। মাগী চাকথা অদুদা অমুক শংত্রিক য়েংই। থর চৎথরগা লেপ্লিবী লৈশাবীশিং অদ্‌ন্না

মখুৎ হাইবদ্, য়েংলগা শা অদ্ হরাওনা মথবাক্তা মখুৎ অনিনা পুদ্‌পপুতুপ য়ৈতুনা মুঙথক্তুদা ফন ফন চোংই। শা অতুনা তৌরিবতু হরাওরিবনি হায়না লৈশাবীশিংতুনা নিংথরদা তম্মী।

মুঙজাও মথক্তুদগী ফন চোংথতুনা, মাগী চাকথা তম্না তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই। লংলবা মমিৎ অনি অতুদি মখোয়দা থম্মী। মখোয় মখুৎ হাই হাইতুনা তুং হন্না কুনথরকই। শা অতুনা চাকথা অতুদা মিৎয়েং হেক থমথিবগা নিংথর মমা'য় তুং লৈথোক্লগা মাগী লীরুং তম্না লাকই। খুল্লাকপগী মচামুপী অতুনা শা অতুনা তৌরিবতু মঙোন্দা পাউদম্মী। শা অতু মাগী চাকথাতু মখুৎ অনিনা পায়থৎলগা হরাওনা খোংই। মমায় লৈথোক্তুনা শুরুংদ্ তম্না চৎপা হৌই। শা অদ্‌গী ফিবম লৈশাবী অদ্‌দগী হেক থঙবগা, নিংথর খুৎলৈ থুনা মথক্ত শেংলিবা ফিজোন লৌথোকই। খুদক্তা মাগী লীরুং পায়দ্‌না হু হাপ্লবা তেঞ্জে অমা তেঙ্গা থোংই। মাগী ঙমজবীদা লীরি চিংদ্‌না শাফু কন্না তেঞ্জে অদ্ শাদ্‌গী মনঙ্গন্দা থাজিল্লি। অনিশুবা তেঞ্জে অমা তেঙ্গা থোংনবা শেম শায়। শাফু কল্লবা তেঞ্জে অদ্‌না শাদ্‌গী মনঙ্গন্দা য়ুংই। শাফু কল্লবা, হু চেনবা তেঞ্জেগী চৈনা হেক ফংবগা শা অদ্‌না কন্না খোংবগা লোয়নননা নিংথরগী মাইকৈরোমদা ওনশিল্লকই। মামা তৌরম্লিবা মতৌ অদ্ উবদা শাওরবা শাদ্‌না য়েন মপুনশিং অদ্ নিংথর তম্না কন্না লংশিল্লকই। খুদক অদ্‌মক্তদা নিংথরনা হায়বগী মতুংইন্না লৈশাবীশিংদ্ য়াঙনা চেন্থখ্রে। শাওরবা শা অদ্ মখুৎ অনিনা মথবাক্তা ফুরদ্‌না নিংথর তম্না চোংশিন্নবা হোংখৈ। শরক অতুদা অনিশুবা তেঞ্জে অতুনা শা'তুগী থজিন্দা থাজিল্লি। মতুনা শাওরবা শা অতুদদি অচাকপা মৈদা ইকং লুপ্তিনবা ওইনা থোকখ্রে। হেন্না শাওই। মমিং অনি ঈ কারবা শা অতুনা তেঞ্জে অতু শৎ শত্তোক্লগা মখুৎ অনিনা পেদ্রেক-পেদ্রেক থুদেকই। নিংথর তম্না লংশিল্লকপগা লোয়নননা য়াম্না য়াঙনা চোংশিল্লকই। মাঙজৌননা, মথংগী তেঞ্জে অমা কাপ্পবগী মতম ফংলরোই থঙলবা নিংথর, থাঙশাং অতু শৎতুনা মমিংম'না চোইদনা শা অতুগী ফিবম মুন্না য়েংলগা অচেংবা ঙাইতুনা লৈ।

পাইবগুম্না য়াঙনা চোংশিল্লক্লিবা শাওরবা শা অতুদগী নিংথিজনা লৈথোকই। থোঙকম চেংনা লেপতুনা থাঙশাং অতুনা য়াম্নবগী খুদোং-চাবা য়েংই। লাম্বা অনিমক মমিং কুপ্পদে। তাঞ্জা য়েংলগা নিংথরনা লৈতুনা চোংলগা শাতুগী মমায়দা কাওনবা হোৎনৈ। মখুংনা শাতুনা নিংথরগী শাফু কল্লবা মথোঙ অতু ঙাক্তুনা ইম্মোক্লকই। তারকপদা মা নুঙজাও অমদা য়েগদবা খজিক্ক রাংলি। থাঙ অতু হাইতুনা চোং-শিল্লি। শাফু কন্না য়ানশিল্লি। তপ্না পাকথতুনা লৈথোকখি। শা অতুগী হৈ-শিংবতু উরগা মহাক রাখল অমা খল্লক্লে। পরপ পরপ্না অঙম তান্নকরবদি শা অতুগী মখুত্ত মায়থীবা য়াক্ট খল্লে। অতুনা শা অতুদগী মশাবু কঞ্জনবা হোৎনরগা হুগী ময়ায়না মশা চোকথরকপা ঙাইরগে লেপ্লে। শা অতুনসু থাঙশাং অতু মুল্লগা থুদেক্লিংবগী মতা-গুম, ফাননবা কন্না হোংনৈ। ফনা কুইনা লাক্লরক্লে। অমনা অমবু লাকচবা ইঙম ঙম্নদে। নিংথরনা লক্ক লক্কতুনা শাতু শাওহল্লি। শাওর-শাওরগা মা হেন্না হেন্না চোকথরকপগুম ভৌই। তাঞ্জা য়েং-য়েংতুনা নিংথরনা কন্না কন্না লান্দাশিল্লি।

থুলগী মুপাশিং, লাল্লোং খঙলবা পাথঙশিং অতুনা লমজিংতুনা চাইনাপুঙ অতু তম্না চেনখৎনরকই। উফুল হৌনা লাম্মেংনরিবা অতু হেক উবগা খোম্হোক অমত্ত ওইনা লাউ-খোংতুনা ফুজিল্লকই। ভাথোক-তনা তাবা খোঞ্জেল'তুদা শা'তুনা ঙকচাননা খংয়েং য়েংথোকলুই। মতুগী খুদোংচাবা লুমতুনা লৈরিবা, কৈগী শরাক কাওদ্রিবা নিংথর, খুৎলৈ থুনা হাইতুনা থাঙশাং অতুনা শাতুগী শিংলবা মখুৎ অনি অতু শাথীনা শোকহল্লে। মানা খঙই মতুদি শাতু তুবু তুখ্রবদি হুগী চৈনানা অমুক হৌগৎলকপা রারগনি।

শা অতু হেন্না হেন্না শাওই। মকন্থীনা মরল ফোইদৎপা ওইনা থোকই। হেন্না হেন্না মপাঙ্গল শোন্থরক্লবগী মচাক ওই। য়াম্না নক্না মীয়াম'তুনা কন্না কন্না লাউশিল্লকপদা চোকথরবা শা'তু পাখৎপা অমা য়াওরক্লে। মমায় লৈতুনা চেনিম্নঙলকপগী মতৌতু নিংথর উই। শরক

অতুগী খুদোংচাবা লৌতুনা থাঙশাং অতুন শাফু কন্না শা অতুগী মমায়দা য়ানশিল্লি। হুগী চৈনা থাঙবদা রারক্লবা শাহু মমায়দা শোকপা অতুদদি ঙাওতুনা কোয়চেন চেল্লি। কন্না কন্না লাও-থোংতুনা মথুং অনিনা অশোকপা মমায় অতু পায়রগা লৈমায়দা তুখ্রে। শোইদনা শিরগনি থঙলবা শা অতুদা মহাক থুংলাই অমুক থাদ্রে। মতৌহু উরগা নিংথর মপুক্লিঙদা সুংঙাইতবা অমদি ফাওই।

থাঙগী অমসুং হুগী চৈনা থাঙতুনা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লিনা, য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চল্লবা শাহু কল্লক মমাঙ চাং তারে। তমথীবগী পাঙ্গল লোইরবা শাহু তন্না মীয়ামতু ফুজিল্লকই। মপা হাংথিবা কনানা থাঙনা য়ানশিল্লি। কনানা তানা থিনজিল্লি। কনা অমনা মথুং অনি থাঙ্গংতুনা কল্লক পেন্না লাওই। ময়ামতু অতুম্না তৌদনবা নিংথরনা ফনা থামজে। কনা অমত্ত তাবিদে। হুরানবগী তরানি, মপুগী নোংমা হায়নবগুম্না মতম শাংনা হুরান-লান্নাদা নিংথৌগুম্না লৈরম্বা শাহু, মাবু শিঙতুনা লৈরম্বা কয়াগী মথুংতা তাবগী মুমিং শুখ্রে। লেঙজবা ফাওবগী পাঙ্গল লোইখ্রবা শাহু ইকুই কুইদনা হুনা মশা পুম্বা থুমহংতুনা তুমিন পোংথাখ্রে।

থুংশু-থুংলাইশিংতু নিংথিনা লোইশিন থমজিল্লে। মাগী পুন্সিগী অহানবা মায়োক্লবগী লানফম অমা মায়পাকপা অতুগীদমক্তি নিংথর সুংঙাইবা ফাওই। তৌইগুম্বসুং, ফজ্জখ্রবা শা অমা মাঙহনথিবা অতুগী-দমক্তি য়াম্না সুংঙাইতে। ময়াম অতুনা পাবোং শেমতুনা শা অতু পুনবা শেম-শারে। দোলাই তনশা শাগংতুনা নিংথরবু নমতুনা তোংহল্লে। লম্বা অনিতু তুংথ-মাঙথ লাউ-খোহুনা খুন তম্না পুথরক্লে। লৈশাবী ময়াম্না মাঙ থারতুনা য়েরুম অফুংপা, য়েন অফুংপা, লফোইনচিংবা থেন্দুনা খুল্লাকপগী শুমাঙ'দ্দা নিংথরবু হরাও তয়াম্না ওকই। পাথঙলাকপা অমসুং নিঙোল্লাকপী অনিনা লাউথোকই—"ঙসিদি ঐখোয় খুলগী অরাবা কোকপা মুমিংনি। অদ্না ওক হাংতুনা অহিং-চুপ্পা কুম্মে শাগনি (তৌগনি)। উচুক য়ুংদ্না মরাম্বক থীরবা শা'দ্ লেপ্পা পুনশিল্লে। লেন্না লেম্না মুমিংতুনা খুল 'পুম্বা হরাওনরে।

মথংগী অয়ুক অঙনবদদি নিংথর খুলদু থাদোক্লুনা চৎথ্রগনি তাবদা খুদোলপোৎ কয়া পুনরক্লুনা পীনৈ। লৈশাবী কনানা ফজবা ফি, পাখঙ কনানা য়েন, কনা-কনানা হৈ-রা পুরক্লুনা পীনৈ। খুল্লাকপগী মাঙ্গোল খুদোলপোৎনা থল্লে। অদুবু মাগী খোঙচৎ অদুদা মথৌ তাজ্রবা পোৎয়ামদু নিংথরদদি লম্বোইবদা শমজেৎ পীবা ওইনা থোকখ্রে। নিংথরদু তুমিন ফুম্বংননা ফম্লি। খুল্লাকপনা নোক্লুনা হংই-

—করি তৌরে ইচানুপা! মীশিংনা হরাওবা মতমদা নঙনদি তুমিন ফমদুনা লৈখ্রে ?

—করিসু তৌদে ইপা! শা অসিনা শিখিবসি য়াম্না নুংঙাইতবগুম তৌই।

—করিগী—? মাসু মানা থোকপা কনাদসু অরাবা পীদনা লৈরয়-বদি অসুম্না শিগদ্রা? অদুদি নত্তুনা মী ঐখোয়দা অরা-অনা পীরবদি মাসু রাবা তাবনি। চেং পুব, চেং শিং, ফৌ পুব, ফৌ শিং হায়বসিদি লাইনা হায়বা অচুম্বনিনে ইচানুপা! করিসু নুংঙাইতবা তৌরুগনু। চাননবা লৈশাশিংনা নঙগীদমক পুবিবা শিংসে নপুক পেনবমথৈ চাখোক্লগা নুংঙাইনা পোৎথাউ। তম-থীবা, ফত্তবা শা অসিগী মথক্ত ইচানা ঐগীদমক লমন খুম্বীবসিদি ঐইস! নুংঙাইবদা ঐদি হায়বসু হৈত্রে।

পুম্নমকপু মচিন-মনাও, মচল মচে অমদি মাগী ইমুঙগী মীগুম্না খঞ্জবা চন্নবা নিংথরগী মতৌদুদা মীপুম তিংনা মাবু নুংশিনা-লুনা তৌনৈ। লৈশাবীশিং অদুনা মতম থর নিংথরবু লৈহন্নিঙই। অদুবু চিরবা মাগী মতম অদু পল্লদুনা মখোয়বু নুংঙাইতবা তৌদনবা থেমজিল্লি। মবুং-মোপা অমত্তা লৈজদবা খুল্লাকপগী মচানুপী নিংমিলা মবুং অদু কায়ন-গনি থনবদা মথম্মোয় শোক্না নুংঙাইজদে। থঞ্জৈ—লৈতান্না শাবা শামোক্না মো লাওদে হায়নবদু চুম্মী। পোকমিন্নবা মবুং ওই-রম্লবদি অদুম্না কায়নরম্লোইদ্রা নিঙজৈ। খুদোল পোৎশিং অদু নিংমি-লাদা শিন্নরে। মনে অদু হেক কংবগা শোইদনা মখোয়বু য়েংবা লাক-খিগনি হায়দুনা থেমজিল্লি।

# ৬

# অহল মথীনা চক্ষু মেল্লি

তুমিং খুদিংগুম মাগী হৌনবী লোইরে। অয়ুক অঙনবতুদা নিংথর, মচিন-মৌপ,। চামিন-থকমিন্নরে। খুলগী মীশিংগা পুকমেন পাওমেন্নতুনা কায়নরে। নৈশা-পাখঙ থর থোরক্তুনা মানা চংনিঙলিবা মাইকৈ অদোমদা থিন্দোকপীরক্লে। খুলগী পংথৈ লোইরকপদা মথোয় মথুং শোক্লতুনা কায়নরে। নিংমিলা মমিংত মপি তরং তরং শিন্থরতুনা মবুংনা চংখিবা য়েংতুনা লেপহৌই। থেক্লা খোয়না চংলিবা লম্বীগী নাকন্দা হৌরিবা উপালশিংনা মথোয়গী মিংয়েংবু তাম্নহনখ্রে। চংনা চংনা নিংথরনা থঞ্জে—থেংনখিবা ময়াম অতুগী মমুঙদা মনেতুদং য়াওনরম্লবদি মহাক কয়াদা নুংঙাইজরমগনি। লেপ্তুনা চংলি। অঙম্বা কয়া কা, কয়া কুম অমসুং লোক কয়া লান, মনে অতু ফংনিঙবগী রাথলনা অরাবা-চোকথবা ফাওদে। মী তোয়না চংনবা লম্বী নত্তবনিনা অশোঙবা ঙাক্লি। অয়ূক্কী পুঙ নিপাল তারকপা অতুরাই ফাওবদি শোঙলবসু শোঙনা লম্বী নাইরম্মী। অয়ুক্কী শরুক লোইরকপা, নুংশাগী মৈশাসু কনথংলকপা মতমতুদদি নারকওমোংশোং ফাওতুনা চংপা তারক্লে।

চংলিবা চীঙগী চীঙয়াঙ অতুদগী খুল অমা মচেং ওইনা উই। নুমিংতুমক্তদা থুংবা ঙমগনি থাজদে। অথঙবা মফমগা নত্তবনে, লম্বীগা

নাইদবত্নুদা মহাক চিংনৈ। মহাক্কী মিৎয়েং অদুবু তামহল্লিবসি লোক-চাও অমথক্কনি। লোক অদু কুনথরগা থর কাখৎলকপদা নুমিৎ তারগনি নিঙই। চৎপদি লেপ্তে। লোইরোই শারঙ্গীগুম্বা অমগী মতুংইন্না লোকতুদা কুমথৈ। মথুং য়েংনা তথেন্থাঙ অদু পায়দুনা মরক মরক্ত অশোঙবা নাপী-শিঙনা হাই হাইদুনা চৎলি। নানা চৎলিবা চীঙচেপকী লম্বী অদুগী হেক মথাদা, য়াম্না নক্লা চাওরবা লিন অমা মা তম্না লাকপা উই। মুরৈনবা লিঙ্গাও অদু অঙৌবা, অঙাঙবা অমসুং শঙলৈনবা মচুনা পরেং পরেং বুং থিল্লি। কোয়েং য়েংই নিংথব। লিন্দুবু মখাং তেক্লবা ফুবা য়াবা চৈ-লাং অমত্তা অনকপদা তাবা উদে। মহাক লেঙদনা চপ লেপ্পী। মহাক্কী থাঙশাং অদু শংপসু নক্নমনবনা মতম লৈতে। মরমদি চীঙগী লিনশিংদি মশা য়াম্না খিঙই। মখোয়না মমৈগী শরুক্কা কৈদি কোল্লগা মকোক্কী শরুক্কা হাংখৎতুনা য়েংলক্লবদি থিন্দনা পাইবগুম্না চোংশিল্লকই। করিগুম্বদা হাংলগে থন্না চৈনা ফুবা তারগসু অচোবা লিনশিংদি মখাংগী শরু থুদেকহৌড্রবদি মমৈগী শরুক অদুতনা হাইরকপদা থুদোংথৌনিঙাই ওই।

চেকশিন্না তথেন্থাঙ অদু পায়রগা নিংথর লিন্দুগী মওং মুন্না মমিৎ কুপ্তনা য়েংই। লেঙদনা উচুংগুম্না তুমিন লেপ্পী। লম অনিরোম শাংবা মরৈ তম তমদুনা লেপ্তনা চঙশিল্লক্লিবা লিঙ্গাও অদুগী মতৌ অদু য়েংলগা নিংথর মশা অদু হুমাং কায়। থরদং শাফনা মানা উরিবা হায়ববু লিন্দু শাওবদি মান্দে। মরৈ তম তমদুনা মানা চৎলিবা অদুদা অপনবা লৈতনা চৎলি। তপ্পা মমায় লৈশিন্দুনা য়েংই। লিন্দু মকোক্কী শরুক হেন্দোকুনা চৎখ্রে। শোর মপী শাংনা হোন্দোকই। থুদোংথৌনিঙাই ওইদ্রে থঙলবদা অমুক চৎপা হৌরে। লকোই য়েরুম লৌথোকুনা চানা-চানা চৎলি।

মচু কয়াগী অনৌবা উনাশিংনা মালংগী শহুমদা ঈথক হৌনা জগোই শারদুনা য়েনিং থাগী মতিক ফোঙদোক্লি। উরুম লাংবা অপুঙবা উনাগী মরক্কগী শকউদবা উচেকশিংগী তিম্মদ্রবা খোঞ্জেল, কৌজেং-ছারৌশিংগী য়ারুবা খোন্থাংনা লোকমায়দু পুম্মিল্ল লিল্লি।

খোঙ্জেলশিংফুগী মরক্তা মশাবী মশানৌ উননিঙবগী মাইকৈ লাক্লা খোং-লিবা শক্তি শঙাইগী খোঙ্জেলনা তাম্না পীরী। কোক্তোন লোয়্নকপা কোরৌগী মশেক্লা য়ৈবদা লুপা মহিগী মতৌগুম লংনা ঈথক লৌরিবা লোক্তী পাক্লবা ঈচেম্না চীঙশাং পরেংগী অশংবা চীঙমায়শিং অদুবু তংথায় থায়বগুম উহল্লি। মুমিৎ য়ুংবা মতুংদগীদি লোক্তী ঈরাওথোল তারক্লে। অচৌবা উপাল অমগী মরুমদা কমদুনা চরা রানশিল্লে।

লোকমুঙ অদুদগী লোইরোইনা কাথংলক্লে। চাওর চাওববা উজাওশিংগী পাক-চাওরবা উমুং অদুদগীদি হান্না উখিবা থুল'দু উবা ফংথিদ্রে। মুমিংনা থর লৈথরকপা নতম অদুদা চীঙয়াঙ নকশিল্লক্লে। উচেকশিংনা য়াম্না য়াক্ল মাক্লা খোং-লাঙবগী মখোল তায়। করিগুম্বদা মহাক্তী মনাক নক্লা লাক্লা লাক্লা খোংদুনা পাইশিল্লিকই। চংনা চংনা করিনৌ থন্না কোয়েং য়েংই। পাক্তুক্লা ইতেম তেম্বা অচৌবা উপালশিংনা মকা লাম্না হৌবা থেন অমা উই। উচেক ময়াম্না পাইশিন পাইশিন খোংলিবা মাইকৈদা য়েংশিল্লুবদা উরক্লে ময়া ইহি-ইহি হিগৎলদুনা য়োং ময়াম্না উচেক মহুমশিং শেগায়-শেগায়দুনা শান্নরিবা, পীক্লিবা মচাশিং অদু পায়রগা শৌবিং-শৌবিং লাউবগুম তৌনা থংলং-থংলং লংদুনা লৈমায়দা থাদবীরিবা। মতু ফাওবা হৌফাংত্রিবা মচা কয়া লৈমায়দা তা-তাদুনা খোংলি। অশিবসু য়াওরে! নিংথর য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই-রক্কে। য়োংশিং অদুনা তৌরিবদুনা শান্নরিবনি। অদুবু উচেকশিং অদুগীদি য়াম্না নুংঙাইতবা অরাবনি। য়োংশিং অদু কিদুনা চেনথিনবা হায়দুনা শায়রোং মক্ল থর কাপশিল্লি। অদুবু ওন্ন-তৈননা, য়োংশিং অদুনা মনা থুপচিল্লগা মমিং লাওথোক্তুনা নিংথরদা ওনশিল্লগা ময়া হিগৎতুনা খোংলগা মঙোন্দদুম কিহল্লক্লে। য়োংয়াম অদুগী মতৌদু উবদা নিংথর মুংশা থীবা অমা য়াওরে। তেন অদুনা কাপ্লবদি য়োং থরদি শোয়দনা শিগনি থল্লি। তৌইগুম্বমুং, মদুনা চৈরমদা থোংখোঙ শাবা ওইনা খোক্তুনা অরাবা তাগত্রা অমুক থল্লি। য়োং খুল্লাকপা নত্রগা লুচিংবা অমদি শঙ্গু খুদিংদা লৈ। মানা ইঙ্গিৎ তৌবদু য়োংয়াম

অদুনা লোইনা তৌগনি। কিনবনি হায়দুনা য়োং অমা হাৎলুবদা শাউ-দুনা য়োংলান হৌরক্লবদি নিংথর হিংনিঙাই লৈতে খল্লি। ঙাইহাক তৌফম খঙদনা লেপ্লিবৈ শরক্তুদা নারোন্দগী য়োংজাও অমা চোংশিল-ক্লনা মাগী থোঙগ্রাও অহু পায়দুনা খংচিং চিংলম্নগা উথক্লা চেনখৎখ্রে। মচেং থর শেগায়রবা থোঙগ্রাও অহু উরগা নিংথর খঙশাও শাওনিঙ-লক্লে। শিরগা শি, চঙলগা চঙ, তেন্না অঙম্বা থর কাপতুনা হাৎলসিন্না খল্লক্লে। অমুক খল্লকই—'ঐনা রাখল চোইরবদি মথোয়না শোইদনা লাকশিল্লকপা ভাই।"

লিনস্থু শিবা, চৈগুস্থু তেক্লবা থোরাং অমা তৌরগে খল্লে। তেঙ্গা অমা শৎলগা শায়রোং লীরী অদুদা তেঙ্গা থোংলগা য়োংশিং অদুদা ওনশিন ওনশিন কাপকে তৌশিন্নৈ। মথোঙনা উনা অকংবশিং খোৎচিন-খোচিন্দুনা পুন্না পৈশিল্লি তেন অদুনা হেক ওনশিনবগা য়োং-শিংদু উ মরুমদা হেক লৈশিল্লি। থুনা উশা মচা অমা য়াল্লে। উনা মপৈ অহু মৈ চুশিল্লে। তশেংনমক পাকশন্না চাকখ্রবদি মা মশাস্থু খুদোংথীবা নংবা য়ারিবনি। উশা'দুনা হেন্দোক্লা চাক্লকপা মৈরীদু ফুদুনা মুৎথৎলি। মৈরীদু হেন্দোক্লক্লনবা কন্না মৈফম অদুগী অকোয়বা চৎতুনা মুৎথৎপা হোৎনরে। কন্না খংচাক চাকখৎলকপা মৈরীদু উবদা য়োংয়াম'দু মহৈ মহৈ খোংনদুনা চেন্নখ্রে। মৈদু তপ্পা তপ্পা মুৎথৎলম্লগা মফম অদু থাদোক্লম্লে।

ওস্তোকপনি! ঈশিং ঈচেন্দা ইরোইবা মপা থুংদে হায়বদুমক থোক্লে। চীঙয়াঙ য়োরকপদদি মানা উথিবা খুল অহু মানা চৎলিবা লম্বীদুদগীদি য়াম্না তায়োম্নরম্লে। মফম অদুদগী খুল অহু তম্না চৎপা হায়বসি খুৎনা অতিম্না লাম্বগা পাংথক ওইগদোরে। হন্দনদি চৎল-রোই, থোক্লবা অমা লাক্লনি খন্দূনা চৎলিবা মাইকৈ অদোমদা অদুম চৎলে। মুমিৎ তাগদবা য়াম্না রাৎলক্তে। তেন্না চৎপা, অমনবা মতম কুইনা চৎনখিদ্রবা মানবা লম্বী অমা থেংনৈ। তুংইম্মনা চৎলি। লিরি লিরি শিৎপা মুশিৎনা অমুক অমুক পুরকপা হৈনম্না নাতোন্দা য়ৈবদা

নিংথর হৈগী খোঙ্গুল লীনিঙই। থর চংলগদি থেন ওইনা তৌবা লৈতেম মাম্নরপ্না পাক্লবা মফম অমা থেংনুরে। হৈজিং ফানা মুম্লবা চম্প্রা তেকথ তেকথ সনা মতুমগুম য়াম্থ য়াম্থ পানবা হৈপাল কয়া পরেং চানা হৌবা উই। হৈজ্রাং, কোয়ানচিংবা হৈপালশিং লোইবা নাইদনা হৌরি। চয়োম্নন পানবা হৈক্রু পাম্বীশিং মশিঙ থীঙমদনা হৌরি। মতম অমদা খুল পাল্লম্বগী মতৌ মাল্লি। চাওর-চাওরবা মুঙজাও কয়াম্থু খিন খিন্দুনা লৈবা উই। পুম্নমক্তু উরুরগা নিংথর, মপাগী বারী থংনিঙ নিঙশিংলকই।

লেপতুনা ঙাইহাক কোয়েং য়েংই। মথক্লোমদা য়েংথংখিবদা হাইফেং বাংবা চীঙশাং লৈ। উ-রা হৌদবা চীঙগী লৈঙাঙ ফাওরিবা তকথতুনা মরক মরক্ত নিঙথায়খিবা মানবা মফম শাংনা লৈবা উই। চম্প্রা থর হেক্লগা রাথল থন্না থন্না থেন্দু থাদোক্লয়ে। মুমিংকী মশেক মমী শাম্লক্লে। লোক অমা লাম্থোকপদগীদি নিংথর, ঈশিং-মায়শিংগী থুদোংচারিবৈঙতুদা অহিং'তুমা মফম অতুদা লেল্লগে নিঙলে। থর কাথং-লগা মফম চাবা য়েংতুনা নাপী-শিঙনা হাইদোক্লে। নিংথিনা থঞ্জিন্দুনা পোংথাফম শেম্লে। শীঙ থিনা-থিনা লম্মিং-তুমিং য়েংথোক্লে। মমাঙ পাংনা চংখ্রিবা মতম কুইনা চংনত্রবা লম্বী মানবা অতু নত্তনা অতোপ্পা চংফম উদে। মৈ হৌগংলে। চান-থক্লবা শেম-শাতুনা চারে। পোংথারে। মহাক্না থেংনরকখিবা থেন অতু মশা-মপুশিংনা পাল্লম্বা খুল অতু শোইদনা ওইরমগনি নিঙই।

থংপ্রেক থংই। মিকপ থংথোক থোকই। অকি-তুজুং, কপ্পা-লাওনবগী হৌরবা খোঙ্গেল লেপ্তুনা তারি। শায় লাওনা হৌগংতুনা ফম্মী। কোয়েং য়েংই। মুশুক-মুশুক লেপ্লিবা উপাল অমদি মোংশোং নত্তনা করিস্থু উদে। মুঙজাওশিংনা অরাংবা চীঙথক্তগী ওস্থরক্তুনা উ-রাশিং নংথায়-থেঙ্গায়বগী খোঞ্জেল, ওস্থরক্লিবা মুঙশিং অতুনা চেম্থরকপা মুঙচাক-লৈচাক্কী সোরো সোরো লাওবা অহৌবা খোঞ্জেল তারি। মুঙশিং অতুগী থরনা করিগুম্বদস্থ মহাক্না থেংনরম্বা থেন অতু য়োনা

ওন্থরকপগুম তৌই। য়ুম-কৈ তেকপগী মখোল, মতুপা লোয়ননা অকি-তুজুংবগী কপ্পা-লাউনবগী খোঞ্জেল অতুনা নিংথর মপুক্লিঙদা তুজুংবা ফাওই। মহাক্কী খোঙচংকী অহানবা অহিং অতুদসু নোং-মুশিং, উজ্জাও তেকপা, পোকথায়বগী খোঞ্জেল তাথি। নোং ঙাল্লগা করিসু তৌরম্বা থেংনখিদে। তৌইগুম্বসুং অহিং অতুগী থৌদোক অতুনদি মঙোন্দা মপাগী রারীবু মপুঙ ফাহনবগুম তৌই। অহলশিংদগী রারী কয়াসু তাগ্রে। অতুগুম্বা থৌদোক অতু মী-পোং কয়া তাদবা অচীকপা অমসুং অকুৎপা লোক্কী উমংশিংদা থোকল্লি। করিগুম্বদসু মুঙ্গায়গী অঙম্বা চীঙমায়দগী মুঙ অমদি মুঙচাক-লৈচাক ওন্থরকই। কনানা ফত্তবা লাইনা তম্মবনি হায়নৈ। অশেংবদি শবেংনা লৈচাক হোৎতুনা শান্নবদগী থোকপনি। সাইন্সকী লমদা য়েংলুরগদি, মমাঙগী থৌদোক অমগী খোঞ্জেল অতু অমুক মফম অতুদা হল্লকপনি হায়না লৌনৈ। নিংথর থোইনা হকচিন্না খল্লুদ্রে। অতুবু অমুক তুমথবদি তৌদ্রে।

থাসি নকশিল্লকপা অহিংগী থাজনা নোংপোক মায়কৈদা ঙমজবা মঙাল ফুদোকতুনা অহিংগী অমম্ববু য়োৎশিন্নবা হোৎনরি। মৈ হৌগংলে। অয়ুক্কী চরা তম্মবা শেম শারে। মতম ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক শান্নরে। শজিশিংনা হৌনা হৌনা খোংলিবতু তারগা নিংথরনা থঞ্জে—মখোয়না খোংলিবা খোঞ্জেল অতুনা শাহিংচাবা শাশিংদা মশাবু শিন্নজবা মখোঙ থোংনা মমং থিবা কয়া য়াওজরিবনি। অমুকসু খল্লি, অঙকপা মহৌশাগী খুৎশেম্মি। হাৎপীনবা অতুক লৈরবসু শজি-শঙাইগী অরাৎপসু অতুম্মক মরৈতে। ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা চরা তয়ে। খোঙশান্নবা শেমশারে।

কোরৌহনবগী ঙাঙলৈনবা মশেক্লা নোংপোক মাইকৈ তাক্লে। থাজগী মেঙলবা মঙালসু কোরৌগী মশেক্লক্তা লোৎখ্রে। মহৌশানা চীঙয়াঙদা চৎপা লম্বীদি অঙম্বগী শরুক রাৎলি। তেম্মা চৎলিবা লম্বী-'তুগী নাক-য়েৎ পাক্লা লোইরোই হাইথখ্রি। মুমিংনা তরং তরং থোক-লকপা মতম অতুমক্তদা নিংথরগী রাখল অমসুং মিৎয়েং অতুবু মমাঙদা তুবৎনা করিগুম্বা অমা চৎখিবগী শউম্মা লকক তৌহল্লি। চিংনরপ্পা

তেঞ্জে অমা শৎলগা পায়। খোঙকাপ থর তপথৈ। নাক-য়েং মুম্না য়েংই। হন্নকমুক্তি শেংনা উরে—চাওরাং লাংবা শা অমনা পংলাপ লাপ্তনা মাগী মমাঙদা তুবৎ-তুবৎ হঙ্গং-হন্দা চংখিবহু। খঙলে শাহু কৈনি। খোঙফম অমা-অনি তুংলোমদা হন্দোক্লগা ফিবম শেমহুনা লেপ্পী। খল্লি—শাহুনা মাবু শরাক তমগে তৌরম্লবদি মাঙজোননা লান্দারকপা য়ারম্বনি। অহুবু মতুমকস্তু তৌদে।

লাইরানি—অহল মথৌনা চক্ফু মেল্লি। চিরবা খুদোংথৌনিঙাই ওইরবা মতম অমস্তুং ফিবম অহুদদি নিংথর অহলশিংগী ফুঙ্গা য়ারী নিঙশিংলক্লে। তঙাইফরকে—খুদোংথৌবা অহু মায়োক্লনবগীদমক মাঙজোননা অহুগুম্বা কয়া থেংনরকখ্রবা অহলশিংগী পাউতাক লৌবা। নিংথিনা মশাবু ঙাকচ-শেঙ্গনবা চেকশিল্লগা কোয়না য়েংই। উরক্লে—পাক্লা-তেম্না হাইথখ্রিবা চৌঙমায় অহুগী উরক্তা লমওক অমনা লৈচাক হোৎ-হোৎতুনা করি করিনো চারি। নিংথর উজাওশিংতুগী মরুম মরুমদা লৈশিন্দুনা নাশোন পৌক্লা ওক অহুগী মনাক নকশিল্লে। ময়া থিন্দোক্লবা নাইতোম চৎপা লমওক মপাশা অহু করিস্তু নাচুংবা তৌদনা মচিন অহুনা লৈবাক ইন ইন্দুনা মচিঞ্জাক থিরি। মাস্তু খঙদবদি নত্তে। মহুগুম্বা শাদি মশাদা অকিবা লৈতে। অচৌবা কৈ অমনফাওবা তরাই তরাইনা হাৎপা মতিক ওইদে।

নিংথর রাখল অমদি লাক্লে। কৈ অহুনা তৌরিবহু লমওক অহু মানা শরাক তম্বদা মতেং পাংবীনবা ওইরম্বা য়াই। অমুকস্তু খল্লি—মানা খুৎলায় থারুবদা পাক হেক শিবা ঙমগদবা শাদি নত্তে। খুৎলায়না পানবদা ঙাওরিঙৈদা কৈ অহুনা শরাক তমগ্রবদি কৈ। নত্রবদি মা তম্না ফুজিল্লকপা থোক্লবদি শাথৌনা খুদোংথৌনিঙাই ওই। হা! উরোক নমাঙস্তু লাং নতুংস্তু তেন হায়বহুমক মঙোন্দা থোক্লরে। মানা খল্লিবহু কৈহুগী অনিঙবা ওইরম্লবদি মতেং পাংলমদনা চৎপস্তু য়ারোই, মঙোন্দা ওনশিল্লকনি। নিংথর মুঙ অনিগী মরক্ত হা ওইরবহুদা থোকঅবা অমা লাক্লনি; কৈ অহুগী মতেং পাংলগে খল্লে। শরক অহুদা মাগী মনাক

নক্লা কৈ অতুনা উনা-শিঙনা মথক্তা বোপ-বোপ ফুরম্লগা মাঙগ্রে। লম-ওক অতুগী মনাক নক্লা লুমতুনা চঙশিল্লে। মুঙজাও অমগী মরুমদা লৈ-শিল্লে। তেঞ্জৈ অমা তেঙ্গা থোংলগা লমওক্তী মঙকশম তম্না কাপখ্রে। খঙহৌদনা, তেঞ্জৈ অতুনা শাফু কম্না য়ৈরকপতুদা ওক অতু খংপ্রেক খংনা চোংখৎলি। হুইঙক-য়েনঙক চারিথৈ শরক্তুদা মক্ষম খঙহৌদনা কৈ অতুনা চোংশিল্লক্তুনা ওক অতু নমখ্রে। নিংথর থুনা য়াঙনা মক্ষম অতু থাদোক্তুনা পরপ পরপ চৎলে।

অতেম্না চীঙয়াঙদা, চীঙচেপ্তা অমম্মুং অঙম্না কয়া কা-কুমতুনা লেপ্তুনা চৎলি। মুমিংকী মৈশানা কনথৎলকপা মতম অতুদা লম্মৈ চাকথিবা পংকুই কুইদ্রিবা চীঙমায় অমগী চীঙচেপ্তা চৎলি। ইখঙ খঙহৌদনা, কনথৎলকপা মুংশাগী মৈশা মরক্তুদা শাফু কল্লবা নোংলৈ-মুংশিৎ অমা হুমজিল্লকই। পুথৎলকপা উং অমদি উফুল রাইফুলনা মমায়দা ফুজিন্দুনা মমিং অনিমক পাঙবা য়াদ্রে। তপ্না ফমথরে। ঈশিং লোথোকতুনা মমিং অনিতু চামথোক্লে। ঙাইহাক ফম্মী, য়েরুম-লফোয় থর চারে। অরেম্বা ঈশিংতু থকচিল্লগা অমুক চৎপা হৌরে। চীঙ্গোল অতু লান্থোক্লে। উচিন-নাচিন্না থুল অমদি উরে। মুমিং তাদ্রিথৈদা য়ৌবা ঙমগদবদি মাল্লি। লম্মৈনা পুমকোক কোকহন্দুনা অশং-অমান লৈত্রবা অতুদদি মুংশাগী মৈশানা কনথৎলকপগা হুমাংনা মশাতু পুমচোৎ চোৎলক্লে। ঈশিং থর থকপা হৌরুবতুদগী ঈশিংম্মু পংথোদ থোরাং-লক্লে। থরুনবা ঈশিংদি মরিক অমক্তাওবা য়াওদ্রে। মুমিংন থর চায়থরকপা মতমদদি অরাম-থোরাংবা ফাওবত নত্তনা মশাম্মু ইচোক চোকথবগুম তোরে। চাক থর চারবদি মশাতু থর তেকথৎকত্রা থল্লি। অতুবু ঈশিং য়াওদনদি চাবম্মু য়ারোইদৌরি। চৎপদি লেপ্তে। কোয়েং য়েংনা অতুম চৎলি। উচিন-নাচিন্না পুমবুম্নবা অচৌবা মথলগী উরী অমদি থেংনরে।

চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংই। খঙলে—উরীতু অরুবা ঈশিং ফজনা থোকপা উরীনি। ককথৎলে। তেক্তী অমম্মুং ক্লাস্ক লোথোক্লে। কল্লিবা মক্ষম অতুদগী থর কাথৎলগা থাঙফম অমা থাতুনা মুংশিৎ

চঙহল্লে। তারকপা ঈশিংদু য়ারগা তংদুনা য়েংই। শিজিন্নবা য়াগনি খঙলদুনা ওক্লবা লৌরে। শেন-শাদুনা ঙাইহাক পোংখাবা ওইনা চাথক্লে। অহলশিংগী লমকোয়বগী রারী তারমন্ত্রবদি মহাক খুদোং-থীবা কয়া নংবত নত্তনা মাগী খোঙচং অদু চংপা ঙম্নমগনি খাজদে। মতোমত খঙ্গে—অহলশিংনা লীবীবা ফুঙ্গা রারীদি নহাশিংগীদমক্তি লৌশিংগী পুক্কেনি। তংত্রিবা য়েনশাং নহাউ খঙদে হায়নবগুম্না মহাক্লা সম চংত্রিঙৈদদি অহলশিংগী রারীশিং'দু পঙলী লীবা রারীগুম খল্লম্বনি। অদুবু হাকথেংনরবদুদা মহাক ফজনা খঙজরে। মফম অদুরাইদা লম্মৈ থাদুনা শা তোয়না তানবগুম উবদুদা থোইদোক্লা খুদোংথীনিঙাই লৈত্তে খল্লি।

মীনা নিঙবনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। মুংশাগী মৈশানা মেংথরকপা, মালংবনা লিরি লিরি হুমদুনা চোকথরম্বা হকচাং তেকখংহল্লকপা, লম্মৈ চাকখিবগী মফম লোইরক্তুনা অশংবা উপাল মরক্ত চংলকপদুনা অরাবা হন্দোকহন্দুনা খোঙকাপ খর তোয়শিল্লকপদা মঙায়রি। অমরোমদ, খুল অদু য়োৗগদবস্মু লাপ্পক্তে, পীক্তকপা লোক অমা লাল্লগদি য়ৌরবগুম্বনি। খঙহৌদনা মুংশিংকী শাফু খংহেন-হেঙ্গংলকপগুম তৌই। মৈনম হাইফেং ফাওবগুমস্মু তৌই খন্না কোয়েং য়েংনা চংলি। মানা চংলিবা চীঙচেপ অদুগী অসোম থংবা চীঙমায়গী নাকন্দগী মৈখু কাবা উরক্লে। ইচিং চিংননা মাঙলোমদা চেনচং চংলি। শাফু কল্লবা মুংশিং অদুগী মাঙ থানা রাংনা রাংনা মৈরী অদু মৈখোল থোক্লা চাকপা উরক্লে। মাগী মাইকৈ তম্না চাকশিল্লক্লিবা মৈ অদুনা নিংথর মৈতাল ওনবা তারে খন্দুনা য়াম্না থুনা অপুঙবা উশা মচা অমা য়াল্লে। মহাক্লা লৈরিবা মফম অদুদা মৈ থাগৎলে। মাগী নাকন লোমদা চাল্লকপা মৈরীদু উশানা ফু-ফুদুনা কোয়চেন চেন্দুনা মুৎথৎপা হোৎনৈ। মহাক্লা থাগৎলিবা মৈ অদু চাল্লক্লিবা মৈজাও অদুগী মাইকৈরোমদা চাকশিনখ্রে। খর হাঙলক্লবা, চাল্লক্লিবা মৈ অদুনা লাম্নক্লরোই খল্লদুনা থুনা য়াঙনা লোকথা তম্না কুমথরে। য়ৌখিবা খঙহৌদে।

খুদোংথীনিঙাই লৈত্রে খঙলবত্নুদা মুঙপাক অমদা মপোৎ মচৈশিংতু থম্লে। মুংশা থীবা অমা য়াওনা মশাবু কপ্পনবা হোৎনরুবগী হুমাংনা পুনচোৎ চোৎলে। লোক্নী অইঙবা ঈশিংনা মমায়-মমিং তাথোক্লে। ঙাইহাক অরা পোৎথাগে থন্না ফমথবদা ঙাইরি। মৈনম অমদি মৈখোল ফংবদা মিপাইরবা শক্তিশিং অতুনা লোকথা তম্ন ইতোন-লা'দোন লান্না চোংতুনা চেন্থরকপা উরক্লে। অরাবা নিঙশিং লত্রে। লীরুং-তেন পায়থৎতুনা মফমচানা লুমই। লম্মৈগী মৈশ তংতনা নংজরবা শাশিং'তু মৈতুদগী নান্তোকুবত খজ্জতুনা মথরায় পুতুন চেজ্জরকপনি। নাপী-শিঙনাগী মতোন লান্না চোংতুনা পাইবগুম্ন চেল্লক্লিবা মরাইবক থীরবা শক্তি অমদি নিংথরনা লুম্লিবা মনাক্তুমক্তুদ চোংথরক্লে। শাফু কল্লবা, হু চেনবা তেজ্ঞৈ অতুনা শাতুগী লেংজু অমসুং মঙক্নী মরক্তা য়ৈবদা থংপ্রেক খংনা চোংবদা মুঙজাও অমদ য়ৈশিন্দুনা শুপ্রেক-নাতেক তাশিল্লি। নিংথর চোংশিন্দুনা নম্নরে মপাঙ্গল ফরবা পাথঙ অতুগী মথুংতগী নান্তোকুবগী পাঙ্গল লৈজত্রবা শক্তিতু, খুতুং অনিনা নিংথরদা কাউনবা কন্না হোৎনজৈ। মথুনা মঙক্ত নমতুনা, মথুং অনিনা মচিন অমদি মনা পায়তুনা লৈথায়বতুদা মপাঙ্গল থোকপা ঙমদ্রবদা কাউজৈ হায়বতুমঙায় ইকুই কুইদনা হুগী চৈনাম অতুম্মক লেকথখ্রে।

থোঙ চোংলগা চীন চোংলি, খন্দুনা ঙাইহাক পোংথারগা মপোং-মচৈ শেমজিন-শাজিল্লে। হোংনজরুবগী মহৈ, শা'তু লেংথোংলরগা লোকতুং ইন্না কুমথরক্লে। খুল'তু পাল্লিবা চীঙমায় অতুদা কাথংলক্লে। খুলগী মীশিংনা চংথোক-চংশিন তৌবা লম্নী অমা থেংনৈ। মতু ইন্না খুল তম্না লাক্লে। মুমিংনা তানিং তানিং তৌরকপা খুলগী মুন্দীশিংনা ঈশিং শোকুবা মতমতুদা খুনতু য়ৌরে। ঈশিং শোকপা হল্লকপীশিং অতুনা শকথঙদবা মুপা অমনা শক্তি পুতুনা লাকপতুদা ঙকচাননা য়েং-য়েংতুনা চংনখি। মতুগী পাওদি খুল থুংনা শন্দোকখিবা কুইদে। পাথঙ থর থোরকতুনা নিংথরগা রাহং-পাওহংনৈ। মাগী রা নিংথিনা তারবা তুংদা খুল্লাকপগী য়ুমদা পুশিল্লে। মহাক্না খুল্লানবগী মরম

শুগাইনা অহল অতুদা খুঙহল্লে। রারী-রাখোঙ পুম্বা ফাওদোক্লরে। শজি অতু পাখঙশিং অতুদা শেন-শানবা শিন্নরে। খুল্লাকপা অতুনা য়াম্না নুংঙাইতনা পাউদম্মী। মাগী খুল অতুদা পাল্লিবা মী অয়াম্বদি মাঙখ্রবা ঙাইরুং খুলগী মীনি। মহাক্কী মপা অতুসু চীঙ নিঙথায়বদা শিখিবনি। মসিমসু খুঙলে—নিংথরনা অহিং লেক্রম্বা মফম অতুদা খুল পাল্লম্বদগী লাই ফত্তবনা ইতৎ তংতনা অথেঙবা অহিংদা তম্নবতু কিন-বদগী মফম অতুদা খুল হোংলকপনি। নিংথরনা মাগী মপুবোক অমসুং মনে অতুগী মরমদা হংই। খুল্লাকপনা হায়,

—নঙগী নবোক অতু সোরা খুলগী নিংঙোলনি। মখোয়গী মচা-নুপাদি য়াম্মি। মচানুপীদি য়াওদে। অতুনা নঙগী নবে অতু মচাগুম্না য়াম্না লুনা নিঙবনি। ইচানুপা! য়ুমহোং তোয়রগা লাইর তাল্লি হায়বগুম্না য়ুমশাবা, পামশিং শেম্বদা করি থবকসু শুবা ঙমদবনি। চানবগীদমকসু খুলগী মী খুদিং য়াম্না রাপ্রবনি। অতুগী মথক্তা অতুক রানরিঙৈ মরক্তা য়োং অতুগা ওক ময়াম-ময়াম লাকতুনা মচিঞ্জাক থিবদা ফৌ-চেং, য়েনশাং-নাপী অমত্তসু থাবা য়াদ্রে। ওকচিন্দা পান থাবগুম্না থোকখ্রে। হোৎনবা খুদিং অরেম্বা ঙাক ওইখ্রে। কনানসু কনাগী মতেং পাংবা ঙম্মদে। রামন্দুনা মী কয়াদি অতুম খুল হোংনখ্রবনি। নপুখোয়সু চাবা-থকপগী য়াম্ন রামন্দুনা সোরা খুলদা পানখিবনি। রারুগম্মদা! ঐখোয়' খুল অসিদগীদি য়াম্না লাপ্পদি নত্তে। মুমিৎ অনি শুনা চঙলোইদা।

—'ইপা!' নিংথরনা হংই—'ইপু অতুদি শিবগী পাউ তাব্রা?'

—শিবগী পাউদি লৈতেদা। শোনবদি থর শোনগনি। চহি অনি-অহুমগী মমাঙদদি খুল্লানবা লাক্লম্বনি। ঐনা মুংশিতুনা ইচানুপীনা শাবা ফজবা ফি অমা পীবনি। করি হায়গনি ইচানুপা! হৈস! চীঙ নিঙথায়বদা মী কয়া শিখিবা, শিদবা মীসু কয়া রাখিবা! অস! ঙসিসু অতুম উবগুম্না তৌরিবনি। হৌজিকসু রাবদি

ৱায়য়ে। অদুবু মতম অদুগী অৱাবা অদুগা য়েংনৱবদি সমুদ্রগা লাংথোংগা পাবনি।

খুল্লাকপগী মচান্নুপা পাখঙ অনিস্নু পামদগী হল্লক্লে। মপানা শক তাক্তুনা মথোয় শক থঙনহল্লে। মচান্নুপীনা ঈশিং অশাবা পীদুনা ইরুজগেৱা, মমায়-মমিৎ তাথোক্লেৱা তৌৱো হায় হায়বা ঙমদবগী তৌবনি—নিংথৱদদি ইরুজনিঙবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নে হায়বদুনি। মুমিদাংৱায় ইরুজবা হায়বসি মাগীদি হৈনজবীনি। ইরুজৱুৱগা ফুঙ্গাদা ফমথবা কুইদ্রি। থাঙ-তা, নোংমৈনচিংবা পায়বা মুপা থৱ য়াম্না শাওনা চবেং-চবেং ঙাঙনদুনা খুল্লাকপগী য়ুমদা চঙলকই। মথোয় খুল্লোন্নবা ইথঙ থঙনবা ঙাক্লি। অমনা হায়ৱকই।

—খুল্লাকপা! খুল্লানবা মী লাকপ্রা?

—লাকই। করিগীনো?

—কদায়দা লৈ?

—'সিদা ফম্লিবা পাখঙ অসিনি।

য়াম্না শাওনা অমনা হংলকই—

—হে! নঙ করি খুন্নো? করিগী খুল্লানবনো? অদুগা করিগী নঙনা লম্মৈ থাদুনা খুলগী মীশিংনা ৱানা থাবা হৈপাল মথৈ মৈ চাকহনবনো?

নিংথৱ খুমদে। ঙাইহাক তুমিন থল্লি। অমনা অমুক হায়ৱকই।

—খুল্লাকপা মা শা পুবরা?

—উম! ঐনা শজি অমা ফাদুনা পুরকই। অদুগা লম্মৈ থাবদি ঐনা নত্তে।

—অদুদি কনানা থাগদ্রা?

—লাপথ্রবা খুলদগী মুনিং কয়ানি খুল্লানবা লাকপা ঐনা করি থঙগনি? ঐদি শা তানবা অদুগা লম্মৈ থাবা লাকপস্নু নত্তে ঐগী ইনে অমগী খোঙ্গুল লীবা লাকপনি।

—নচিন য়ামগনু। কনা হুরানবনা হুই হায়গনি?

—ঐনা হায়বসি অচুম্বনি। ঐনা খুল অসি তম্না লাকপদা লোক অসিগী মনাক য়োরকপদা নখোয়গী খুল লোমগী চীঙমায়দগী লম্মৈ কম্না চাক্লকই। নোংমৈগী মখোলসু তাই। মৈ অতুনা ঐবু শোয়দনা চাকপা তারে খন্দুনা ঐদি চুম্বগী মৈ অতু থংনবা লম মচেৎ থর থক মৈ থাবনি।

—নঙগী নোংমৈদি কদায় ?

—ঐদি নোংমৈ পুদে।

—অতুদি করম্না শা ফাবরা ?

—তেন্না কাপতুনা ফাবনি। শক্তি অতুনা মৈ কিবগী ঐগী ইনাক্ত লোক তম্না চেল্লকপদা ফাবনি। ইয়াম্বা নখোয়সু থর থল্লুনে। ঐ ইতোমতনা লম্মৈ থাতুনা অঙাওবগুম্না করম্না শা তানগনি ?

—খুল্লাকপা! নখোয় খুলদা খুল্লানবা ওইরবসু মাবু ঐখোয়খুলদা পুবা তারে।

নিংথরনা থল্লি—ইরোইনা লৈওল্লগা হৌননা লৈখোম তৈ হায়বতু তারে। হায়রকই—

—ইপা খুল্লাকপা! ইপানা চুম্না রায়েনবীরো। মখোয় থরসিনা ঐবু ফাতুনা পুগা য়াম্না রাগনিদা। ঐগী ইথৌ অমা লৈ। মুমিং খুদিং তৌদবা য়াদবনি।

নিংথর মাগী থাঙশাং অতু লৌথোক্লগা শুমাঙদা থোকখ্রে। খুল্লাকপনা মুপাশিং অতুদা নিংথরনা খুল্লানবগী মরম ফজনা হায়রে। পাথঙশিং অতুনসু মান হায়রিবতু চুমগনি হায়। লাক্লিবশিং অতুনদি মাবু মখোয়গী খুলদা পুরগা রায়েল্লুনবা হায়। হায়ঙম তৌঙমদবা পাথঙ অমনা হায়রকই।

—লম্মৈ থাবা. শা তানবা অশেংবা মী থীবা ঙমত্রগা মরালসু লৈতবা, অসুক লাপ্না মাগী মথৌগী খুল্লানবা লাকপা অঙাং অসিদা কনা লৈরোই হায়তুনা নখোয়না পংহায় হায়বসিদি থিঙেলদা তাইনবা ঙমত্রগা নাচিখোংদা তাইনৈ হায়বগুম্বনি।

পাথও অমনা অমুক ফাগী তৌতুনা হায়রকই,

—লমজেল য়াঙবা শগোলনা লৌ চারগা ইরোইনা চৈ চায় হায়বা রাহ্ চুম্বনিনে। ঐথোয়গী খুলদা পাল্লম্বা ইচিন-ইনাওনা খুল্লানবা লাকপসিদা শা চামিন্নতুনা মুংশিবা য়ারী শানগে হায়রগা নথোয়না লম্মৈ থাবগী য়া হৌদোকপসিদি হিয়াং য়েংলিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌই হায়বহ্ তাখ্রেদা।

মমশুক তৌরকপা মতমতুদা কোয়পাকবা শুমাঙ অতুদা নিংথরনা লাউতুনা শান্নবহ্ তাবদা মথোয় ময়াম পরপ পরপ থোক্লরক্লুনা য়েংনৈ। য়েংবগী য়াংপা লৈত্রবা পাথও অতুনা তৌরিবহ্ উবদা কনামত্তা য়া-লান ঙাঙখিদ্রে। খুল্লাকপা অতুনা লাক্লিবশিং অতুদা ফজনা হায়,

—নথোয়গী য়া ঐ মুন্না তারে। পাথও অসিনা নথোয়গী খুলগী লমদা লম্মৈ থায় হায়বসে চুমগদবা মান্দে। নথোয়সু লম্মৈ থাতুনা শা তানবা মী ঙাক্তনি। থঙফম থোকই। কনানসু চৌঙদোন্দগী লম্মৈ থাতুনা শা তান্নদে। লম্মৈনা চাকপা হৌবনা নথোয়গী খুলগী লোক মথাদগীনি। পাথও অসিনা লাক্লিবা লম্বীনা তাইনবা চৌঙদোন্দা লাকপনি। অতুনা মানা মৈতু থাবা হায়বসি চগোংতা চন্দন লাম্বা তাগনি। মরাল লৈতবা মীদা মরাল পীবা মীনসু লাইনসু য়ানিঙগদবা মান্দেদা। মৈ থাবা, শা তানবা কনানো হায়বহ্ অশেংবা থঙনবা থিরুখো। অশেংবা মৈ থাবা মীনা চংখ্রগা করি থঙদবা ঐথোয় মথৈ ঙাঙ বা অসিদি শা চেনখ্রগা হুই চিক্লবা তারোইদ্রা?

খুল্লাকপা অতুগী য়াতা অতুগা, পাথও অতুনা তৌরিবা মতৌ অতুগা মথোয় চিবোন চিবোন ঙাঙনরগা হনখ্রে। পাথও অমনা হায়—"কান্নদে ইপাতোন! মুংশিবা য়ারী শাতুনা মুংঙাইনা চামিন্ননবা তৌসি। মফম মরাং লৈতবা কৈসু কিবা মথীসু কিবা মীশিংনা করি তৌগদ্রা? মথোয়না করিসু থঙজদবা মীদা মরাল পীবা ঐথোয় য়ানিঙদে। ইপা-তোনগী য়া তারগসু মথোয় করিসু হায়বা ঙমদে; পাথও অস কাতুনা পুরগা করি থোক্কদ্রা অমুক কিবগুম তৌই।"

# ৭

# হিথুংঙমদাই হিরাকপা

অয়ূক অঙনবতুদা খোঙশানবা হৌরে। পংয়াম য়াম্না লাপত্রে হায়বতুদা চান-থক্লবদি য়াম্না পুন্রে। খুলদু তুংওইননা লৈহৌরে। খুল্লাকপা অদুনা তাকপীরকপা মফমশিংদু য়েং য়েংদুনা চংলি। ইতেম-তেম্বা চীঙয়াঙগী লম্বীনি। নাক য়েন চাওরবা লোকচাও অনিনা চপ্তুনা লৈবা চীঙশাংনি। মুমিংকী ঙরং তরংবা মশেক্লা উত্তোন-রাত্তোন লাম্লক্লে। মনেগী খুল অদু শোইদনা য়োতুনা মপাগী নিঙব থুংহনব ঙম্রগনি খনবদা অরাবা পুম্নমক কাওথোক্লুনা চংলি। ওইথংবা নাকনগী লোকচাও অদোমদগী 'থং-থং-থং' লাউবা হৌরবা খোঞ্জেল অমা তায়। নিংথরনা খল্লি—অচৌবা লাইরেম্না খোংবা শোইদনা ওইগনি। নিঙ-শিংলকই অহলশিংনা হায়নবা—অদুগুম্বা লাইরেম্না খোঙলবদি নোং তাগল্লি। খঙহৌদে। রু-রু লাউবা মুংশিংকী খোঞ্জেলগা লোয়ননা লোকমুঙদগী, নিংথমগী অয়ুক্‌মনা লৈচিন মপৈ মপৈ পাইথংলকই। উরক, নারক-শিঙলক ফাও-ফাওদুনা পাইথংলক্লিবা লৈচিন্দুনা ঙা-ঙ্‌ানবা মুমিংকী মশেক-মঙান অদু মালেমগা তংনহনবগুম তৌখ্রে।

য়াঙনা পাইরিবা লৈচিনগী ঈরিক মফোম্না মশা পুম্বা চোংশিল্লক-পগুম তৌরকই। প্লাস্টিক মপাক অদু লৌথোক্লুনা মহু তুপ্পগা চংলি। লৈচিন অদু অমুম কুংশিল্লকই। মমশিল্লকই। ইকুই কুইদনা শাফু

য়াওবা নোংলিকশিংনা মথোল থোক্লা খিকখরক্লে। খুল্লাকপনা তাক্ল পীরকপা লমখায় অহু নিঙশিংলক্কুনা কোম্নেং য়েংবদা উবা ফংজ্রে। রাংলিবরা খন্দুন অহুম চংলি। মুংশিংকা লোয়ননা লেপ্তুনা চুরিবা নোং অহুদগী তুপ্লিবা প্লাষ্টিক অহুনা মশাবু ঙাকথোকচবা ঙম্লক্রে। লম্বীগী মতাইদা লৈবা মুঙপাক অমগী মথক্ত থঞ্জিন্দুনা নোং থুপ্লা ওইনা ঙাইহাক পোংথারে। ঘড়ী য়েংই। অয়ুক্কী পুঙ তরা থরদা মহেল্লি। লেপ্লা লৈতনা চুরিবা নোং অহুনা নিংথর ফুম্বংনহল্লে। নোংগী ঈশিং অহু তেক্লী অহুদা য়াশিন্দুনা চান থক্লবা থর শেম-শারে। নোংলিক ওইনা পাইরিবা অমম্বা লৈচিন অহুনা নিংথর মাইকৈ লেপ্লসু রারে। ঙাইহাক রাখল তৌই। খুল্লাকপনা তাক্লকপা মাইকৈ অহু মুন্না থল্লগা মানা লাক্লিবা লম্বী অহুগী য়েংথংবা লোক অহু লাম্হোক্লগা চংলগে লেপ্লে।

লোক অহু তম্না কুমথরে। অহুবু লোক্তুমক্তদা কুমথনবগী লৈরাদি রানা থোক্লে। মুঙঙ্গাও, মুঙ্গায় অমম্বুং তংতনা নিঙথায়খিবগী রাংনা চপ চপ ঙম্বা মফম ঙাক্তা থেংনরে লোক্তুংইন্না থরগসু চংলে। উচিন-নাচিন্না ঙম্লবসু কুমথবোই, নাম্থবোই তৌহুনা য়াম্না রানা ঈশিং চেল্লিবা লোকপান্দু য়োরে। থংহুম থংহুম হুমহুনা শিংপা মুংশিং অহুনা হুম্লকপা ঙৌরুনবা লৈচিন অহুনা অমম্বা লৈচিনগী মপৈহু হোইহুনা পুথিবগুম তৌই নিংথর নোংথকলোমদ কোয়েং য়েংই। লৈচিন অহু অম্নুম অম্নুম পাথরকপগা লোয়ননা রাংথংখিবগুম তৌরক্লে। নোংহু হাংগদবদি মাল্লক্লে। চৌঙশাংগী পরেং, লোক্কী মরিন উবা ফংলে। লোক অহুগী মনুঙদা হঙ্গংনা লোক্তুং ইন্না কাখংপা নত্তনা অতোপ্লা চংপা য়াবা লম্বী উদে। থর কাখংলক্লে। নোং হেক হাং-খিবহুদা ঙাঙলৈনবা রায়খুশিং মরী মরী চেম্হোক্লকপা উই। ফার ফারগা মখোঙ মখুং থুদেক্লগা তেক্লী অহুদা ফনা য়াম্না হাপচিল্লে। মথক্ত পাইরিবা লৈচিনগী মপৈনা কুপ্লা থুংদবা শংবানবা অতিয়াদগী মুমিংকী মশেক্লা অমুক অমুক লোকমুঙ অহুদা য়ৈরকপদ নিংথর মাইকৈ লেপ্লা হেম্না রারে। রাং-চাওরবা উজাওশিংনা চগুংননা লেপতুনা

ঙাক-শেল্লিবা উমংঙা পুমকোয় কোয়শিনবা লোকুদগী কাথংনবা মফম য়েংবতদা ফনা কুইনা চংলক্লে। চোংলবা নাপী-শীঙনা অমস্তুং নাল্লবা উরক ফাওদুনা য়াম্না রানা কাথংলক্লে।

অঙম্বা চীঙহুম অমা কাথংলে। মথক্তদি ফুবাক্লবা চীঙহুম অদুগী নাকল অমদি লোইরোইননা লোইবা নাইদনা হাইথখ্রি। মাইকৈ অনিদি রাংলবা, শুক্লা মম্লবা উমং শাগোন্নবা চীঙশাং ওইনা উরি। নাল্লবা লম্বী অদুদা কারকপগী অরাবনে, চোংলি মাল্লিবা ফিরোল অদুনগা লুম্বনে চংকদোরিবা লম্বীনগা মথোঙ খঙদবগা অহিং'হুমা অদু-রাইদা লেল্লগে নিঙলে। হৌরিবা উজাওশিং অদু মুংশিবা মনম চেনবা মরেক থোকপা উনা অয়াম্বনি থল্লি। তিন্না হুংপা উশাশিংদগী তারকপা থাউগুল্লবা মরেক্লা নোংনা চোংলবা অকংবা উনা মথক্ত পুমচাই চাইনা তারি। মহুমক্লা ওইবা তাই মফম অহুরাম্বদু নাপী শীঙনা হৌবা ঙমদহুনা ইকোক কোক্লিবদু। খুদোংচাগদবা মফম য়েংদুনা মপোং-মচৈশিংদু থয়্রে। মুংথিলগী পুঙ মরি তাগদোরয়্রে। তথেম্বাঙ পায়দুনা অকংবা উশা থিদুনা কক্লগা মরাংকায়না পৈশিল্লি। মহাক নিঙশিংলি— অহিংদা উজাওগী মথোঙদা থক পোংথারুগনু। মরমদি চহি য়াম্নবা অচৌবা উশিংনা ওক্সিজেন পীথোকপগী মহুংত লৌশিল্লগা কার্বোন দি ওক্সাইড পীথোকই। মদু মীওইবনা শোর হোঙ্জিনবদা য়াওথ্রবদি লাইরেন উনরগা লাইচুবগা মান্নে। তুমফম শেমগে থল্লিবা মফম অদুদা মৈ হৌগংতুনা মফম অদু কংহল্লে। উনা অমদি মরেকশিংদু চাক্লকপদা থঙলে—উজাওশিং অদু অয়াম্বনা মেত্রুক পাম্বীশিংনি। মৈফম অদু থর হোংদোক্তুনা অকংবা মফম অদুদা তুমফম শেয়্রে। মফি-মরোল অমস্তুং খোংউপ লৌথোকতুনা ফৌদোকই। চংকদোরিবা খোঙচং অদুনা নোংদম নাইরক্তবদুদা মহাক্লা পুরক্লিবা চানবদু থল্লুবদা মিপাইরক্লে। হাংদোকতুনা য়েংই। মথংগী মুমিং ফাওবগী কোন্ন-নিংঙাই ওইদ্রে।

রায়থুশিং অদু ফুংলগে নিঙই। অহুবু মহুনা করি থোক্লগদগে থল্লি। মহাক অহলশিংদগী রারী তাথ্রে। উমংদা চংপা মতমদা

শা অমদি রায়খু মৈদা লৌবা য়াম্না খুদোংথীনিঙাই ওই। মরমদি শাহিং চাবা শাশিংনা অহিংদা মনম অতুগী খোঙ্গুল লীতুনা চরা তম্নবা হোৎনরকপদা হাকথেংনবা য়াই। করি তৌসিগে খল্লি। অকংবা চাক থরদি খাক্তুনা থম্মিওই। খোকঅবা লাক্লনি থন্দুনা ঈশিং থর তেক্লীতুদা হৈজিন্দুনা রায়খুতু ফুংলে। মনাক অতুরায়দা উগী মরেক অমসুং মনা থোমজিন্দুনা মৈ থারে। ফুংপগী অশাবা মহি অতুদা চাক অকংবা থর তিংলে। শিদনবা থর চারে। মুমিংচুপ্পা চোংলি-মাল্লি-রুবা, মুমিং কয়ানি অকা-অকুম চংলকপা, চান-থক্লবা লৈশিল্লক্কবা লোয়নবা চংনবগী মাইকৈ থওলক্কবা অসুম থন্না থন্না তুমথখ্রে। শাহিং চাবা শাশিংগী অমদি অহিং চাক্তাবা উচেকশিংগী হায়ফম-তমফম থওদবা য়াক্লা হৌরবা লাউবগুম-থোংবগুম তৌবা খোম্থোকশিংগী খোঞ্জেলনা রাং-চাওরবা চৌওশাংশিংনা ইকোয় কোয়শিনবা থেন অতুদা খোম্থাং য়ৈনা ফুজিল্লক্লি। মিকপ অমগী মতুংদগীদি নিংথর অমুক তুমথবা য়াদ্রে। মৈ অতু নিংথিনা শীও শেমজিন্দুনা থাগংলে। নোং ঙানবা রানা ঙাইরে।

অতৎঅথম লৈতনা তারিবা নোংমৈগী মখোল অতুনা অকি-তুজুংনা তারম্বা শা-উচেকী খোঞ্জেল অতুবু লাকহৎখ্রে। অয়ুক্কী পুও অনি তাগদোরয়ে। চাক্লিবা শীও অতু শৎতোক্লে। মৈরী খোকহন্দনা অঙাঙবা মৈতাল মরক্তুদা তেক্লী অতু ওম্বোই-করিবোই তৌতুনা শা মতুম অমা অনি ফুংলে। নোংথী-নোংমংবা, শুক্লা মম্লবা অহিংতুদা কোয়েং য়েংজে হায়বতুমওায় নিংথর করিসু উবা ফংদে মনাক্ত মুশুক-মুশুক লেপ্লিবা রাং চাওরবা উজ্ঞাওশিং অতু নত্তনা। শেম-শাতুনা থর চারে। মপুন্সিদা অমুক্ত থেংনরক্কবা কয়া থেংনরকপতুদা মপুক্লিওদা মওল-মওল থল্লি। মনে উনজরগনি থগ্ররম্বতু মংদা মঙ্গা তানবগুম খোক্লগদ্রা অমুকসু থল্লি। নোংমৈগী মখোল তাখিদবা ফনা কুইখ্রে। অমম-অঙান শিম্নরকপা উবদা নিংথর মপুক্লিও থরদি লুমজে। মুমিং খোরকপা ঙাইনা ঙাইনা মপোংশমচৈ লোইশিল্লে! মুমিংকী মাইকৈ

য়েংলগা মাইকৈ লেপতুনা চংপা নত্তনা চংনিঙলে হায়রুনা চৎপদি য়াদ্রে। মহাক খঙজরে—অচৌবা উমংদা মাইকৈ লেপ্পা অয়াম্বা নত্তে।

মানা য়ানা ঙাইজরম্বা, সুমিৎনা চীঙদোলদা থংচোংচোংথংলকপগুম উরকপহুদা চীঙশাং অহুবু তুংওইননা থনম্লগা, চীংনা লেম্না য়াতারিবা, য়াং-চাওরবা চীঙশাং অহু লান্দূনা চংননবা থোঙশাল্লক্লে। অতেম্বা থেনগী শরুক অহু লোইরকপদগীদি চীঙশাং অহু লাম্লবগীদমক অঙম্বা শরুক্লা অয়াম্বা ওইনা কাথংলক্লে। নিংথরনা থল্লিবসি খুল অমত্তং ফংবা ঙম্লবদি অরেপ্পা অমদি থঙবা ঙমগনি হায়বসিনি।

কোক্ত খুং হাপ্লে। সুমিৎ কয়ানি চংলকপগী মশা চোকথরকপা, নিংথি-সুংঙাইনা তুম্লক চারক্তবগী অয়াবা, সুমিৎকী মৈশানা কনথংলকপগা লোয়ননা চীঙশাংগী লোইবা নাইত্রবা অঙম্বা কয়া কা-কুম্লকপা, মায়োক্লরিবা অয়াবা কয়াহুগী মথক্ত লম্মাংনরকপা অহুদা নিংথর মনেগী য়াথলকা ইকাও কাওবগুম তৌরক্লে। চৎপবুদি চংলি হায়ববু পুরিবা মপোং-মচৈ অহুদি লায়রদনা মফি ফাওবা থোংনিঙদবা হায়বহু য়ৌরে। য়ানা কাথংলক্তুনা উচিন-নাঙিম্না চীঙয়াঙদি য়ৌরে। অহুবু অয়াংবা চীঙশাং, শুক্লবা উমংগা শাগোল্লবা লোকচাও নত্তনা খুল তাবা মফম অমত্তা উবা ফংদে। অরেং-অরেং পুংথৈ। ঈশিংস্থু য়াওদ্রবহুদা চানথক্লবা শেম-শাবস্থু য়াদ্রে। ঈশিং থোকপা উয়ীস্থু হৌবা উদে। চাক অকংবা থয়, শা মতুম অনি-অহুমত্তু নত্তনা চান-থক্লবা অমত্ত য়াওদ্রে। শা মতুম অমা লৌথোক্লগা চানা চানা চংলি।

নোম্ল-নোম্লগা কোঞ্জেং কোকফাইনা মনমদা মরুম থুই হায়বহু তাখ্রে। ফগদ্রা থন্দুনা তৌরুবা থুদিং অয়াবদা অরাবা হাপকৎপা ওইনা থোকখ্রে। অরাম্বা থরদং কোকত্রা থন্দুনা চারুবা শা অহুনা থৌরাংবগী শরুক হাপকৎনবা ওইখ্রে। সুমিৎকী মাইকৈ লাকুনা চংলি হায়বহু মঙাই, অরেপ্পা পম্বুং অমা উদবনিনা কদোমদা চংকদগে থঙলক্কে। ঈশিং থৌরাংবগী থল্লুরবদি নাকন্দা উরিবা লোক অহু তম্না কুমথরগা তাইনরিবা চীঙশাং অহু লাম্থোক্লিঙই। অহুবু তশেংনা মহাক মহুগী অকুম-অকা অহু কিরে। চীঙয়াঙ অহুদা অয়াং পাংনা চংলে

লাপুক্লা উরি—লোকচাও অদুগী হৌরকফম ওইরিবা চীঙ্গোল, পীক্লুক্লা শুক্লবা উমংতনা লোক্তী লোক্লম ওইবা লোকশিং। লোকমচাশিংদুগী হৌরকফম ওইরিবা কোইতক তৌবা চীঙশাংদুগী চীঙয়াঙ তম্না চংকে নিঙলে। মরমদি মফম অদুদা ঈশিং থোকপা মফম অমদি শোইদনা লৈরম্বা য়াই নিঙই।

চোকথরক্লবা মশাদু মুংশাগী মৈশাদুনগা য়ৈবদা থৌরাংবগী মৈচাক হেন্না হেন্না হাপকৎলক্লে। থৌরাংবা কোকহনবা ঙম্বা উনা শীঙনা নত্রগা থকপা য়াবা মহী থোকপা মহাক্লা খঙজবা অমত্ত হৌবা থেংনদে, উদে। উরুম থর লাংবা য়েং-য়েংদুনা চৎপদি লেপ্পে। মুংশৌ অমদি মুঙ্গায়গী চীঙশা থর থেংনরকপদুদা ঈশিং থোকপা মফম অমদি লৈরম-গদবা মাল্লি। চীঙ্গোল অদুগী থেকচিনবা মফম'দুদা লোকচপ অমদি লৈ। মফম'দু চোৎলি-মাল্লিদি তৌই। অদুবু ঈশিং থোকপদি উদে। উরুম অমদা ফমদুদা পোৎথাই। মানা ফম্লিবা অদুদগী থর কুমথরগা অচৌবা রাপল থর উই। মপোৎ-মচৈ থয়ে। থৌরাংবগী ময়াইনা তথেন্থাং পায়দুনা রাপল তম্না কুমথরে। কোয়েং য়েংদুনা মতোল শোই-রোম্বা রা অমা য়াল্লে। মতাংদা থাঙ থা-থাদুনা য়েংই। ঈশিং য়াওবা মতাং অমদগী উতোং শেয়্রগা য়াদুনা থর থকচিল্লে। থরদি ইঙলে। থৌরাংবা অদুদি কোক্লে। মীওইবগী হৌনশা—চাননবগী রাথল অমুক লাক্লে। তিঞ্জা-লাইতংবা অনৌবা রা য়েং য়েংদুনা য়াল্লে। মতাং মতাংদা হক হকতুনা য়েংই। য়াওরম্বা রাতিল লৌদুনা উতোং অমদা হাপচিল্লি। ফনা শাংবা রাগী উতোং অদু থংকোক তৌরে। রা মতাং অশাংবা কক্তুনা শেম্লগা রাদা য়াওবা ঈশিং চি-চিদুনা হৈজিল্লে। রাতিল অমস্তুং ঈশিংগী উতোং পুদুনা কাথৎলক্লে।

মৈ হৌগৎলে। তেক্সী অদুদা রাতিল থর ঙৌরে। ঈশিং থর অমুক হৈজিল্লে। তেরা পাইবী মনা খুবাম অমা হেক্লগা থৎ-থৎতুনা ফুৎমিন্নরে। অকংবা চাক অমস্তুং থুম-মোরোক হাপচিন্দুনা চগেম পোম্বগুম থোংলে। অরাম-থৌরাংবনা লাকহৎলবা মতমদুদা হাওতবা

লৈথিদ্রে। চাথোক্লে। ঈশিং থর থকচিল্লে। অরেম্বা ঈশিং অতু ক্লাস্কতা হৈজিল্লে। মুংথিলগী পুঙ অমা তাগদোরে। মতম লৈত্রে খন্দুনা অমুক চৎপা হোরে। চৎনা চৎনা চাবা য়াবা মনা-মশীঙ হেক উবগা থংতুনা হাপচিল্লি। চৌঙ্গোল অদু লাম্থোক্লে। মদু ফাওবদা খুল অমত্তা উবা ফংদে। মুমিংনা নোংচুপ চৌঙদোল তম্নকপা মাইবৈ অদোমদা নিংথরস্তু চৎলি। অরাংবা চৌঙয়াঙ অতুদগী কুমথরক্লুনা অঙম্বা শরুক লোইরকপা অতেম্বা চৌঙয়াঙ অনিগী তাইনবতুদা পাক-চাওরবা মুঙশৌ-মুঙ্গায় মরক্তগী ঈফুং থোকপা উই। পীক্লবা ইফুং অতুগী ঈশিং অতু উনানা কোন্দূনা শেম্রগা তেম্নী অমস্তুং ক্লাস্ক অতু য়াম্ন রানা থল্লল্লে। অতেম্বা চৌঙয়াঙ অতুদা মুমিংক মায়োক্লনা চৎলে।

চাওর-চাওরবা উমংশিং অতুগী মরক্ত লম্মাংনবগী লোইবা নাইত্রবা লম্বী অতু চৎপদা পাঙ্গল-লৌশিং পুম্বা চোকথরে। মুংথিলগী পুঙ অহুম থর হেল্লকপা ফাওবদা খুল অমত্তা উবা ফংদে। খুদোং থর চারিবৈঙেতুদা অহিংতু অতুরাইদা লেল্লগে নিঙলে। শীঙ-য়েল মরাংকায়না পৈশিল্লে। মফমচাবা য়েংতুনা হিপকম শেম্লে। মনাক্তা মৈ হোৌগৎলে। রাতিল থরতুগা মনা মশীঙ অমস্তুং অকংবা চাক থরতুগা থোংলে। শা অয়াইবা মতুম অনিতুনা অয়ুক্কী থম্লে। শাম্রনিঙবগী রাথল পোক্লে। মুমিং হেক তারকপতুদা অথোংবতু চারে। শীঙতু নিংথিনা শেমজিল্লগা মহাক হিপথরে।

মঙ ওই, হা ওই, মশা অতু অফা-অপুন্নবগুম তোৌরক্তুনা মিকপ থোকই। শুক্লা মম্নবা অহিংতু, অশোঙবা উমংগা ওইবগা শাথীনা মমই। অনকপদা হোৌরিবা উপালশিং অতুফাওবা লাকশিন্না উবা রারে। মৈ অতুস্তু কুইনা শেম্বীদ্রবতুদা উংনা ইওম ওমশিন্দূনা মৈ লৈতবগুম তোরে। মৈতু শেমজিনগে নিঙই। অতুবু মশা অতু কম্না য়েংশিন পুনশিনবগুম তৌই। লেঙবা ইয়া য়াদে। মথুং ওই অতুস্তু ফাজিনবগুম তৌই, মথোঙ অতুস্তু। মথা থংলিবা মথুং য়েং অতুদি লেঙবা য়াবগুম তৌই। মঙক অতু থজিক্তুং লৈতুনা য়াম্না চিংননা য়েংই। ইনেম নেম্বা, উচুংগুম্ব অমা মাগী নঙ্গল ময়াদা লৈবগুম উই। য়াম্না

চিংনরকই। তপ্পা মথুং য়েং অদুনা মৈহুম অমা মাতুনা পায়রে। ক্ষং ক্ষং হাইদুনা য়েংই। মৈদি য়াওরি। থরগা কন্না হাই। মৈরী হাইফেং থোক্লকই। হু-হু হাইবগা লোয়ননবা মৈরী থোক্লবা মৈহুম অদুনা মানা উথিবা উচুংগুম্বা অদুদা চুবোই করিবোই ইনশিল্লি। খঙহৌদনা মশাদু থর কোমথোকপগুম তৌই। থরগা কন্না হাইরগা অমুকন্সু চুশিল্লি। মৈনা চুশিনবা খুদিংগী মশাদু পুল্লম্বদগী অম্সুম থর থর থাদোক্লকপগুম্না কোমথোক্লকই। অদুগা উচুং অদুদি ইরেং লেঙদনা উই। হন্না হন্না হাই হাইদুনা চুশিল্লি। মশাদু পুমকোম কোয়ে থঙলবদা ফুক হৌগৎতুনা মথুং ওইনা অতোপ্পা মৈহুম অমগা পায়থৎতুনা হাই হাইদুনা চুশিল্লি। থজিক থজিক হন্দোকথিবগুমদি তৌই। মৈহুমশিং অদু হুম হুমদুনা মৈদু থাগৎলে। নিংথর উচুং অদুদা মুন্না য়েংই। মপুক্লিঙদা অঙকপা অমম্সু ফাওই।

উচুং অদু হান্না লৈরম্বা মফম অদুদগী থর চংথোকথিবগুম উই। মৈ অদুনা ঙুং-ঙুং চাকখৎলকপা মতমদদি করি অমা ফাওবা লেঙবা উদে। উচুং অদুগা মায়োক্লনা মৈ অদুগী রাংমদা ফমদুনা ঙাইহাক য়েংই। করিম্সু অহোংবা উদে। ঘড়ী য়েংই। অয়ুক্কী পুঙ অমা তাফাংত্রি। মনা শাঙনা থরদুগা শা মতুম অনিদুগা ফুৎকংলে। অমম-অঙান শিন্নরকপা, চিংথৈ ফিদুপ হুল্লকপদুদা চানবা থরদু চারে। মহাক উচুং অদুদা অমুক অমুক য়েংবদি লেপ্তে। মানা থল্লিবসি নোংছেক ঙানবগা চিংনরিবা উচুংদুগী অশেংবা থঙগে হায়বসিনি। মহাক্না য়াম্না চিংনরকপগী মরম্না তুমফম অদু শেম শাবা মতমদা মদু উথিদে।

নোং পুমঙাল ঙাল্লে। মথুং ওইনা অচাকপা মৈহুম অ:চোবা অমা অদুগা মথুং য়েংনা তথেন্থাঙ পায়রগা উচুং অদু তম্না চঙশিল্লি। শিং নানবগুম উই। মশা অমসুং মনা পানবগী মওংম্সু লৈতে। মথা থংবা শরুক্তা থিন্দোক্লিবশিং অদুম্সু পুংকক্তমক চাওবা উরাগুম্না লৈবাক্ত চঙথিবগুম উই। মুমিংনা তরং তরং থোক্লকপদুদদি নিংথিনা উরে— মদু উচুংদি নংত্রে। থাকী লৈহাউগী পাম্বীগুম্না পুমবুম্না শিং নাল্লি। মশাম্সু হাইফেং মানবা মরাগুম্না উরিবা অদুম্সু মনা পান্দবা থাকী

লৈহাউগী মশাপা মান্নরপ তৌই। মৈহুম ময়ামতু নাকল অমদা পৈশিন্দুনা মৈ থাগৎলি। উরে—মরাগুম লৈবাক্ত য়ৈশিল্লম্বশিংতু মরেঙ-মরেঙ চৎপগুম তৌরক্লে। নিংথর পায়রিবা থাঙতুনা য়ান্থৎলসিরা থল্লি। অতুবু করি খোল্লক্কদগে চিংনরকুনা তৌস্লে। থুনা য়াঙনা মপোং মচৈ পুরগা মকমতু থাদোক্লে। শাগী মপোপ কায়স্রিবা শরু পোলাং থেংনৈ। থরনা নিঙথায়তুনা মচোই-মচোই নোংথাঙ চানা তাবস্নু য়াওই। মতু উরগা হেন্না মুংশা থীরকুনা চেনচৎ চংলি। নিংথর রাখল অমা ফাওরক্লে। মহাক্না থেংনরম্বা উচুং মানবতু ঈ থকুনা হিংবা শা মথল অমা শোইদনা ওইরমগনি। উগী মরা মানবশিং অতুনা মরাইবক থীরবা শাশিং য়েংশিন্দুনা ফারগা ঈ চুপ্পা ওইরম্বা তাই। অতুগুম্বা শাশিংগী শরু ওইরম্বা য়াই মানা থেংনরিবা শরুশিংতু। মতু চুংলকই নিঙশিংলুবদা। মৈতুমক লৈরমস্রবদি শাশিং অতুগী মরাই-বক মঙোন্দস্নু শোইদনা খোল্লমগনি নিঙই।

অয়ক্কী পুঙ মাপল থর হেল্লকপদা পীক্লবা ইকোক কোকপা শাশিংনা তৎতনা চৎপগুম্বা মরম অমদি থেংনরে। মতুগী মতুংইন্না লেপ্পুনা চংলি। নিংথি-নুংঙাইনা তুম্নক-চাওরক্কবা অমস্নুং লমশাং চৎলকপগী অরা চৈথেং ফাওরকপগুম তৌরে। মথোঙ ফাওবা থাং-নিঙলক্তে। থেক্না খোয়না চংলিবা লম্বীতু থৎনা লোক মচা অমা লৈবা উই। ঈশিং চেনবদি উদে, চেনখিবগী মরমদি লৈ। চোংলি-চাংলিবা মুঙচাক নত্তনা ঈশিং তুংবা মফম উদে। মপোং-মচৈ থস্লে। পাক্তক তৌবা মফম অমা য়েংলগা তখেন্থাঙ অতুনা হোৎপোই, তৌবোই তৌতুনা খুতুপ অমমুক লুনা কোম অমা হন্দোক্লে। ঙাইহাক য়েংই। তপ্না তপ্না কোম অতু ঈশিংনা থনগৎলকপগুম তৌই। অনৈবা ঈশিংতু ফমথবা ঙাইবা ওইনা হৌগৎতুনা য়েংথৎলুবদা লফু পাম্বী থর হৌবা উই। মতু তম্না কাথৎলে। থিন্দোক্লকপদা ঙাম্নরিবা থবো অহুমথক য়াল্লগা কুমথরক্লে। লম্বীতুগী মন্নাদা মৈ হৌগৎলে। লফু থরোশিংতু লৌশিল্লে। ঈশিংতু য়েংই। লৈনাঙগী শরুক ফমজিনখিতুনা নিংথিনা লুরে। তংতুনা য়েংই। থর থকচিল্লে। তপ্না ঈশিংতু শোকচিল্লি।

মুণ্ডপাক অমা-অনি হাইগংতুনা য়েংই। খুবীমুক পাকপা ঙাঙলৈনবা রায়খু চেঙ্খোক্লকপা উই। মখোঙ-মখুৎ থুদেকতুনা তেক্লোদা হাপচিল্লি। তেক্কী অদু থংকোক তৌবা রায়খুদু ফুংলে। থুম-মোরোক থরগা রায়খু অমসুং লকু থরো অরোবদুগা চারে। পুক্কী অরাম্বা কোক্ত্রবসু মশাদি থর তেকথংপগুম তৌই। লমথুংফম থঙজ্রিবা খোঙচৎ অদু অমুক খোঙশানবা হৌরে।

মুংথিলগী পুঙ অমা তারম্লে। রামনগ্রতুনা মুঙজাও অমগী ময়াদা মপোৎ-মচৈশিংদু থম্লে। ঙাইহাক পোংথাগে খন্দুনা কমথৈ। মহাক্কা ফল্লিবদুগী মখাদা ইরাপ-লাপ্তুনা কোয়পাক্লবা থেন অমদা ইরং লংনা ঈশিং পাক্লা লৈবা উই। পাংথী কোমথী ওইনা তৌবা ঈপাক অদুদা অচৌবা উচেক অমা চাক্ত রিবদু উরক্লে। লীরুং তেন পায়দুনা লুমদুনা চঙশিল্লে। তেঙ্গা থোংলে। অদুবু উচেক অদু মশক খঙলক্লবদা তেঙ্গৈ অদু কাপথোকপা ঙমদ্রে। নিংথর রাথলগী অচৌবা লান অমা মপুক্লিঙদা শোক্লরক্লে। নাকন অমনা অহল-লমনশিংগী পাওতাক লৌদুনা উচেক অদুবু হাৎতবা, অমনা উচেক অদু হাৎলগা মহাক্কী অরাম্বা কোক্লবা অসিনি মানা লেপকদৌরিবা। মথং মথং থল্লকই—অহলশিংগী পাওতাকনা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা ঙম্লক্লি-বনি। অহলগী পাওতাকপু মীরায়বা হায়বসি মশাবু মশানা মীরায়-জবনি খন্দুনা তেঙ্গৈদু হঙ্গিল্লে। নিঙশিংলকই মপানা হায়খিবা—"করিগুম্বদসু নাইতোম চাক্তাবা উচেক লাংমৈদোং হাৎলোইদৌবনি। মখোয়দি অমোম্না মথথাক অমসুং মবুক্কী মতু শিং নান্না ফোইদংলগা মরুমগী মথা থারগা মরুম কোল্লি। মহুম অদুসু মথক্ত চফু মখুম খুম্নশ গুম্না লৈথোম অমদি উনা-শীঙনানা অমোম অদুগী মঙক লিথংফমদমক থাক্লগা নিংথিনা খুমজিল্লি। লাবা অদুনা কোয়না চাক্তারুবা হল্লক্লগা খোংদুনা অমোম অদুদা তাকই। মচিঞ্জাক পুবক্লে থঙসদুনা অমোম অদু মঙক থিনগংলকই। লাবদুনা মচিঞ্জাক ইনবি। অদুগুম্বা মতমদা নাইতোম চাক্তাবা লাংমৈদোং লাববু হাৎতোকপীরবদি চাদবা অমসুং

মপান থোকপা ঙমদবদগী মপী মচা পুন্না মকোন মনুঙদা শিমিন্নৈ।" নিংথর চনিঙমল্লবদি লেক্লুনা তোকই থন্দুনা মাগী পোৎ-চৈ থনম্লিবা মুঙজাও অতুগী মনাক্ত কাখৎলক্লে।

মুঙজাও অতুদা ঙাতুনা মখোঙ তিংথোক্লগা ফম্মী। মমিং উই-শিন্দুনা শম্নত্রবা রাথল ঙাক্ত থল্লি। থঙপ্রেক থঙনা মমিং পাঙথোক্লুনা কন্না লাউবগুম তাখিবা থোঞ্জেলন্তু করিমো থন্না কোয়েং য়েংই। মান্নবা ফিজোলদা মতিকচানা খুংলায় পায়বা ময়ান্না মহাকপু কোয়-শিন্দুনা লেপ্লম্বতু উরক্লে। নিংথর ইঙক ঙকই। লুচিংবতুনা মাগী মপোৎ-মচৈন্তু ফাক-শেংতুনা য়েংই। লুচিংবা অতুগী ইঙ্গিং মতুংইন্না নিংথর মপোৎ-মচৈশিং'তু পুরগা মমাঙদা চংলিবা অনিতুগী মতুংইল্লি। শেন্ন শেন্নগা য়োং মাল্লি, থল্ল থল্লগা কোইজোম্বা থেংনৈ থন্দুনা মরাইবক্লা পুরিবা মফম অতুদা লেমহৌবা ময়াম অতুনা মাবু হোইবঙ-গুম্না চংমিন্নরে। রা-লান অমত্ত ঙাওনদনা ফনা শাংনা কারক্লে। মুমিং তানিং তানিং তৌরকপা মতম'তুদা ফুবাক্লবা চাঁঙদোল অমা য়োরে। মফম অতুদগী দি যান্না তান্না-তাম্নবা খুল থরদি উই। পাক্লক তৌবা লম্পাক অতুগী মতাই ওইরপ্না অপীকপা য়ুমশিং ইকোয়-কোয়না লৈ। ময়ায় অতু অপাকপা শুমাঙগুম্না উ-রা হোৎদবা, অমোনবা নাপী-তনা কুপ্না লম্পাক ওইনা তৌই। রাচেৎনা ফক্লাং থাবা, থোঙম্বু রাচেৎনা ওইবা য়ুম মচা অমদা নিংথরবু পুশিল্লে। মখোয়দা মাবু ফাতুনা পুরকপগী মরম হংই লুচিংবতুনা খুল্লকই—'নঙবু ফারিবগী মরমদা নত্তে, নঙনা হিংবা নত্রগা শিবগী রায়েনবীরগদবা অমা লাক্লগা নঙ অতুম থঙজরনি। মহাক লাক্তিব্রা ফাওবদি নঙ রারবম্বু রানা পোৎথারো। মখোয় ময়ামন্তু নোক্ল-নোক্লতুনা থরনা মাগী মপোৎ মচৈ শিংতু লৌথোক্লুনা থমজিল্লি। থরনা মাগী মখুৎ অনিতু তুংবুন্ননা উখোঙ অমা কোন্না পুনশিল্লি। করিম্বু থৌশা-রাশাদনা য়ুমশিং অতুদা চংনখ্রে। মনেগী রাথলগী মহুংতা হিংবা নত্রগা শিবগী রায়েল ঙাইবা তারকপতুদা রাথল থোক্লক্তে। ফমবুংনরে। রানা মাগী লাইবক লেপ্পীরগদবা মহাকতু ঙাইবদা তারে।

মন্ত্রি-মন্ত্রিরকপা মতম অদুদা মহাক্কী মনাক্তু লেপ্লরিবা মুপা অদুনা নিংথর মমায় থাঙ্গৎতুনা য়েংই। অহল ওইরপ তৌবা মুপা অদু শোই-দনা মানা রানা ভাইরিবতু ওইরমগনি থল্লি। নৌরিবা মায়থোং অদু উবদা হাইক্নেং থঞ্জানবগুম তৌনা মুপা অদুনা নিংথরবু ফারকপশিং'তু কৌতুনা রা থর হংই। পুল্লিবা অদু থাদোকহল্লে। ইমুঙদা পুশিন্দুনা ফমহল্লি। মুপাদুনা হংলকই,

—নঙ তাংখুল মচারা ?

—উম ! ঐ তাংখুলনি।

—নমিংদি করি কৌই ?

—নিংথর কৌই।

—নঙদি মফম অসিদা করি তৌবা লাক্লিবা ?

মুপা অদুনা হংলকপা রাহংগী পাওখুম ওইনা মনেগী খোঙ্গুল লীরকপদা লম্মাংনতুনা মফম অদু য়োরকপগী মরম শুগাইনা রারী লীতুনা তাহল্লে। মুন্না তারগা মুপাদুনা অমুক হংলকই,

—নঙ করি থবক তৌই ?

—করিসু তৌদে। লাইরিক তম্লি।

—কদাইদা তম্মী।

—তম্পাক্ত—; ইম্ফালদ তম্মী।

—ইম্ফালগী কদায়দা লৈ ?

—থাংমৈবন্দদা. ঐগী ইপাগী মরূপ অমগী য়ুমদা লৈ।

—য়ুম মপু অদুগী মমিংদি করি কৌই ?

—বোরাজাও কৌই। মপুকসু য়াম্না ফৈ। ঐবুসু মানা মচাগুম্না লুনা তৌবী।

—মাগী মুপী অদুগী মমিংদি খঙব্রা ?

—খঙই। মুংশিতোম্বী কৌই।

—মথোয়গীদি মচা কয়া লৈরে ?

—মুপা, ঐগী ইয়াম্বা অমগা ইচল মুপী অমগা অনি লৈ। অহল্লা মথোয়বু খঙব্রা ?

—উম ! থঙই । মথোয়দি য়াম্মা সুংঙাইনা লৈত্রা ?

—সুংঙাইবদি সুংঙাই । অতুবু অঙ্কল ! য়ুম অতুদা কা অমা লৈ । মীদি কনাসু লৈত্তবগুম তৌই । ফমুঙসু লৈ । লাইরিক পাফম, এঃ ! করি করি য়াম্মা লৈ । সুমিদাং খুদিং ইমাতুনা ইবুংঙো তুম্মো হায় । অয়ুক খুদিংসু কৌতুনা হৌগংলো অতুম হায় । করিনো হায়রবদি ঐনদি থঙদে । হংবসু অমুক চৈগদরা কিবা, অতুনা হংবসু হংদে । ইমা অতু কপ্পগুমসু তৌই । অতু নত্তবা অতৈদি করিসু লৈতেদা অঙ্কল !

য়াম্মা চমজবা নিংথরগী মতৌতু উরগা মানা থুম্নক হায়রক্লিবতুদা সুপা অতু থাজবা পোকপগুম তৌই । মতৌতুদা নত্তবা রাখল চেন্নম-গদবসু মান্দনা উই । মাগী রারীদগী সুমিং কয়ানি চাফম-তুমফম থঙলক্লে, হায়বসু থঙলে । সুমিদাংগী চাক চানবা মতমতুদা মথোয় অনি চামিন্নবা থৌরাং তৌর । অরাম থৌরাংবনা চোকথরবা পাখঙ অতু হাওশম শেগায়বদা কুয়া নম্বগুম্না হাপ্লিমখৈ ওকপা নাইদে। য়াম্না লাম্না হাওনা পাখঙতুনা চাবা উরগা সুংঙাইবা অমা য়াওনা চাক-য়েনশাং হাপ-হাপতুনা পীজে । অহল অতুদি মখুং থাতুনা মাগী মকো য়েংলি । চাবা-থকপা হেক লোইবগা কোন লিক ফেংদোক-চামথোক্লবা নিংথরনা হোংনৈ । সুপা অতু করিমতা হায়দে, তুমিন য়েংতুনা অতুম লৈ। কোনশিক অতু থমজিল্লগা নিংথরনা সুপাতুদা মাগী মপোং-মচৈ হংই । সুপাতুনা হৌগৎলগা নিংথরগী পোং-চৈতু কুপ্না য়েংই । চিংন-নিঙাই ওইঘা করিমত্তা য়াওরমদবতুদা মঙোন্দা শিমৈ । হংলকই,

—পাখঙ ! নঙনা পুরিবা খুংগু-খুংলাইশিং অসিবু শিজিন্নবা হৈত্রনে ?

—উম ! হৈ । অতু—অঙ্কল ! ঐদি অয়ুক অঙনবদা সুমিং খুদিং শামৈ । হয়েং অয়ুক ঐনা শান্নবদা মী অতৈনা শাওরক্লত্রা ?

—শাওরোই শাম্নো । নঙ লোম্না চেনখিগে থনগনু । অতুম তৌরবদি নঙ খুদোংথীগনিকো ।

—চেল্লোইদা অঙ্কল ! মতুনা ঐঙোন্দা করি কান্নগদ্রা ?

অহল অতুনা অতোপ্পা অমা কোরগা ৱা থর হায়। মাগী হিপক্কম শেম্মতুনা ৱারী শানা শানা নিংথর হিপ্লে। মুমিৎ কয়ানিগী থোঙচল্লা চোকথরবা পাখঙ অতু কোবা তাদবমথৈ তুমথখ্রে। ফি অমা শুপচিন-বীরম্লগা অহল অতু থোকখ্রে।

য়েন্না থোন্থাং য়ৈনা থোংলকপগা লোয়ননা নিংথর মিপক থোক্লে। অহিংতুমদি মা নিংথিনা তুম্বা ফংজরে। অতুবু মিকপ থোক্লকপদগীদি শকথঙদবশিং অতুনা করি তৌরক্কদগে খনবদা লৈতাফম খঙদে। পুম্মম মম্মী। করিগুম্বা অমত্ত উদে। ফনা কুইনা ৱাখল খন্দুনা হিপ্পী। মানা অতুক ৱানা হোৎনজরিবা অতু মরাইবক্তা করি তম্মমগদবা খল্লি। লমগী উচেক-ৱাম্বাশিং থোংলক্লে। ৱাচেংকী থোঙ অমসুং ফক্লাংগী অহোবা লিং-লিংতুনা কোরৌগী মঙাললা ইমুঙগী অমম্ববু থর থর ইন্থোকখিবগুম তৌরক্লে। নিংথর হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোক্লে। কনাগুম্বা অমত্তা হৌগৎনবদি উদ্রি। মমায় মমিৎ ত্তাথোক্লে। হৌনবী মফি-মরোল শেৎচিল্লে। মাগী থাঙশাং অতু পায়তুনা শুমাঙ অতুদা থোরক্লে। করিগুম্বা চিংনবা ৱাখল অমত্ত লৈতবগুম্মা লাউ-থোংতুনা শাম্নরি। মানা তৌরিবতু মফম অতুবু ঙাক-শেল্লিবশিং অতুনদি চেক-শিন্না য়েংলি।

তুম্লম্বশিং হৌগৎনরক্লে। ইকোয় কোয়না য়েংনৈ। অয়ুক্কী মেঙ-লবা, ঙাঙলৈনবা মুমিৎকী মশেক মঙাল মরক্তা পাখঙ অতুনা থাঙশাং ছাইতুনা শাম্নরিবতু মিংফম হোংদবমথৈ য়েংনৈ। কনানা থাগৎতুনা লাউরকপসু য়াওরি। অহল অতুদি ইমুন মুনবগু তৌখ্রে। শাম্নবা হেক লোইবগা নিংথর মোমোন নোক্তুনা অহল অতুগী মনাক্তা চঙশিল-লকই। হরাওনা মনঙন্দা পোপ পোপ ফুই। মনাক্ত ফমহল্লি। পীঞ্জ-পীথকই। হায়রকই,

—পাখঙ! নঙ ঐগী ইনাক্ত মুমিৎ থরনিদং লৈয়ুদনা। 'সিদা লৈরিবা ইনাওশিং অসিবুসু থর তম্বীরমউ।

—অঙ্কল! শাম্নমিন্নবদি য়াবনি। অতুবু তমগী বাব অমদি ইমানা ঐনা ইনে থিনবগীদমক মুমিৎ তরামঙাথক্কী মতম পীবনি। মুমিৎ

জরাঙ্খদি চংশিল্লমগনি। হায়নবা শোয়রবদি ঐবু হায়বা ইন্দে থন্দুনা য়াম্না শাওবীগনি।

—নঙ করিম্নু ম্নুংশা থীরুগম্নু। মথোয়না শাওদনবা ঐনা ফজনা হায়বীগনি। মথোয় শোইদনা হরাওগনি।

কাল্লে ফুই, কান্দ্রে ফুই নিংথর হায়ফম তৌফম থঙদ্রে। মুমিং মিনিথক্কুং শান্নমিন্নগে হায়নরে। লৈরম্লিবা নহ পামজবা থরগা শান্ন-মিনৈ। থঙহৌদে, মুমিং মিনি হৌখ্রে। নিংথর চৎলগে হায়জবম্নু ঙমজদা য়াম্না ৱারে। খ্রো খ্রো খোৎতুনা থাঙবা হায়বহু য়োরে। মানা য়াম্না চংনিঙবগী খোম্নরাংবা মতৌহু উরগা অহল অহু মুংঙাইরক্ক মানে মুমিদাংরাম্নরম অহুদা নিংথর অমদি নহাশিংহু কৌশিল্লে। অহুগা নিংথরদা হায়,

—পাখঙ! নঙ য়াম্না চংনিঙলে। ঐ থঙই। ঙসি মুমিদাং ঐখোয় পুন্না মুংঙাইনা চাক চামিন্নরসি। হয়েং অয়ুক নঙবু থিন্দোক-পীরগনি। অহুনা নঙনা লম্পাক্ত লৈরিবা য়েনবা খ্বাইদগী চাওবা অনি অসি অনিরক্ক কাপ্নদা হাংকেম্না নত্রগা ফাগেরা তৌ।

অহল অহুনা য়াম্না লুনা থমজবা য়েনবা ঙাক্তনি। মতমহু য়েনশাং-ীদমক থর রাবা মতাং অমা থোক্তুনা অতোপ্পা পীজনিঙাই লৈতে। মরোমদম্নু পাখঙ অহুগী হৈ-শিংবা অহুম্নু য়েংনিঙই। লৈত্রগা মচং ায় হায়নবগুম মুমিদাংগী চাক্লেন অহুগী য়েনশাং য়েনবা অনি অহুদা চাখ্রে। নিংথর মাগী লীরুংহু শায়রোংগী লীরী পানশিল্লি। অরুম্বা াক্ল অনি থল্লে। চেং থর অহাঙবা য়েংতুনা চাইথোকই। য়েন ময়াম চনশিল্লক্লুনা চারি। শায়রোং অহু মক্ষ হাপ্লগা মচিন্না 'ক্র-য়েং' ়াউনা খোংই। য়েনবা অনীহু মানা খোংলিবা অহুম্না খোংই। য়নবী য়েম্নাওশিংহু মরুম মরাং তম্না চেনশিন্দুনা লোৎনৈ। মঙক থাঙ্গৎ-ুনা, চেপ্না নোংথক্কা য়েংলিবা য়েনবা অমা মকোক্ত শায়রোং অহুনা াই। মকোক্তু লৈবাক্ত য়ুংশিল্লগা মশাহু কোম্নলৈ লৈ। অতোপ্পা য়নবা অহুনা ঙাওরবা য়েন অহুগী মনাক্ত চেনশিন্দুনা খোম্হোক অহুমক

খোংলগা মঙক ফন্দোক্তুনা য়েংই। মতুমস্তু কাপ্লে। য়েংলিবশিংদু মথৱাই তানা নোকই। খুবাক খুনৈ।

সুমিদাং অতুদা মথোয় ময়াম হরাও সুংঙাইনা চামিন্নরে। নিংথর, অহলদুগা ফমিন্নদুনা ৱারী শানৈ। মৈথেং উপুগুম্বা অপীকপা য়াম্না চেকশিন্না য়োম্বা পোৎয়োম অমা নিংথরদ পী। অদুগা হায়,

—ঐনা পীরিবসি নঙগী ভমগী বাবাগা ইমাগদা পীয়ু। নঙগী শরুকস্তু য়াওরিবনি। য়াম্না চেকশিন্ন পুগদবনি। মথোয়গী মথুং য়োৌত্রিবা ফাওবা হাংদোক্লোইদৌবনি। সে! অইবা চে অসিনা নঙনা হয়েং থুংগদৌরিবা খুল অদুগী খুল্লাকপদা পীয়ু। মানা নঙগী নত্তেং পাংবীগনি। করিগুম্বদা ঐথোয় অনি উনবদা নঙ ঐবু শক খঙগদ্রা?

—উম! খঙগনি। অঙ্কলনা হায়বা খুদিং তৌগনি।

পুক্রিঙ শেংনা মশানা মশাবু থাজবা মীদি মাগী লাইবক্ত লাইনস্তু লেপ্পী। মহৌশাগুম, মহাক্তী হৌনবী লোইশিল্লে। চাক থর চারে। চয়োম য়োম্লে। অহল অতুনা লফোয়-য়েরুম থর হাপ্পীরে। মথুং শোক্লুনা কায়নরে। থরনা নিংথরবু থিন্দোকপীরক্লে। ফনা শাংনা থিন্দোকপীরক্লে। মানা চৎকদবা লম্বীদু নিংথিনা তাকপীরম্লগা মথুং শোক্লুনা মথোয় কায়নরে। অৱাবা পুন্নমক্ত কাওথোক্তুনা নিংথর মনেগী ৱাথলদা খুলদু পাংলক্লে।

# ৮

# লৈরক অমা শৈশক অমা

পামদা থবক রানা শুরুবগী হল্লকপশিং, ঈশিং শোকপা হল্লকপা লৈশাবীশিং, চোং-ফন্দুনা শান্নরম্বা অঙাংশিং নিংথরদা মুনা মুনা য়েংনৈ। অহল অতুনা তাকপিরকপা খুল্লাকপা অতুগী য়ুম মানবা য়েং-য়েংতুনা খুল অতুদা লেপ্পুনা চঙশিল্লি। মুপা অমনা খুদোম্বী থিন্দুনা তারুকপা য়ুম অতুদা চঙশিল্লে। খুল্লাকপা-খুল্লাকপী অনিতু নহানি। শিন্নরকপা চে অতু মঙোন্দা পী। য়েংলগা নিংথরবু ফুঙ্গা অতুদা কৌ-শিন্দুনা ফমহল্লি। মতৈ-মনাও অনি করিনো ঙাঙনৈ। নিংথর করি হায়রিবনো খঙদে। 'জেমস' হায়বদি য়াম্না তোম্বনা পল্লি। মানা থল্লি—লৈহৌরিবা অহল অতু জেমস কৌরম্বা তাই। তাংখুলগী য়ুম অমগী চৎনবী ইমুঙ অতুদদি ইউ-উদে। নিংথরনা তরাচৎপী অহুমথক মুপী অতুদা চেং থরগা য়েরুম থরগা পীয় হায়দনা পী। মুপী'তু নোকফেং-নোকফেং তোরগা পৈশাতু লৌই। হাইফেং য়েংলগা খুল্লাক-পনা হংলকই

—করি তৌগে হায়বনো ?

—ঐদি হয়েং য়াম্না ওন্না অয়ুক্তা চংকনি। অতুনা চাক থর চারগা চৎনিঙবনি। অতুগা লম্বীদম্ চানিঙাই য়েরুম থর পাম্বনি।

—নঙদি কনা খুন্দা থুংগে হাম্নবরা ?

—সোরা খুন্দা থুংগে।

—করি তৌগেরা ?

—ঐগী ইনে অমা লৈ। মাবু অমুক্তং উনগে।

মুপা অমা চঙলকই, চিবোন-চিবোন তৌনরগা নিংথরদা হাইফেং য়েংলম্লগা থোকখি। ঙাইহাক লৈর থর অমুক চঙলকই। রা থর মুশুক মুশুক ঙাঙনরগা থোকখি। চঙসক্লিবা কনা অমত্তনা মঙোন্দা করিগুম্বা অমত্ত হায়রম হংলমদে। নিংথর মতৌতুদা ইচিং চিংনৈ। মপোৎ মচৈ নিংথিনা লোইশিল্লগা ফুঙ্গা মনাক্ত লৈবা উকক্কী ফাল অমদা তুমিল ফম্মী। তঙাইফদনা মশ বু চেক্‌শিন্দবা য়াদবনিনা উদশিন্না মিংলাওবী, চাদশিন্না চথোম চাও হায়নবগুম খঙশিন-উশিন্নদবা শাহুনা ফম্মী। করি তৌরক্কদগে হায়বসিমদি থল্লি-য়েংই। মুপীতুনা চেং থর পুথোক্তুনা চাক থোংবীরে। থর চারগা নিংথর হিপ্লে। মুমিংতু মহাক শান্ন-খোৎনবগী রাথলকা চঙদ্রে।

ছৌনশানি—মৌরা ফত্তবা শিবা ঙাইবা, মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা। থুলহুগী মীশিংগী চৎন-লোনচৎ খঙদবনিনা নিংথর ইচিংদ-চিংনৈ। লোন-লীগা তিন্নদ্রে, থল্লু-থল্লুরগা মপুক্লিঙ লৈতানা তুম্বা ঙমদ্রে। মফম অতুরাইগী চৎথোক-চৎশিনগী লম্বী মুন্না খঙলম্লবদি মহাক মফম অতুদা পন্দুনা লৈরম্লোই। উচিনা চেন-চোংবগী মথোল তাবদা ফাওবা মহাক মপুক্লিঙ লৈতাদরে। রারবস্মু রানা নোংঙানবা ঙাইবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈতে। ঙাইবা হায়বসিমস্মু অরাব-শিংগী মরক্ত অমনি। তোচ কাপ-কাপতুনা ঘড়ী য়েংবদা রাথল অমদি মমিং চোকথরে। নোংয়াই চবুক থিত্তং ছেক লাল্লকপগা হৌগৎতুনা মমায়-মমিং তাথোক্লে। মুপীতুনা পীবা চেং থরহু চফু মচা অমা লোৗ-থোক্তুনা থোঙ্গংলে। মপোৎ-মচৈ নিংথিনা শেমজিল্লে। ঙাইহাক্কী তুংদা মুপী অতুস্মু হৌগৎলক্লে। মানা শা মতুম থর পী। মাগী ইঙ্গিত য়েংলগা চফু অমা লোথোক্তুনা ফুংকংলে। শান্ন-খোৎনবক চঙদে। থুনা মফমহু থাদোক্লবা হোৎবনা মাগী লাইনিঙ ওইরে। চাক থর চারে। থরনা অফুৎপা শা মতুম অমাঅনিগা য়োমশিল্লে। মুপীতুনা পাখঙ

অহুনা তৌরিবা য়াম্না চংনিঙবগী মতৌহ্ উবদা খুল্লাকপহ্ হৌদোক্লে। নিংথরদা মানা চৎকদবা লম্বী অহ্ তাকপীরে। নোংঙাল্লকপা উবদা নিংথর মপুক্কিঙ ইরুম লুম্বগুম তৌই। মপোৎ-মচৈ শেম-শাহুনা মখুৎ শোক্করম্লগা খোঙশানবা হৌরে। খুলহ্ তুংগইনরম্লে। মহ্ মমান থর খিঙজবগুম তৌই। মশাহ্ লুক্রাকমুক য়াংনা মুংশিংকী মাঙ থান চেনবা ঙমজগদবোই নিঙই।

নপচোবগা নপচোবগা, তিঙ্গোবীগা তিঙ্গোবীগা, মচু মান্নবা উচেক্কা পুন্না চাক্কামিন্নৈ। মুমিং তাগদৌব ফনা য়াম্না রাংলিঙৈদা খুল অমদ থুংই। মুপামচা অমনা খুল্লাকপগী য়ুম তাক্লম্বগা চংখ্রে। পাখঙ অমা ইমুঙদগী থোক্লকই। মুন্না য়েংলগা য়াম্না থাজদনা লাওরকই,

—হাই! নিংথর! কদায়দা চৎপনো নঙদি?

মাবু উবদা নিংথরনস্থ ইঙক ঙক্লা 'জোসেফ' হায়না কৌবোই-খুম্বোই লাওরকই। চঙশিন্দুনা মখোয় অনি মখুৎ শোক্কহুনা কৌন্নে। মাঙ্গোলদা কাখৎতুনা ফম্মিন্নৈ। মচল মুপী কৌহুনা চানবা উহৈ-রাহৈ পুরক্কবা হায়। নিংথরনা খুল্লানবগী মরম তারগা জোসেফনা হায়,

—নঙসিদি অঙাওবনিনে। তম্পাক্ত লাইহৈরিক তম্মিন্নবা মতমদা ঐঙোন্দা হায়রবদি ইরায় লায়বনি। কদায়দগী—নঙনা চংপহুদি চগোৎত চন্দোল লাম্ব'নিনে। অসঃ রাগনি। হোয়! অহুবু করিস্থ নত্তেদা। থঙদবা হায়বসিদি উদবগুম্বনি! হয়েংদি ঙস্তানা সোরা খুলদা থুংগনিদা।

—হাইস! জোসেফ! ঐনা চংপসি রাবদি রাই-য়ে। পুক্কিঙস্থ য়াম্না রাবনি। অহুবু মুংঙাইবস্থ মুংঙাই। পুন্সিসিদা অমুক হন্না থোক্কনি হায়বদি নিঙক্রে।

মচলমুপীনা লফোয় লফাং অমা পুথোক্কুনা পী। ঈশিং অশাবা কপ অমা "ইবুং থকউ" হায়হুনা পী। নিংথরগী মরমদা থরগী মথৈদি থঙজবা জোসেফনি। মপোৎ-মচৈশিংহ্ জোসেফনা ইমুঙদা পুশিল্লি। নিংথরবুস্থ ইমুঙদা কৌশিল্লি।

লৈশাবী অহুনা ইরুজনবা ঈশিং অশাবা পী। চংনবীনি—মরূপ-মপাং, মরী মতানা খুল্লানবা লাকপদা অরৈবা শা-য়েন খোং-থাক্কুনা

পীক্ত-পীথকপা, মচিন-মৌপ,া শিল্লাওত্তুনা হোৎনৈ। শকথঙদবা অমা লাকই তা-নবদা পাখঙ খর লাকই। শক তাক্লুনা জোসেফনা খঙন-হল্লি। পাথঙশিং অত্তুনদি য়ুম য়ুমদা চৎতুনা পাথঙ লৈশাশিংগা শক-খঙনরুসি হায়। অত্বু মাগী শান্নবগী মতম য়োরকপতুদা নিংথরনা য়াত্রে। মখোয় জোসেফনা লৌবা নিংথরগী রারী তারগা য়াম্না মুংশিবা মরুপ অমনি লৌনৈ।

মুমিদাংগী চরা অত্তু মখোয় অনি চামিন্নরে। চাকচা তোকপগী থুং হাম্বা নংদে। লৈশা-পাথঙ ময়াম লাও লাওত্তুনা লাকই। জোসেফকী মচলমুপীদা কৌরগা লৈশাবী অমনা হায়রকই,

—ঐখোয়' খুলদা পাথঙ মপাশা অমা লাকই হায়বত্তু কদায়দা লৈ? পুথোরকউ ঐথোয়গা রারী শানগে।

মখোয় ময়াম হৌতুনা অমুক নোকই। অমনা অমুক নিংথরদা হাইফেং য়েংলগা হায়রকই,

— মপাশারা হায়রগা, অসি পাথঙসিদি উচি মচানা ঈশিংদা তারগা কাথৎলকপা মাল্লে। তাংখুল পাথঙ মান্দে। তমগী মরৌ তৌবা পাথঙগুমইনে।

নিংথর তুমিন লৈ। নোক্লিঙবনদি লোইরে। অমনা অমুক হায়,

— তুমদবা মীদি হৌদোকপা লুই হায়বা রা লৈবনি। কান্নদেদা, ঐথোয় ময়াম্না মাবু থাংতুনা পুরগা লম্পাক্ত কুশ্মে শাসি (তৌসি)।

জোসেফনা থঙলাও লাওরকই,

—লৈশাশা! করিনোনে নথোয়না তৌবসে? ঙসিদা লাকপা থুল্লানবা মীদা পঙাঙ ঙাঙই।

— মুমিং খুদিং লৈবা ইবুংদা ঐথোয় করিমত্ত হায়দে। ঙসিদা লাকপা মঙোন্দনি ঐথোয়না হায়বসে।

— অত্তু করিগীরানে?

—অত্তুবুরা—? ঐথোয়গী খুল অসি ইবুং অসিনা মতম কুইনা কাওদনবনি।

মখোয় ময়াম হোৎনা ইমুঙ অদু পোকথাগদবমথৈ নোকমিন্নৈ। নিংথরনা থঞ্জৈ—মানা মমাঙগী অহিংদা থুংলম্বা খুল অমম্তুং থুংলরিবা খুল অনিগী থেন্নবদু। লৈশাবীশিং অদুনা তৌরিবদু উরগা ময়ুমদা লৈহৌরিবা মচলম্বুপী অনি'দু নিঙশিংলকই। লৈশাবীশিং অদুদা হংলকই,

—ইচলশা! খুল অসিস্তু অদুগা লৈশাশিং নখোয়স্তু ঐনা কাওদনবা ওজা লৈশাশিংনা ফজনা তাকপিরে। অদু—, ঐনদি ময়ামসিনা ঐবু কাওদনবা করি তৌগনি?

—অদুম্না ঙসাইনা ইবুংনা রা হায়রবদি করিগী ঐখোয় পঙাও ঙাওগনি? ইবুংনা খুল্লানবা লাকপগী রারী অদুনা ইবুংবু ঐখোয়না মতম কুইনা নিঙশিংবা ওইগে। তাংখুল লৈশাশিংগী চংনবীদি ইবুংস্তু থঙগনিদা।

—শঙই। তাংখুল লৈশাশিংগী য়াম্না চমজবা মীনুংশি চাওবা পুক্রিঙ অদুদি ঐস্তু কন্নিগী থঙদগনি।

নিংথরনা খুল্লানবগী মবম অমম্তুং মানা থেংনরকপা অন্না-নুংঙাই কয়াদু রারী লীদুনা তাহল্লি। মখোয়নদি পুক্রিঙ চঙনা নুংঙাইনা তারি। অদুবু মাদি, চাকচা তোক্লকপদা মৈগী মৈনিলনা য়ৈবগী মুন্থরকপগা, মাগী তুম্নবগী মতম য়ৌশিল্লকপগা ফম্বা ঙম্লক্তে। তুম্নগে হায়বস্তু ঙমদা. য়াম্না রানা থাঙলে। উচিন নাচিন্না রারী লোইশিল্লে। মাগী মতৌদু উরগা লৈশাবী অমনা হায়,

—ইবুংস্তু লমশাঙ লাকপগী রারগনি। পোংথানবা তৌহনসে। ইবুংগী রারী তারগা য়াম্না নুংঙাই, নুংশিবস্তু নুংশি। মুমিং থর ঐখোয়' খুলদা লৈথিসি। ঐখোয় লৈশাশিংনা থোংবা চাকয়েনশাং হাওবরা য়েংখোদনা।

—ঐনা ঐগী ইনে উনবগী পাউ অদু ইপাদা তম্নগা ইচলশিং অমদি মরুপশিং উনবা শোইদনা লাক্কে। জোসেফস্তু ঐগা লাইরিক তম্মিন্নবনি। ঐখোয় অনি লাকমিন্নগে।

অস্তুম্না রারী ঙাইহাক শানরগা কায়না রাহৈ হায়না—থুম্নদুনা কায়নরে।

# ৯

# কৈনবু তোকপা পোকপরা

অঙনবা অয়ুক অতুদা নিংথৌ মাগী মরুপ অতুগা চামিন থকমিন্নরে। জোসেফনা মাগী মরুপ থৌরগা নিংথৌবু থিন্দোকপা থোক্লক্লে। ঈশিং শোকপা লাকপী অমস্তুং হল্লকপী লৈশাবীশিং অতুগা মথুং হাইনা হাইনা খুল অতু থাদোক্লম্লে। ফনা শাংনা, মুমিৎয়ুংবা মতম ফাওবা মাবু থিন্দোকপিরক্লে। মথোয় চয়োম থোক্কুনা চামিন্নরে। জোসেফনা চৎকদবা লম্বী অমস্তুং থুংগদবা খুল মথুং থিন্দুনা নিংথিন' তাকপিরে। মথোয় কায়নরে। মানা হোৎনজরক্লিবা অতুগী মহৈ ফংলগনি হায়বগী রাথলদা নিংথৌ মুংঙাইজবনা মথুম মরাঙ হৌখ্রে। অরাবা ফাওদ্রে। মমাঙদা উরিবা হাইফেৎতি চাওবা লোক অতু লাম্থোক্লবদি ইকুই কুই-দনা থুংবা ঙম্লগনি খঙলে। ঈশৈ ঙংলতুনা চৎলি। খুৎশিং-খুনাম্থোক মুঙতুম অমা থক হেক কাওকরে। মুঙ অতুনা ওস্থবোই চেম্থবোই উচি অমা লুমতুনা লৈরিবা লিন অমদা থেংবগুম তৌরুরে। লিন অতুনা খংবগী তাঞ্জা লৌতুনা উচি অতু চেনখ্রে। শাওরবা লিন অতুনা মমৈনা কৈদি কোল্লগা মঙক রাংনা থাঙ্গৎতুনা মকোক পাকথোক্লগা নিংথৌদা শংত্রিক য়েংতুনা চোংশিল্লক্কদবগী তৌরিবতু থংউ উরক্লে। শেম-শাবা নংহৌদে। পাইবগুম্না চোংশিল্লকই। মানা পায়রিবা লীরুংতুনা ঙাকপোই-ইনবোই তৌতুনা থৈদোকহৌরে। অঙম্বা লম্বী অতুদগী

লিন অতু অমুকস্তু চোংশিল্লকই। নিংথর উবদা কিরবা অপিকপা থৈরোয় অমস্তু লম্বীগী অরাংবা নাকন্দগী লোকথা তম্না চেন্নবা লম্বীচুদা চোংথরকই। লিন্দুদগী নিংথর লৈথোকহোরে। লিন অমস্তু থৈরোয় অসিতু মকম অমতুদা হেক তাম্লিন্নবে। অনিমক থুনা ফিবম শেল্লে। থৈরোয় অতু তপ্না তপ্না হন্দোক্লগা ফিবম শেমই। লিন্দুনা চোংশিন্নবা তাঙ্গা লুমই। মকোক থাঙ্গৎতুনা লিন অতুস্তু থৈরোয়দা শংত্রিক য়েংই। হুমতুনা লাক্লবা তাঙ্গা য়েংই। থৈরোয়না চোংশিল্লি। লিন্না হুমজিল্লি। থৈদোক্লে। অনিগী লান্দু য়েংবদা নিংথর মুল্লে। লীরুংদা শোতুনা নিংথর ফমথরে। অমনা অমবু লাকশিন্নবা ওন্নদনা ফনা কুইনা লাক্লরক্লে। লিন্দু থর চোকথরকপগুম তৌই। শরক য়েংতুনা থংহুম হুমতুনা থৈরোয়তু লাক্লবা লামই। থৈরোয় অতুস্তু হাইফেৎ চোংথংখিবগুম তৌই। লিন্দুনা থৈরোয়তু লাকখিবগুম্না উই। নিংথর ফুক হৌগৎলি। ভাইহাক লৈবগদি লিন অতু মকোক ঈনা পুমঙাং ঙাংলক্লে। শাংলব মশাতু থরো থরো লৈমায়দা ওল্লক্লে। মচিল অমদি মকোক ঈনা পুনতৈ তৈরবা থৈরোয়তু মুংশা থবেং থবেং হোন্দুনা কোইরু কোইরু য়েংলম্লগা অঙম্বা চীঙথাবোমদা চোংথতুনা চেনখ্রে। নিংথর মুংশা শোর শাংনা হোন্দোক্লগা লিন্দুদা য়েংই।

য়েরুম লংফোয় লৌথোক্লগা চানা চানা চংলি। পংপাক্তি পাক্লবা, ইকোক কোকপা লম্বী অতুগী মতুংইন্না চেন্না চেন্না লোক্তু তম্না কুমথরকই। মুমিংনা কোকতোন লৈথরকপা মতমতুদা মপোং-মচৈ থমতুনা লোক্নী ইঙলবা ঈশিং অতুনা মমায়মমিং শেংনা তাথোক্লে। মনে শোইদনা উনজরগনি থনবদা নিংথর হরাওবনা লুতোন থুমলে। রাখিবা 'পুম্বা কাওখ্রে। থুলহু তম্না চংলিবা লম্বীচুদা কাখৎলক্লে।

তপ্না তপ্না কোরৌহনবস্তু মশেক-মঙাল 'পুম্বা ভাশিন-খোমজিন্দুনা লোংচুপ চীঙদোন মরুমদা লৈথরক্লে। উচেক রাম্লাশিংস্তু মকোন মায়কৈ তম্নরক্লে। গীর্জ্জাগী থোন্থাং মৈনা মেংলবা শরিকী থোঙ্গেল তাবদা মকম মরাঙ থঙদনা মুংঙাইবা ঈথক্লা থুমহৎখিহুনা নিংথর শোর ফুল্লি।

মপুক্কিঙ থংমুং মুংশিরকপগুম তৌনা মিৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই থঙহৌদনা, মহাক্কী মুংঙাইবা রাথলবু থুগাইরক্লিবা খোঞ্জেল অতুগী মাইকৈরোমদা য়েংশিল্লুই। উই—মশা মউ ফরবা নোংমৈ পায়বা মুপা অহুম। অনিনা পাবোৎ লোন্দুনা চাওরবা শক্তি অমা পুরি। নাইতোম চৎপত্থুনা হায়রকই,

—হে পাখঙ! ননা পান্দ্রা? কদায়দা চৎপনো হংলগা নঙনা খুমদবদি করিগীরা? অকনবরা?

—তাহৌদ্রে, শাওবীগমু। ঐ খুল্লানবা লাকপনি।

—করি খুন্নো?

—লৈসিফুংনি।

—করিগী অতুক লাপ্না খুল্লানবরা? নঙগী মুংশিবী থিব্রনে? মখোয় অহুম অতু য়াম্না উশিৎতনা ফাক ফাক নোকই।

—নত্তে। ঐগী ইপু-ইবেন উনগে হায়বগী লাকপনি।

নিংথরগী মপান্থোম তাপ তাপ পায়রগা নাইতোম চৎপত্থুনা অমুক মথা তারকই,

—নঙগী নশাসিদি ফৈহে। ফুত্থুনা শান্নবা মুংঙাইগদবা মাল্লিনে।

—ঐদি মীগা থৎনবসু হৈতেদা। নখোয় শাওবীগমু। ঐ মাঙ থর থারমগে।

নিংথর পরপ পরপ চৎথংলি। মখোয় অহুম নোকুনা লাকহৌই। 'চাওখৎলবা মতম'সিদা অকনবা শাবসু লৈবমানে'—নিংথর মথন্তু শোল্লে। মল্লি-মল্লি তৌরকপা মতমদা খুলতুমক্তদা থুংলে। অঙাংশিংনা খুল্লাকপগী য়ুম তাকপীত্থুনা মতু তম্না লাক্লে।

মুপামচা অমা চোং চোংত্থুনা য়ুমত্থুদা চেনশিল্লকই। হংলুবদা খুল্লাকপগী মচা ওইরম্লে। অঙাংত্থুনা নিংথরবু ইমুঙদা চঙহল্লক্লে। মপাদা খুল্লানবা মী লাকই তাকই। মপাগী লেঙ্গা ওইনা তৌবা খুল্লাকপা অতুনা নিংথরবু কৌশিন্দুনা ফুঙ্গা মনাক্তা ফম্মিন্নে। মচামুপী লৈশাবী চাক থোংলম্বী অতুনা ঈশিং অশাবা কপ অমা থক্নবা নিংথরদা পী। মপোং-মচৈশিংত্থু থম্লে। অহল অতুনা হংলকপগী পাউথুম

ওইনা মানা খুল্লাল্লকপগী মরম হায়রে। মথা তানা মাগী মপাগী মমি ময়ারপিং কৌই হায়রকপত্দা রারী তাত্না ফম্লিবী খুল্লাকপী অত্ মমি মনা চপ য়ুংনা পাখণ্ড অত্দা মুন্না য়েংই। মপুক্লিঙনা চঙনা নিংথরন মথা তারকই,

—ঐনা অঙাং ওইবা মতমদা ইপানা মুমিৎ খুদিং ইনে অত্গী রাখলদা কপত্না রারী শাবনি। অত্তুং ইনেগী খোঙ্গুল লীত্না ফংবা ঙম্নবদি ইপাগী নিঙবা থুংহনবা ঙমগনি খন্দুনা লৈবকপনি। হৌজিক্তি পাখণ্ডস্ ওইরবনিনা ইনে অত্ ফংবা ঙমত্রা য়েংগে হায়ত্না খুল্লানবনি।

খুল্লাকপীত্না তপ্না হংলকই,

—নঙগী ইনেগী মমিংদি করি কৌই হায়বরা?

—নিঙশিংলা কৌই হায়, ইপানদি।

খুল্লাকপী অত্না খোঞ্জেল নিক্না হংই,

—নঙগী ইপা'ত্দি হিংলিবরা?

—উম! হিংলি। মচলমুপীগী খনবদা খরদি শোনবগুম তৌরে।

খাঙবা ঙম্নক্ত মানে, খুল্লাকপী'ত্ মিৎলু পিরাংনা থুমহৎলক্লে। মখুৎ অনিনা মমায় খুয়্নগা খোঞ্জেল খোক্লা তেংথারকই,

—"প্রহো যিশু! ঐনা পুক্লিঙ শেংনা নঙবু নিঙজরকপগী মহৈত্ ঙসিদি নঙনা ননাইদা পীবীরে। ঐগী মুংশিবা ইবুংগী মপাও তাবদি মুংশিখোইবা প্রহো, নঙগী নশেক-নঙাল পীবীবনি। নহানমখৈ ইনেনদি মুপী ওইবনিনা মুংশিবা ইবুংগী খোঙ্গুল লীবস্ ঙমদবা, লাইবক ফত্তবনিনা নঙগুম্না অচৌবা ইচামুপাস্ লৈতবা, অত্ মরম্না পুক্লিঙসিনা মুংশিবা ইবুংবু নিঙশিং নিঙশিংত্না মুমিৎ খুদিং প্রহোবু নিঙজবা নত্তনা করিস্ পাঙ্গল লৈতবনি।

খুল্লাকপীগী মতৌত্ উরগা মনেনি হায়বা খঙলক্লে। থম্মোয় লকা মুংদগী খোক্লকপা শেংলবা মুংশিবগী ঈফুৎনা নিংথরগী মিৎলু অনিদা ঈচেল নাইনা পিরাং শিম্থরক্লে। হায়রকই,

—ঐনা রানা খিরকপা মুংশিরবী ইনে অদু নও ওইরম্লবা ! ইপান্নী নিঙবা থুংলে।

খুল্লাকপী, ফম্নবদগী হৌগৎলক্তুনা মবুংনা অঙ্গাং ওইরিবৈগী মায়থোং মানবা ময়াগী মিংলু পিরাং তৈথোকপী । হায়রকই,

—কপকন্নু ! নোংশা মানবা নওনা কপ্পা হৌনদে ।

—ঐনা কপ্পসিদি মুংঙাইবগী কপ্পনি। ঐগীদমক থনবদা ঙাওদুনা চংখিবা মুংশিবা ইবুংনি। থৌনা লৈবনি। কৈনবু তোকপা পোকপা হৌনদে, কপকন্নু।

অনিদুগী মতৌ উবদা ইমুঙগী মী পুম্না হিক হিক কপ্পরক্লে। লৈশাবী অদুনা ফি-রোল অমসুং ইরুজনবা ঈশিং অশাবা পীদুনা নিংথর ইকুজবা চংখ্রে। খুল্লাকপীনা মচানুপাদা রা থর হায়। অঙাং অদু মঙক লোয়্লগা চেনখি। মপা মচা অহুম চিবোন চিবোন রা তাই।

ইকজকরগা হক্সিল্লকপদদি ইমুঙ অদু হন্নুবা-হন্নুবী অমসুং পাখংচৈশাবী ময়াম লৈরম্লে। নিংথৱ ইঙক ঙক্না য়েংই। হান্নগী ফমফমদা চঙশিন্দুনা ফম্মী। নোশাগী মওংগুম উরবা পাখঙ অদুদা ময়াম পুম্নমক্কু মিংফম অমত্ত ওইনা য়েংনৈ। মনে অদুনা মাবু মখুৎ পায়দুনা চিংলগা শক তাকই—“অহল অনি অসিনা ঐবু মনমদা পোরগা মুংশিনা য়োকপীবকপা ইপাতোন-ইমাতোন্নি। নওগীনা নপু-নবেন্নি।” মপুমবেন অনিনা নিংথরবু কোল্লগা কপ্পী। মপাতোন-মমাতোনশিং অমসুং মনাও-মচলশিং পুম্নমক শকথঙনহল্লে পুম্নমক হায়ফম খঙদনা হরাওংমুংঙাইজরে।

পাখঙ অমা চঙলক্লগা খুল্লাকপগী মমাঙদা শজি মকৈ অমা বোপ থাদরগা য়াম্না উশিং থওইদনা মুংশিনা শানরিবা রারী অদুবু থুগায়দুনা হায়রকই—“ইপা খুল্লাকপা ! ঐনা শজি অমা ফায়। মকৈ অসিম ইপাগী চানবা পুবিবনি।” নিংথরদা মুন্না য়েংই। ফম্লিবা ময়ামদুদা ওনশিল্লগা মথা তায়রকই,—“করিগীরা, শা অপুম্বদা হয়িং ইনবগুম্না ময়াম ইরাঙ লাঙবসিদ্দি ? পাখঙ মচা অমা লাকপদা নথোয় ময়াম্না লাইগুম্না য়েংবসিদি লমগী যম্না মচী শাংই হায়বদুরা ? কনামত্তা

হোয়-মায় হায়নদে। নিংথর খঙলে—মহাক্না থেংনরগ্না অক্না ওবহুনি। থল্লি—মুপাহ্ খুলগী মীশিংনা কি-তুক্কচবা মী শোইদনা ওইরমগনি। মানা কল্লক থগ্নবা অমদি ইমুঙ অহুদা লৈবা তাই। মহু ইমুঙহুগী লৈশাবীহু ওইরমগনি নিঙই। মা তুমিন অহুম ফম্মী। মপাতোন অমনা হায়রকই.

—সোমী ! মীওইবা হায়বসিদি মুংশিননা লৈমিল্লবা ফজবা রারী শানবনা ফবনিনে।

—'হাইস ! নরাস্থ তানিঙদে।' হায়রয়গা হুৎ লৈথোক্কুনা থোকপ্রে।

হনুবা অহুনা মচানুপাদা হায়—'অপঙবা, মপুক লোম্বা মীদা অফবা রা ওইরবস্ পাউতাক পীরুগমু। মঙোন্দদি অশাওবা ওইগনি। শঙ্গোম পীথরুগা লিনগী হুতমক হেল্লি হায়বা রা লৈবনি।" খুল্লাক-পনা শজি মফৈ অহু থোংবিগত্রা হংই। খুল্লাকপীনা শাওরপ্না খুম্নকই, —'মুংশিবা ইবুংদা পীজবনি থন্দুনা পীজগদবনি। কনানা পীবা করি পোৎস্থ থোংলোই। ঙসাইনা থোংখ্রে। ইপাতোনগী চানবা পীখো।" খুল অহুগী চৎনরিবা ইরাং-ফলাং নিংথিনা খঙলিবা অহল অহুনা হায়-রকই,—"ফরে ! ফরে ! ইচাশা-ইগুশা ! অঙাং অসিমু লাপ্না লাকপনিনা রারম্লগনি। মাবু পীজ-পীথরুবা তোরো। হয়েংদি ঐথোয় ময়াম পুন্না ঐগী য়ুমদা চাক চামিন্নসি। ঙসিদি মুংঙাইবসু মুংঙাইরে।" নিংথর মতম কুইনা মানা নিঙজরকপহু হেক থুংবদা পুম্নমক পুমকাও কাওবগুম তোখ্রে। মনে অহুগী য়ুমহুদা নে তানা পোংথাজরে।

# ১০

# য়ুমদাংবনা কৈনাবা

অঙনবা অয়ুক অতুদা, লৈশাবীশিংগী ফৌশু খোঞ্জেল মবক্ত, নিংথরনা শান্নবগী অমুক অমুক লাউরকপা খোঞ্জেল অতুনা খুঞ্জাশিংবু হৌদোকপগুম থোকখ্রে। ইশিং শোকপা চংলিবী লৈশাবীশিং অতুম্না মুন্না মুন্না য়েংলগা চিবোন চিবোন ঙাওনতুনা চংনখি। মুমিৎ থোক্লকপা মতম অতুদদি খুল্লাকপগী শুমাঙ অতু মীনা চোল্লে। মনাও মুপাশিং অতুদি হরাও-নুংঙাইজবগা লোয়নবা য়েংলি। শান্নবা লোইরগা মানা য়েরুম-লফোয় য়াম্না লিক্লা চাবতু উরগা মনাওশিং অতু চেন-চেন্দুনা ময়ুমদগী লৌরুরগা নিংথরদা পী। পাখঙ ময়াম অমসু লাক্তুনা শকখঙ-মায়খঙনৈ। হরাও হরাও রারী শানৈ। নিংথর মাগী খুলদদি খুন্না খোংবগুম্না তরক তরক লৈবনি। খুল অতুদদি মপা-মতোল অমসুং মচিন-মনাও ময়ামতু উবদা হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইজে।

খুল্লাকপগী মনাওনুপ মপাংথে, সিফাই থল্লম্বা থবক্তগী পোং-থারবা, মী লুবা, মীতিক মীরো থঙগনবা, ঙানপ মথী ঈশিংদা উবা মীদানি: খুল্লাকপনা নিংথরগা শক থঙনহল্লি। মোং হাত্রবা, মুপা-মচা অমা ওইবগী হৈ-শিংবা নিংথরগী মতৌতু উরগা মপুক্লিঙদা মতম কুইনা ফুমতুনা লৈরকপা অনিঙবা অমা পাঙথোকপা ঙমগদ্রা নিঙই।

খুল্লাকপদা হায়—"তাদা! ইমাকন্নুপা অমা হন্দক খুলসিদা লাকপ-সিদি মুংঙাইখিত্রবা 'খুজিন্দা য়ুবা তুম অসি শত্তোকপা ঙমদবা মাল্লি।' 'করিনোনে', খুল্লাকপনা হায়—'নঙগী রাত্নু ঐদি থঙদেদা।' মপাংথৈনা মথা তারকই,—"এ! থঙলগনি। অচৌবা কুম্মৈ অমা য়েংসি।

লৈশাবী, অঙল্লানা চাক চামিন্নবা খুল্লাকপদা হায়রৈ। পাখঙ মচা ময়াম অত্তুস্নু 'চাক চাথোক্লগা শা তানবা চংসি' হায়নত্তুনা লাঙলাঙ-ত্তুনা চংনখ্রে। সোমী মাগী থোঙলোয় অনিত্তুগা লাকই। য়াম্না থৌ-রা শাদনা হায়রকই,—"ইপা খুল্লাকপা! ঙরাং ঐনা ফাগী শাত্তুনা রা পংহায় হায়খ্রে। পাখঙ অসিস্নু কনানো হায়বস্নু থঙদে। ইপা শাও-রয়গনি খন্দুনা শাওবীগনু হায়জগে হায়ত্তুনা লাকপনি। অত্তুগা পাখঙ অসিগস্নু শক থঙনগে।' খুল্লাকপনা শক তাক্লুনা থঙনহল্লি। নিংথর ইথৌ থৌশাদনা মথুং শোক্লৈ। 'শা তানবা চংলুসি', হায়রম্লগা মখোয় চংখ্রে। সোমীদি খুল্লাকপগী শক্তাক রাহৈশিংত্তু তাবদা কল্লক-মিহৌবগী অচৌবা পোংলুম অমমুক থোঙ্গংলকপগুম তৌখ্রে। মথা তানা মপাং-থৈনা হায়,

—তাদা! মখোয়গী মপা-মচাশিং অসি ঐখোয়না খুল অসিদা লৈহল্লুবসি য়াম্না লানখ্রে। কৈ মচা চাওনবা য়োক্লগা মপু চায়, হায়বত্তু তাগদৌরি। মখোয়গী অরাবত্তুদা মুংশিত্তুনা অত্তুক রানা ঐখোয়না মতেং পাংত্তুনা হোৎনরকপনি। অত্তুগা মখোয়নদি হৌজিক শাফরক্লবা মতমসিদা ঐখোয়বু নমথনবা হোৎনরক্লে। য়ুমদাংবমা কৈনাবা হায়বত্তু চপ চানা থোকদৌরি।

—ইপুনস্নু ইপানস্নু অত্তুম হায়রক্লবনি—মী তুশি হৌগৎলুস্নু, যন তুশি হৌগৎলু, হায়দনা। অহলশিংগী রাদি লাইনা হায়বা অচুম্বা ওাক্তনি। কদায়দা লানগনি—মী তুশিনা হৌগৎলক্লবদি কাওরক্কদবনি। যন তুশিনা হৌগৎলবদি নোংমত ওইরবস্নু থবক কাম্লগনি। মমাঙদা ঐখোয়না মখোয়বু য়াম্না মুংশিনা তৌবীবা অত্তুদা মখোয়না তৌবা খুদিং য়াগনি থল্লে। হুইনাও মচা চাল্লগা লৈতোন লেকই, হায়বত্তুনি। মখোয়না ঐবু লুনা তৌবা শাবত্তু

ঐ মুন্না থঙই। মথোয়নদি ঐথোয়বু অপঙবা, কয়িস্ম তৌবা ওমদবনি থল্লি। মথোয়না তৌরিবত্থু হৌদোং মখী উংনা খুম্বনি হায়বসিদি মথোয় থঙজদে।

—এ! হন্দক্তি মথোয়গী মমু য়ৈথেক্লবগী খুদোংচাবা অমা লৌহৌ-দবা য়াদে। মচিন্দনা মুংশিবা শাবা, অতুগা মী খুদিংদা হু গুম্বা বা হায়তুনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনবা; থঙগনি, চিনবান্দা লাংবন খোইহি তৈবা, কয়া কুইববা য়েংসি। ঐস্মু ঙসিদি শা তানবা চংকে।

—চিন্দা বা য়াম্না ঙাঙথোকলুগন্নু। নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেংলি হায়বসি চুম্বনি। ঙাঙথোকখ্রবা য়াদি হেক্ত তাবনি। শানা শিবনা থোঙ্গুন্দা, মীনা শিবনা চিন্দা শিবনি থক কাওগন্নু। তুংগী রাথল মুন্না তৌবগা য়া ঙাঙগনি, থবকস্তু তৌগদবনি। ওইরোঙ্গ-পারোইদৌবদা পঙাঙ ঙাঙবা ইশাগী থাজবা মাঙনন-বনি। থাজবা লৈত্রবদি শিবগা চপ মান্নবনি। চৎলো চৎলো চাক চাথোকলুরো। পাথঙ অসি চাক লাম্নম্নগনি, চামিন্নবা তৌগে।

নোংজু-মুংশা মরক্ত য়াওনমিন্নবকপা মপোৎ-মচৈ অমদি খুৎশু-খুৎলায়শিং পুথোক্তুনা তৈথোক-শেংদোকই। অঙম্লানা নিংথৌগী মোৎ-লবা মফি মবোলশিং শুদোকপীনবা হায়নরি। লৈশা-পাথঙ অনি য়ারী শানরিঙৈ, মপাংথৈ নোংমৈ অমা পায়তুনা লাকই। নিংথৌগী মনাওশিং অতুস্ত হবাওংহরাও লাক্লে। সোমীনা থাঙ অমা পায়, মথোয় থরনা নোংমৈ পায়তুনা লাঙ-লাঙতুনা লাকই। লৈশা-পাথঙ অনিগী মতৌত্থু উবদা সোমী মুংঙাইতে। খুল্লাকপগী য়ুমদা নিংথৌনা থুল্লানবা লাকপসিদি সোমীদদি কাংথদা লিন চঙবগা চপ মান্নখ্রে। কনানা শা ফাবা ঙম্বগে য়েংসি হায়তুনা মথোয় ইরাঙ লাঙনরি। মপাং-থৈনা সোমীগী কাঙবুত্থু হান্না থাদোকখ্রে। নহা-অহল ফনা য়াম্লে শা তানবা য়াওবা লাক্লরিবা। নিংথৌ মাগী লীকং-তেন, শায়রোং মঙ্গ-থাঙনচিংবা শেম-শারে। কনা অমনা নিংথৌদা খুল্লাকপগী নোংমৈ

অহু পায়য়ু হায়। নিংথরনা য়াদে। মা মাগী খুৎচাবা খুৎলায় পায়ন-হুনা চৎনবা শেম-শানরে।

খুল্লাকপগী মনাও, মপাংথৈনা লূচিংহুনা হান্না চৎখিবা অহুগী ওন্ন-তৈনবা মাইকৈরোমদা চৎলে। চৎনা চৎনা মপাংথৈনা নিংথরদা ৱারী কয়া শাই। লম্মিং তুম্মিং অমম্তুং শারম নিংথিনা থঙবা মীনি—মপাংথৈ। মাগী পাওতাক মতুংইন্না ময়ামতু শা থংপা য়াও, লুম্বা য়াও, হোইবনা হোইবা তৌহুনা নুংথিল ঙল্লিরৈঙদা শক্তি অমি, অচৌবা মথলগী থৈরোয় অহুম ফারে। মখোয় ময়াম হরাওনা চয়োম থোক্তহুনা চানরে। মপাং-থৈনা মথা তানা শা তাল্লরোইসি, হল্লসি হায়হুনা য়াম্না ঙন্না খুল তম্লক্লে। খুল্লাকপগী শুমাঙ অহুদা নহা ময়াম শা শেম্বা, শীঙ থায়বা ইরাঙ লাঙই। ময়াম্না তৌরিবহু নিংথর কয়া থোয়জঙদে। মনেগী পাউ পুহুনা মপাগী নাক্ত য়ৌনিঙবনা খোরো খোরো খোৎলে। তুমিন ফুঙ্গা ময়াদা ফমহুনা ঈশিং থক্লি। মাগী মতৌহু উরগা মপাংথৈনা হায়—

—নিংথর! করি তৌরে? ময়াম্না নুংঙাইবসি নঙদি য়াওনিঙদবরা?

—অঙ্কল! য়াওনিঙই। অহুবু ইপু-ইবেন অহুগা ইনেগী পাউ অসি ইপাদা য়াম্না তাহন্নিঙই। ঐবু ঙাইবদা মখোয় য়াম্না ৱারম্নগনি।

—উম! চুম্মী। অহু ওইরবসু নুমিৎ অনি-অহুমদি হরাওনা-নুংঙাইনা লৈখিসি। নঙ করিসু নুংঙাইতবা তৌগনু। ঐখোয়না নঙবু থিনবীগনি।

শুমাঙদা য়াম্না লাঙমল্লি থন্দুনা মপাংথৈ ইমুঙদগী থোক্লকই। মাবু হেক উবদা সোমীনা হায়,

—হাইস! ইপাতোন! করিগী ঐখোয়বু অপঙবা শেম্বরা?

—করি তৌরে সোমী?

—নখোয় লাক্কনি হায়হুনা ঙাইবদা শা তানবগী মতম কয়া মাঙ-হল্লে। অহুগা নখোয়না হুরান্দুনা শা তানবদি করিগীরা?

—ঐখোয়' খুলগী অশুপা, মপাশানি হায়হুনা মীশিংনা লুনা নিঙবা নঙনা করিগী শা ফাবা ঙমদবনোনে সোমী? করিসু নত্তবা

পাখঙ মচা অসিনদি শা কয়া য়াম্না ফাখ্রে। নখোয়না শা ফাবা ঙমদ্রবস্সু ঐখোয়না ফাবসি হাউনা নুংঙাইনা চাদ্মিন্নসি। করিগী অতুক য়াম্না শাওবরনে?

করেম্নতুনা ঙাঙলকপা মপাংথৈগী রাহৈশিংহু সোমী, থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবা ওইনা থোকখ্রে। শা শেম্লিবা নহাশিং অতুনা হরাওতুনা ঙাঙনরিবা ময়ামহু সোমীগী নাকোং শিংজা য়ৈ। সোমী য়াম্না নুংঙাইজদ্রে। কন্না ঙাঙনরুরবস্সু মশাগী অশোনবা লম্রানবা পাখঙ অতুগী মমাঙদা উংথোকপা ওইনা থোকদৌরি। মখোয়দা প্রোক প্রোক চাকই। পাঙ্গল থোক্তে, লেম্নৈ ঙানা রা ঙাঙবদা লাই-জনা পল্লি হায়বতুমক সোমীদ থোকই। মাগী থোঙলোয়শিং অতুনা মখোয় য়াওদ্রবদি ময়াম অতু নুংঙাইররোই হায়তুনা সোমীবু থেমজিল্লি। অমনা 'মহৌশানি, অপঙবগী মরল অশিংবনা চাবা, চাথোকসি' হায়তুনা সোমীবু তপথহন্নবা হোৎনৈ। মপাংথৈনস্সু মখোয়বু থমজিল্লি। মানা ময়ামদা লাওথোকই—হয়েংদি ঐখোয় কুম্মৈ শাসি। মুঙ লংবা, শুক লংবা, মুক্না শান্নবা অসিনচিংবা তৌতুনা অথোইবা মী থনসি।" 'মনাদি করি পীগনি ইপাতোন?'—পাখঙ অমনা লাওরকই। 'ঐখোয় ময়াম থন্নসি' মপাংথৈনা হায়—'চৎনবীগী হায়রবদি খ্বাইদগী অহেনবা, অথোইবা মীনা ওক হাংতুনা খুল চাকখাঙবা তাবনি। অতু—, নখোয় করি পাম্বরা?' সোমীনা পাওখুম্নকই—'ইপাতোনগী রা হৌদোকপসিদি য়াম্না ফবনি। ঐদি ঙাম্নু মচা ঈশিংদা থাদব গুম্না পেল্লে। অসিগুম্বা চাং য়েংনবা অসিদি য়াম্না ফবনি।'

সোমীনা য়াম্না পামজরিবা থুম্লাকপগী মচানুপী, অঙয়াগা মখোয় অনিগী মরক্ত লৈরংশীঙথোঙ ওইবা য়াবা অমত্তা মানা লৈহন্নিঙদে। মতুমক্তা মহাক্তা লিল্লবোম্পা কোম শেনবা দৌনা অঙম্নাবু শেন্নতুনা লৈজরিবনি। নিংথরগী পাউ তারগা মহাক হেন্না থোয়রাঙবা পোকই। চৎনবীনা নিঙোল অমনা মযুম পাল্লগা মচানুপী পোক্লবদি, অমদি মবুঙ নত্রগা মৌপা্গী মচানুপা অমদা থাজগদবনি। অতুনা মানা

নিংথৗরবু কুইনা খুল অতুদা লৈহন্নিঙদে। মপাংথৈনা হৌদোক্লক্লিব রাকম অতু নিংথৗরবু মায়থীবা পীনবগী য়াম্না খুদোংচাবা অমনি হায়ন সোমীনা খঞ্জে। মপাংথৈবু মাগী অশিংবা মীচঙনি হায়না খাগৎলি

ময়াম্না লাঙলিঙ্গৈদা নিংথৗরদি মপুগী ময়ুমদা চৎতুনা ঙাইহাব রারী শানরগা ঙমাঙদা শান্নরি। শজিবু থাগী পানথৎলকপা থাজগী ইপোম মরক্ত চোং ফন্দূনা শান্নরিবা মশুন্থুপাতুবু য়েংলগা মফম খঙদন চৎখ্রবা মচান্নুপা নিংথৗরগী মপা অতুবু নিঙশিংলকই। হৌখিবা পুন্সিদ রামিন্নরকখিবা কয়া নিঙশিংলগা কপ্পী। পীক্লিবী মচলন্নুপী অমস্তু পীক্লিবা মনাওশিংবু অমা পো, অমা পম কোয়চেন চেন্দুনা কপ্পা থেমবতু শংশংনা উরি। শান্নবা লোইরগা নিংথৗর মপুগী মনাক্ত ফমতুনা রারী শানৈ। মপুনা হায়—"পঙগন্নু ইশুশা! মী হায়বসিদি ম্নুংশি চান্নন লৈমিন্নগদবনি। মীসি য়েংবদদি মান্নবগুম্নদি উবনি। অতুবু কনান পুক্লিঙসি কৈ, কনানা ফংগে। পুক্লিঙ ফত্তবা মীনা মশাবু মশানা নাপল কাহঞ্জে। মীবু মী ওইনা উদে। মীগী মথক্ত লৈবা পাম্বনি। থন্দব চফুনা নিকথোকপগুম্না খঙদনা অখঙবা শা, ওইদবনা অওইবা শাতুন অচৌ অচৌবা রা ঙাঙবনি। মা মশানা থাকচবা লাংদা মশানা থুবা হায়বসিদি মহৌশানি। মানা ঙাঙথোকপা রা, তৌরকপা থবক অতুনা মশাগী লাং অতুম ওইবনি। পুক্লিং ফবা কনানা মীবু মী মশাগুম্না থনবনি। উহৈ পানবা উপালনা মরু লুকই। মতৌ অতুগুম্না, ফনা খঙ হৈতুনসু অতোপ্পা কনাগী পুক্লিঙ নাখিগনি খন্দূনা অফ ফত্ত য়েংনা চংলি। তমগী হন্নু শংনা পেমা য়েহ্লৌ ফবী তু গী পোলোই য়েংউ হায়নবগুম্না মী ঐখোয়দি তুংদা করি থোকদ্রা মুন্না খল্লগা রা ঙাঙগনি, থবক তৌগনি। হৌদোকপদি লায়বনি, লোইশিনবদি লুবনি। অতুগা কনানা ঐবু থীনা তৌবীরে হায়তুনসু মাগা মায়োক্নবা ঙমদ্রিবা ফাওবদি মাগী য়াকা য়েংতুনা খাঙবা তাবনি। উগী উথা খাবদবু পংপনি, মীগী মীথা থাবদি পাংতবনি। অতুনা পাংলিঙৈদদি হম্মিংদসু নোল্লু হায়বসিগী রা হন্দোকপসি মুম্ন খঙনা চংকনি। হুই অঙাওবনা চিকপা মীদি মাগুম্না ঙাওবনি। অতুনা হুই অঙাওবগা খক চিক্নরোইদৌবনি।

অচুবু ফানবা লৌশিংদি থিগদবনি। ইগুশা! কিবদি কিগনু! কিব-সিদি মায়থীবনি।

মপুনা হায়রিবশিং নিংথর মুন্না তাশিল্লি। অঙন্না লাকুনা মপু-মবেন অমসুং নিংথরবু চাক চানবা পাউ হায়ররে। হমুবা-হমুবী অনিনা খুলগী খ্বাইদগী অচল ওইরে। চাকচা-হৈজানবা অমসুং শা ফারকপদা মখোয়গী শরুক অচুম তমৈ। চৎনবীনি—য়ুম-য়ুমদগী পুন-রকপা চাক শেম-শানরগা অথোংবা য়েনশাং নহাশিংনা য়েন্দুনা ময়াম হরাও-তয়াম্না চামিন-থকমিন্নবা। মপাংথৈনা মথং মুমিৎত পাঙথোকদবা শান্ন-খোৎনবগী থৌরম লাওথোক্লে। মানা হমু'-হমুবীদা হায়— 'হয়েংদি চাক ঙস্তা চাথোক্লগা নচামুপীগী শুমাঙদা কুম্মৈ য়েংউ। মুংঙাইবা কুম্মৈ হয়েংদগী হৌগদৌরিবনি।"

চাকঙন চানচুনা খুল্লাকপগী শুমাঙ অচুদা পাখঙশিং লাক্লরে। কুম্মৈ তৌগনি হায়বচুদা অঙাংশিংনা চোল্লে, শুমাঙচু। শেং-চাবা অমদি কেজনবগী মতম ফংজব্রবী, শুজ-নোমজবনা মশিঙ্গাং ওইজরবী লৈশাবীশিং অরৈবা শেং-চাচুনা হৌনা হৌনা লাক্লে। অঙন্নাগা হকচিন্না তিন্নজবী থরনা নিংথর অমসুং অঙন্নাবু কৌথোকুনা মাঙ্গোলদা ফাগী জোগাই তৌনচুনা কুম্মৈ হৌবা ঙাইরি। সোমীসু মাগী থোঙলোয়শিংগা লোয়ননা নোক খেনা থুংলরে। মাঙ্গোলদা লাঙলি-তৌরিবচু হেক উক্লবে কল্লক মীহৌচাওবা মীগী পুক্রিঙদি লৈতাবা থক লৈতে। মাগী মনাকুদি নোংমত লৈশাবীশিংগা ফম্মিন্নচুনা রারী-রাতাই শাবসি অতাঙবনি। মমাঙদদি মুংশি শাবা, মতুংদনা খুচুম শিঙনবা ঙাক্লি। অঙন্নাসু অচুমঙাই। য়েংবা মুংঙাইরক্কচুনা সোমীনা চংশিল্লগা হায় 'ঐখোয়' খুলগী লৈশাশিং'সিদি ফংজদ চাকচা মাল্লে হে। মীখুলদগী লাকপা পাখঙ অসিগী মমাঙদা ইকাইবিখ্রে—নুপা মমাঙ অহৈ শাব'সিদি।'

রাঙাঙচু তাবদা থোয়রাং থোয়শাওনরবা লৈশাবীশিং অচুনা নিংথরগী মখুৎ পায়চুনা চিংবা য়াও, ইনবা য়াও, কুম্মৈ অচু মাবুসু

য়াওননবা হায়। সোমীনা শাওরপা হায়রকই—"মীনা হায়বগীসু ইকাইবা থওদে। নখোয় নখোয়গী মুপা অমম্মম অতুম থুংবীগদবনি মরিংনা শাবা শংবাই নামা হাংদে হায়বতু নখোয় থওবরা ? 'ইকাইবা থওদ্রগা মাইবী চওই হায়বগুম্না নখোয় মীথুল য়োবা য়াওগনিকো। শাওরবা লৈশাবীশিংতুগী মরক্তগী অমনা খুমকই—'নখোয়গুম্বা থুমুনা মথোংদা কনবা শাবা, খুলদা পানমিন্নবা ইচল-ইচানি হায়বসু থওদবা মীশিং উতুনা লৈব' শরুক মীগী খুল য়োখিবনা হেন্না ফৈ।' "ফুংয়ো-লানা হায়বলি চুম্বনি" হায়তুনা লৈশাবীশিং অতু য়ো য়ো তৌনরকই।

মানা য়েংথীরিবা লম্লানবা পাথও অতুগী মমাওদা ওাওলকপা রাহৈশিংতু তাবদা সোমী খোয়দৌ শিকই। কল্লক মমাও চাং তাবা হেক থোক্লে। ইকাই-মুংশি য়াম্নবা, সোমী শাওতুনা মতিন শিংলম্নগা হুং লৈথোকুনা চংখ্রে। লৈশাবীশিং চিবোন-চিবোন ওাওনতুনা থানা য়েংনহৌই। নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌতুনা মপাংথৈ লাকই। মাবু হেক উবদা পাথওশিংনা "কুম্মৈ হৌরসি" হায়তুনা 'খোইরেন মশা পাইররে।' রাতেম্বীনবা অহল থর থল্লে। লৈশাবীশিং অতুদা ফজবা শুক থর লৌরুনবা শিন্নরে। পাথও মচাশিংদা লংনবা মুও লৌহল্লুরে। য়াওগদবা মী থনগৎতুনা শেম-শানরে।

ফম্বা য়াও, লেপ্পা য়াও ইরাও লাওনরি। রানা শেম্বা, শুমাও-তুগী মতাই নাকন্দা লৈরিবা ফমফম অতুদা সোমীগী মপাতু খুল্লাকপগী মনাক্ত ফমতুনা মচাগী মতৌ য়েংনবা ওাইরি। মচাম্নপানা ময়ামদগী অসুম হেল্লকপতুদা হরাওনা লাওরকই—'কৈনবু তোকপা পোকপা হৌনদেদা, অতুনিদনা মুপামচা হায়বসিদি।' হাম্নদগী ওকচাও থেক-তুনা লৈরক্লবা সোমীপা, মচানা মাওজিল থারকপতুদা অমুক্ত হেন্না নাপল্লা থুমহৎখ্রে। খুল্লাকপদা ওনশিন্দুনা মথৌ পোংনা হায়—"খুল্লাকপা ! নচামুপীসি ইচাদা পীয়ুনে। খুল থরসিদদি ইচানা ইথোই থোইগনিদা। লম লাপ্পা অমত্ত ওায়বা নচামুপীবু পীথোকপা চুম্নোইদা। ঐগী ইচাগুম্বদসু থোক্তদবা মান্দে। কোর্ফু য়োম্হোক্লগা

তুম্বা লেপ্পা থোক্কনিকো খুল্লাকপা!" মাগা থংননা কন্নিবা মপাংথৈনা খুল্লাকপনা খুমজিংদা ওক্তুনা খুম্নকই—'অচুম্বনি সোমীপা! অতুবু চংনবী অমা লৈবনা ইয়াম্বনা 'হোয়' হেক হাম্নবসু রাগনি। ঐগী ইতৈমাগী মচানুপীদি অঙল্লা মথন্তুনিদো। হৌজিক লাক্লিবা পাথঙ অসিনা ইতৈমাগী মবুং-মোপ্‌ৱাশিংগী মচা অহল ওইরবদি করম্না ইয়াম্বনা 'হোয়' হেক হায়গনি? শাগৈগী অহলশিংসু লৈরি।' 'উম! সোমীপা!' খুল্লাকপনা হায়—"ইনাওনুপানা হায়রিবা অসিসু চুম্লিবনি। অতুবু য়েংসি! অঙাংশিংগী মরায়বক্ত করি তম্বরা।"

সোমীপাদু নোকপদি নোকই। পেনবদি পেন্দে। মচিন-মনাওগী মরৌ লৈবা রা'দু থঙদবদি নত্তে। চাংয়েংনবা অতুদা য়াওদনা নিংথরনা ফমদুনা লৈবদুনি মানা য়াম্না মুংঙাইত্রিবসি। অতুবু মচাবু কিদুনা তৌবা ওইরমগনি খল্লি। মপাংথৈনা শিকচিনথ্রুবা রাতেম্বশিং অদুনা চাংয়েংনবা পুম্নমক্তা সোমীনা হেনবা অতুদা হরাওদুনা সোমীগী মথুং শোকপা য়াও, থাঙ্গংপা য়াও খুলগী অশুপ্পনি অমসুং মপাশানি হায়দুনা লাউ-থোংই। নিংথরগী মমাঙদা খুলগী মীয়াম্না মচাবু থাগৎ-নরিবা অদু উবদা সোমীপা পুম্নপেন পেঞ্জে। মাগী ওকশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী চাওবা অমা ফাকনবা পাথঙশিংদা শিন্নে। তাঞ্জা চানা. নাপল কানা ফম্লিবা, অংম্রাগী রাথলদা মমিদা থৌশাজরিবা সোমীদা অঙল্লানা লুচিংবা লৈশাবী কাঙবু অমনা চান থক্লুবা অথেনপোং লাল্লি। সোমী মুংঙাইজবদা মমিৎ ফাওবা উথিজ্রে। মমাঙদা শা তানবা চংমিন্নরুবশিং অতুদা মপাংথৈনা হায়—'ঙারাংদি অপঙবা ঐথোয়গী ইরল অশিংবশিংনা চাখ্রে। ঙসিদি অশিংবগী মরল অপঙবা ঐথোয়না অমুক চাবা তারে। 'সিনিনে মৈওইবা হায়বসি খুবাক খুনমদনি হায়নরিবা।" পাথঙশিং রা রা নোকই। মানা অমুক লাউথোকই—"হয়েংদি করি কুম্মৈ শাসিগে?"

"মপাংথৈ! ঙসিগী কুম্মৈ অসিদি খুবাক নামত খুবা মথোন থোক্কে হায়বদুনি। ইচানুপা সোমীগী লম্বা অমত্ত য়াওদে। মাগী মপা চাবা লৈরম্নবদি য়েংবসু মুংঙাইগদবা, খুবাকসু মথোল থোক্কদবনি"—

নিংথরগী মপাতোন অহল অতুনা লাউরকই। সোমীগী মপাতোন্না থুম্লকই—"খুবাক্কী মখোল তানিঙলবদি লোৎতুনা থম্বা নচামুপাদো পুথোক্লকউদনা।'

—ইচামুপা অমত্তমু লোংতুনা লৈতেনা। করম্বা ইচানো লোংলি হায়বদি ?

—নখোয়না লাইগুম্না নিঙবা খুল্লানবা লাকপা, অা—কাচিন্দা হৌদোং অনাবগুম্না লৈবসিনিনে।

পাথঙ মচা অমনা হায়রকই—

—মুংঙাইবা কুম্মৈ য়েংসি হাংববদি ইয়াম্বা সোনীগা ইয়াম্বা নিং-থরগা মরুপ ওইনা বোক্লিং তৌহনসিনে।

মপাংথৈ মাগী নিঙবা থুংলক্কদোরে থল্লি। মানা হায়রকই—

—ইচম চম্না খুল্লানবা লাকচবা পাথঙ অসিবু করম্না ঐখোয় ময়াম চঙতুনা তাথীনা তৌগনি ? অতোপ্পা খুলগী মীনা ঐখোয়বু চাউথংতবনি হায়খিরোইদ্রা ?

পাথঙশিং অা-রা লাঙনরকই। অমনা লাওরকই.

—মাবু তাথীনা তৌবীবা কনাগী মতিক লৈগনি, ঐখোয় অমুক য়াম্না লৈরিদ্রেদা ? মরুপ-মপাং ওইনা অমুম চাং য়েংনহনসি হায়বগী রানি:

—ফরে ! পাথঙ অসিবুদি ইকাইবদগী য়ারক্লগনি। অদুবু সোমীগী রাদি তাদনা করম্না ঐখোয়না রা লেপকনি ?-মপাংথৈনা হংলকই।

মপাংথৈগী রা তাবদা সোমী মপানচা হাক্কচবদা থুং থাজিনবগা চপ মান্নখ্রে। মখোয়না নিঙজরম্বতু হেক থোকপতুদা মপানা থুমই.

—মতুমক্লিনে ঐখোয়না য়েংসি হায়বদি।

"মুংঙাইরে"—মপাংথৈনা মখা তারকই,—'হয়েংগী কুম্মৈদি ময়াম্না পাম্ন য়েংনিঙলিবা অতু তৌবা তারে। ময়াম্না পাম্নরিবা অতু নিংথরদদি অপাংপদা হয়িং থাজিনব ওইনা থোকখ্রে। মানা হায়বা ঙমদবগী তৌবনি। সোমীখোয়গী কাঙবুতু অমুক্তং মমু য়ৈথেকপা হায়বসি নিংথরগী অপাম্বনি। মপাংথৈনা মখা তানা হায়রকই—

"ওসিগীদি অথোইবনা শা থাওসে। হয়েংস্তু অস্তুম্না তৌসিরা নত্রগা ওমদবা, মায়থীবা মীনা কোংহনসিরা ? করম্বনা ফগনি ময়াম থন্নসি।"

সোমীগা য়েংনরুবদা নিংথরদি অঙাওস্তু থর ওইবগা, ইতুক-তুকথনা উবহুদা সোমীগী মপাক্তোন্না মচানা শোইদনা ওমগনি থন্দূনা হায়—"হয়েং'গী অসিদি চংনবী নত্রবস্তু ওমদবা, মায়থীবা মীনা কোং-হনসিনে।"

মপাংথৈনা হেক পামজনা নিঙজরম্বা পুম্নমক থোক্লবহুদা নুংঙাই-জরে। মানা লাওথোকই—'যাম্না নুংঙাইরে। ময়াম্না অপাম্বহু তৌরসি। ওসিগীদি ময়াম পুম্নমক নুংঙাইনা-নুংশিননা চামিন-থকমিন্ননবা হোৎন-বসি। অহুনা লৈশাশিংনা ঈশিংগা শীঙগা পুররুবা তৌরো। পাখঙশিংনা য়েনশাং থোংনবা হোৎনরে।"

# ১১

# ৱাতোন্না ৱাংল' ক্লাক্লা ফমদেকই

শ্রীকী চায়নবুংগী শকুম লাঙ্গদোৱিবা সোৱা খুলগী খুল্লাকপগী শুমাঙ অদু, অমুক্কী চাকঙন চানদুনা লাক্লবা মীয়াম্না চোন্না তিল্লে। থেংনগদোৱিবা লাম্বা অনিদুগী মাগী মাগী মুংশিজবনা ঙমহল্লিঙবগী ৱারী তৌনদুনা কুম্মৈ হোৱা ঙাইনরি। হমু হনা চিংথবা লৈখিদ্রে। থেংনগদোৱিবা অদুগী ৱাতেমগদোৱিবা অহলশিং থোক্লক্লুনা চায়নবুং অদু য়েংশিল্লি। মাগী মাগী মীনা অনিদু পুখোক্লরক্লে। শারংদগী থাদোক্লকপা নোংশা অনিনা তাঞ্জা লুম্নবগুম য়েংনদুনা থোক্লরকই। ৱাতেম্বা অহলশিংনা মথোয় অনি মখুৎ শোক্লহল্লি। শাঙনদনবা হায়। নহানমখৈদি তুফকতুফাই চন্না উবদুদা সোমীনা য়াম্না লিংবগুম থন্ন-রম্বনি। অদুবু ফিজোল নিংথিনা শেংদুনা থোরক্লিবা লম্লানবা পাখঙ অদুবু সোমীনা তৱাই-তৱাই মায়থীবা পীগনি থাজনরক্লে। ৱাতেম্ব-শিংনা মুঙ লংনহন্নবা শেম-শাই। সোমীনা লংগদোৱিবনা পাঙ্গল থক্লুননি। নিংথরনা পাঙ্গলগী মথক্ত হৈ-শিংবা য়াঙননি।

নিংথরনা অহানবদা মুঙদু লংই। সোমীনা থর হল্লি। সোমীনা সোমীনা লংলিবা অদুদগী হেন্না শান্না হুনবা ঙমদ্রে খঙলবদা নিংথর, মহাক্কী অৱৈবী থাদুনা হুল্লি। ফনা শাংনা হেল্লি। সোমী

ফনা কন্না হোৎনজে। অদুবু তানবদি ঙমদ্রে। শুক অমুক ছুন্নে। মদুস্মু অদু মঙায়, নিংথরনা অদুম মহেল্লে। রাতেম্বশিংনা মাগী মাগী ফমফমদা ঙাইহাক ফমহল্লি। পোৎথাহল্লি। লৈশাবীশিংনা অচা-অথক পুথোকুনা লাম্বা অনিদ্ধুদা পী। নাপলনা থুমহৎলবা সোমীগী কাঙবু রাশ্লান ঙাওনখিদ্রে। মীমাঙ ফম্বা ওইনা থোক্কদো-রিব্রা মুশুক মুশুক ঙাওনৈ। ময়াম্না য়াম্না থৌরাংনা ঙাইনরিবা চাংয়েং অদু হৌননবা ইরাঙ লাঙনরকই। নিংথরনা মপাংথৈদা লোম্না রা থর হায়খি। মপাংথৈনা লাওথোক্লকই—"পাথঙ অসিদি মী অমত্তগা লাক্ল-ফানবা শাম্নবা হৈতে হায়। অদুনা সোমীগী মী থর, য়ামদ্রবদা অহুমগুম্বদি থোক্লকউদনা।" ময়াম্না "য়েংসি-য়েংসি থোক্লকউ" হায়দুনা লাওনা-থোংনরকই। সোমীগী থাদোক্লদবা মরুপ অনি অদুগা শাওরপ-শাওরপ তৌনা থোক্লরকই। অনিদুগী মহুভদা অমদি খুল্লাকপগী শাগৈ মচানি। লাইরেন মতুং ঙা ইনব গুম্না সোমীগী মতুং ইন্দুনা মানা হায়বা থবক কয়া তৌবদগী অহলশিংনা খুরক্কী ঈনা লাই শাই হায়দুনা য়াম্না শাওনদুনা লৈরিবা মীনি। চায়নাবুং ময়ায়দুদা মথোয় মখুৎ শোক্লহল্লি। শাম্নবা হৌহল্লে। হৌরকপদুদা নিংথরনা মথোয়গী মতিং খঙদোকে থন্দুনা থর থাদোকুনা শান্নে। খঙলে—মথোয়দা থোইদোকপা হৈ-শিংবা লৈতে। খোঙফম শেমদুনা মথোয় অহুম্না কোয়শিহল্লে। য়েংলিবা ময়াম অদুনদি মথোয় অহুম অদুনা কোয়ন শিন্দুনা ফুবিরনি নিঙনরি। মপাংথৈনদি খঙজে—ওজা নাইবা হায়ব-সিগা নাইদবা অনিগী থেন্নবা। নুঙগা য়েক্লমগা কাউনবগুম থোক্লদ্রা নিংজৈ।

মপাংথৈনা খঞ্জবা অদুমক্কি। কন্না লাওবগা ইরোয়ননা লৈদুনা মথোয় অহুমদু মথং-মথং কাউখ্রে। পাইথোকপা, থরো-থরো ওনবা তৌনরগা অমুক হৌগৎনৈ। অমুক অনিরক অসুম চৈনা ফংলকপদগীদি থোঙলোয় অনি অদুদি ইকাইখাঙ কং কোৎপা হায়বদুনি। য়াওরুবে হায়বগী মতৌ মাহুলনবত মঙায়রে। নিংথরগী মনাক নক্কদবা তশেংন কিরে। সোমীদু অহুয়কগুবা খুকাউদদি মমিৎ-মনা তন্দন পাইদুন

গুনখ্রে। অনিতুদি খুক-খুদক কুন্দূনা মাগী মাগী ফমক্কম য়োনবা চংনখ্রে। অয়েংবা কনামক্তা চেক-মোক লাওনখিন্রে। ফন-ফন চোংতুনা কিবম শেন্নি হায়বত্ মডায়রে। সোমী ইকাই খাওনি। ঙাঙথোক-শক্তোকলুবা অতুগা তৌরিবতুগা সোমী হৌদোং মচা উরাদা য়েপ্পী। য়াম্না থীনদি তৌনিঙদে, নিংথবনা নিঙলিবদি সোমী অমদি মাগী কাওবুতুগী নাপলতুদং থুদেকপতুতনি।

অতৈ পাম্বৈ লৈরকত্রতুনা চেনশিন্নগা হেক্ত কো'দূনা নমগে হায়বগী মওংদা সোমী তৌরুবনি। খঙহৌদনা মখুৎ নামা ফারগা হাইতুনা লৈ। মমিং তন্দন পাইরিংঙদা নিংথরনা মথক্ত থাঙ্গংখিবা খঙহৌদে। মপাংথৈনা চেনশিন্দুনা লৈমায়দা লংথদবা থাম্মী। নিংথরন সোমীতু তপ্পা থম্মী। মকোক ঙাওতুনা তুগে তৌই সোমীতু। নিংথরনা পায়-তুনা নিংথিনা লেপহল্লি। মখুৎ শোকই। কোন্দুনা পুরগা মপাগী মনাক্ত ফমহল্লি। উফুল ইতৈ তৈরবা, খুংথীবা ফংখ্রবা অনিতুগী মনাক্ত চঙশিন্দুনা নিংথরনা মখুং শোকই। মথম্মোয় শোক্তুনা লৈরম্বী লৈশাবী, ফু'য়োলানা লাওরকই,—"যন অতেবনা রাইবা শরু ফংবনি, থঙবা কৈ।" সোমীগী মপা-মতোনশিং তুমিন-তুমিন মরু লুকথতুনা ফম্মী। মপাংথৈনা লীরুংতেন নিংথরদা পী। পাথঙ অমা কৌথোক্তুনা পুংকক চাওবা লফু মকক অমা পী। পাথঙ অতুনা লফুতু মাগী ঙমজবীদা কন্না মথক্ত লংথংলি। মতুদা তেঞ্জৈনা য়ুংবা ঙম্বা, নিংথরনা তেন-কাপ্পগী হৈ-শিংবা অতু ময়ামদা য়েংহল্লি। থাঙশাং অতু অমুক পী; লীরুংতেন লৌশিল্লি।

লিংলিবা ফুরিং লৌথোক্লগা চোং কন্দুনা থাঙশাং অতু হাইতুনা শান্নৈ। য়েংলিবশিং অতু লুংঙাইতুনা খুবাক খুনৈ। শান্নবা লোইরগা ময়াম অতুদা মকোক নোল্লয়গা নিংথর ইমুঙদা চঙখ্রে। সোমীপাতু, মথোয়না ঙাঙথোক-শক্তোকলুবা অতুগা তৌথোক্লক্লিবা অতুগা বোম্না হৌরগা পোক্লাওবীনা লোইশিনবা তারে থঞ্জে। অমুকতু হেন্না ইকাইজৈ—নুঙগা য়েরুমগা কাউনবা ওইনা তৌবতু উরগা।

সোমীগী কাঙবুহ্ ফম্বস্ু ঙমদ, হৌগৎপস্ু ঙমদ য়াম্না রানা খাঙনরে। খুল্লাকপনা শোম্বাংননা হায়—"অসি ওইরে অহলশিংনা রাতোন্না রাংল' ক্বাক্লা ফমদেকই হায়নবদো।" মপাংথৈনা নিঙবা থুংলে। মানা ময়ামদা লাওথোকই—"রাগী মতুংইন্নদি শা খাঙবা অসি সোমীনা তৌকম থোকপনি। অহুবু ঙরাংস্ু মখোয়না খাঙম্রে। ইমুঙ অমতুদা হন্না হন্না রাহনবসি চুন্নোই। অকুৎপদা লৈতৌবা, অতোঙবদা লৈথোনবা থেংক্লগনি। অতুনা ঙসিদি ইয়াম্বা খুল্লাকপগী মচুৎ শিন্দূনা ঐনা ঐগী লৈজবা ওক অমা পুথোক্লগে।"

নিংথৌরগী মপাতোন অহল অতুনা হায়—"ইচা-মীচাগী রা নত্তবা কুম্মৈ নুংঙাইবগীদমক ঐনস্ু ওক অমা পুথোক্লগে।" সোমীগী মপা-মতোন, অতুগা মশামক ময়াম্না ঙাঙন-শক্করিবশিংহ্ তাবা ঙমম্রে, নাকোং শিঙজা য়ৈরে। 'অরেঙ-অরেঙ পুংখবগী ফিবমদা লৈবে। তৌরক্কদোরিবা পুন্নমক মখোয়গী লেমজনিঙাই অমত্তা ওইরোইদৌরে। মখোয় রা-লান অমত্তা ঙাঙনদে। তুমিন-তুমিন হৌগৎনতুনা চৎনখি। পুন্নমক্তু উরিবা নিংথৌরগী মপুবোক্লা খুল্লাকপা, মপাংথৈ অমস্ুং মাগী মচাশিং কৌশিন্দূনা মনাক্ত ফমহল্লি। হন্নুবনা তপ্পা হায়রকই—"ইচাশা! কুম্মৈসি য়াম্না নুংঙাইরে। মীগী মথৈ ফংলগা শাওই, লাইনা মথৈ ফংলগা হরাওই। মীবু য়াম্না থীনা ইকাইনবা তৌগনু। ইকাইবৈ শরুক শিবনা ফৈ হায়না হন্নরক্লবদি খুল অসি মৈশা লাংগনি। মৈরিকপীদৈ মৈজাওবী হৌই হায়বসি কাউবা চুমদে। করিস্ু লৈত্তবা রা অতুদগী খুল 'পুম্বা রাথোক ওইহনবা অশিংবগী থবক ওইরোই। অঙাওবা নহাগুম্না পংতৌ তৌবা নিংথৌ ওইবগী লীচং নত্তে। নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি হায়বা রা থক কাওরোইদৌ-বনি। নিংথৌগী কাঙবু ওইবা নখোয়দি খুলগী মী খুদিং নুংঙাইনা-হুংশিননা লৈমিন্ননবা মুন্না মুন্না থল্লগা ফজবা থবক তৌগদবনি নত্তহুনা মথোং খঙদবা নহাগী থবককুম তৌরবদি অকায়বা, ফত্তব ঙাক থোক্কনি। 'হন্নুবী ফৌগু মচং চায়, নহা ফৌগু চগেম চা

হায়দুনা অহলশিংনা হায়বসি করিনো মুন্না থঙনা থবক তৌগদবনিকো ইচাশা ! নিংথৌগী কাঙবু ওইবা হায়বসি অরায়বা নত্তে।"

হন্নুবগী রাজু মখোয় তুমিন-তুমিন তায়। মপাংথৈনা হংলকই, "মামা ! হৌজিক ঐখোয় করি তৌবা তারে ?" হন্নুবনা মথা তারকই, —"অকনবনা অচুম্বা শকপা থবক থক তৌরোইদৌবনি। অচুম্বনা অকনবা ওইবা মফমদা মী থুদিং মনিঙতম্না মুংঙাইনা পানগদৌবনি। হৌজিক্তি মখোয় অকন-অরিং শীঙবা কাঙবুদু মশাগী মরাল থঙজ-রয়গনি। ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি হায়বগুম্না হৌজিক অফ-ফত্ত নিংথিনা ভানবা য়ারগনি। অদুবু য়ারে হায়দুনা হেক্তিনবদি থক তৌরোইদৌ-বনি। চানিঙলে হায়দুনা খুং অনি থাবা য়াদে। মদুনা অশাওবা লোয়নদুনা খুল মহি লাঙগনি। অদুনা নখোয় থর চৎতুনা মখোয়গী অহলশিং অদু পুক্রিঙদা মুংঙাইতবা তৌদনবা রারী শারু। অদুগা ঐখোয় পুন্না ফম্মিন্নদুনা মুংশিবা রারী শাসি। ঐখোয়গী শাগৈগী ইচা-ইশু অমত্তনা মী কনাগী পুক্রিঙ নাবা থবক তৌবা ঐনা য়ারোই।"

লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুম্মী। সোমীপা অদু মখোয়না কাজরুবা নাপল, ঙকচাও থেকলুবা, ইনথংলকপা মচাবু রারক-রাতেম্বগী মহুংতা মচাগী মতুং ইল্লুবা, পুন্নমক থল্লুরগা মতোমতা নিঙমদবা পোক্লক্লে। মচাগী মীচঙ ভাক্ত ওইনা উরম্বা পাথঙশিংদু মনানা হৈমাঙ শাবা ওইরম্লে। মখোয়গী অরাবা মতমদুদদি কনাস্থ উদ্রে। থল্লু থল্লুরগা মখোয়মুক পঙবা লৈরমদ্রে থঙরে। মশাগী মরাল থঙ-জরে। থুঙ্গাশিংদা 'লাল্লে' হায়জসিরা ফাওবা থল্লক্লে। মাঙ্গোলদা তুমিন তুমিন ফম্লিবা মপা মচাদু উরগা সোমী মমাদু মখোয়দৌ থিংলে। মচাগী মতৌ উরগস্থ মুংঙাইজদে। মপাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই— "সোমীপা ! ঐনা নপা-নচাদা কয়ারক হায়গ্রে—নখোয়না থুলসিদা নিংথৌ শাবদু তৌগনু হায়দনকো। থুলগী মীশিংনা নখোয়গী হুরানবা শাবা পুক্রিঙ অদু হেক থঙলকপা নুমিৎত হুরানবগী ভরানি, মপুগী নোংমা হায়বগুম্না লৈবাক পুঙজাও থীনগনি তৌগম্নুসি হায়দনা

কয়াবক হায়বদু নখোয় কনানা তাদে। হৌজিক্ত করিগী ইকাইবা শাবনো? কবিগী অশোকপা শাগুম্না অদুক শোন্না যুমদা হল্লকপনো? নামা হাযরিডৈ য়াদ্রগা পোৎমা লোল্লগা য়াবা মীবু অশিংবনি করম হায়গনি? খুসগী নীশিংগা মুংশিননা-মুংঙাইনা লৈমিন্নগদবদু করি থোক্লে? নপানা শেমজবা লাংদা নশানা অদুম থুজবনি। কনাদস্মু শাওকগনু। নোংথক্ত তিন শিংকংলবদি মাযদা তাবা হৌনশানি। ঐখোয়না তৌজবদু ঐখোয়না অদুম ফংগদৌবনি। মীগী ইমুঙগী মীনা কবি থনবরা হায়বস্মু থঙদনা মীগী মচানুপীবু নঙগী ইংখোলদা পানবা হৈ হেকপগুম্বা হেক্কনি থনবদু চুম্বরা? মীগী শাংগগী মীশিংনা ঐখোয়বু থীক নেম্বনা থা লাম্বনি হায়বীগনি। এ! হৌজিক ঐখোয খুল হোংগদবনি। ঐদি খুল অসিদা পানবা ইকাইথবে।”

মপা মচাদু রা-লান অমম্ভ ঙাওখিদ্রে। মপাতোন অদুস্মু ইকাই মুংশি য়ান্নবা লাকই। হাইস-ইয়াম্বা! ঐদি ওন্থোক্লা ইকাইখ্রে, খুলগী মীশিংগী মমাংঙদা। ইচানুপানা নহালমথৈ অফাও-অবিং শাবদুদি 'উ হৌদবা লমদা কেগেনা যৃম্বী ওইবা তাখ্রে। কবিস্মু নত্তবদা কল্লক-মিহৌদুনা মবাল করিস্মু লৈজদবা খুল্লানবা লাকচবা মীবু মাঙনবা থল্লুবা মীচা শিসমু থল্লগা ইচা শি হায়বদু থোক্লে। উচি কল্লকুনা ময়ুম মৈ থাবা মীদু ঐখোয ওইবে। ঐখোয় খুল অসিগী মমাঙদা মায়সি করম্না উংকনি? মী অপঙবা লাল্লোইনৈ, উ অকংবা শাঁঙ ওইনৈ, হায়বদু চুমখ্রে। অপঙবা মপাল থোকসিদি--হাইস! ইকাই-থরে। ইস! 'রাশস্মু শাবা, লাল্লুপস্মু কাবা! রা থোক্লবা হৌদোকপস্মু অদুগা মায়থীবস্মু ঐখোয়না অদুম ঐস! ইকাইবনা থনফমস্মু থোক্কে।'

মখোয়না থঞ্জরম্বা, শাগৎচরম্বা রাখল পুম্নমক কাংহ মাঙ থুজাই কাইখ্রবদা থনফম তৌফম থঙনদ্রে। মহৌশানি—থিঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাচিখোংদা তাইনবা। ইকাই-থাঙদগী মখোয় খুল হোংবগী ফিবমদা লৈনরে।

ময়াম অতুনা থন্নরিবা, লাঙনরিবা পুন্নমক অতু নিংথরগী রাখলদা মম্মি অমত্ত তাদে। য়ুমদা হন্নিঙবগী রাখলনা ঙুংঙাইফম থঙদে, পোংথাবা চঙদে। লৈশাবীশিংগী মরক্ত তৌনরিবা ফাগী-জোগায় অমদি চেন্নরিবা ঈরাঙগী ঈচেল কয়া অতুদগী লাপথোকপা ঙমত্রবদি মীরান থাঙ’ ঙমদ্রগা লমজ্ঞা পুই হায়হুনা পুন্সিগী লম্বী ওন্নতৈননা চংথিবা হায়বসি ময়েক্লি। চীঙ অমদি তমগী মমা মপাশিংহুনা মাগীদমক থঞ্জবা পুন্নমক্তু নিঙশিংলুবগা নিংথর খুলহুদা মিকুপ অমা ফাওবা পন্থহুনা লৈনিঙদ্রে। থিন্দনমক মফমতু থাদোক্তুনা ময়ুম পাংলগে লেপ্লে।

# ১২

## ময়ুম লমদমদা

ঈশিং মনুঙদা লৈতুক থাদব'দোনা মুমিং কয়ানি চুপ্পা নিংথরগী মরা মপাও তারক্ক্ু বদা চৌঙদসু-তমদসু মিপাইনবে। তমগী মমা অচুদি খোয়রাঙ খোয়শাওদুনা চৌওগী মমা-মপা অনিবু চৈ-থাংই। শুরবা উমং-রামং, শা-কৈ মরক্কুদা মতিক-মপা চায়-চাদে থঙদনা ইনথং-লক্লিবা অঙাং অদুবু থায় হায়দুনা চবেৎ-চবেৎ ঙাঙদুনত লৈবে। তাইনফম থঙদদুনা মপুরোইবদা ওনশিন-ওনশিন্দুনা শামুগী মপোৎ ইরোইদা থোল্লি হায়দুনা ঙাঙই। মচাম্বুপীনা মানা ঙাঙলিঙৈদা মরক্তা থৎলুরবদি চৈরমদা থোংখোঙ শায়' হায়দুনা তথী তথী চৈবী। হুই অঙাওবদোনা অউ অউবা চিক্কদোরে। মমাগী মনাক্ত চঙদ্‌মু হায়দনা মপানা মচাম্বুপীদা হায়। শাওমনথিদুনা ওনশিল্লগা ঙাঙলকই —"নখোয় ময়াম চঙদুনা অঙাংদু মাঙহনগদোরি। মপাম চাকসু চাদ, মরা চাকসু চাদ অদুম তোক্লনি। চৌঙদা লৈদুনা শুনোমদুনা মফম থঙনা লৈব্রা হায়বসু নত্ত; 'সিদা নি'থিনা লৈদুনা মহৈ-মশিং তম্লগা মহৈ চানবা হোৎনব্রা হায়বসু নত্ত, মরক শরক কাংথ থাঙ ওইনা তোক্লদ'পোৎনি।" "মুংশা থীরুমু"—মপানা থেমজিল্লি-'ঙসি হয়েংসিদা শোইদনা য়োরক্লনি নচাদো। কৈদোগে নঙবু থর তপথোনে।"

চীঙদসু অতুমঙায়—করি থোক্লমগবা থনবদা মখোয় পুন্নমক লৈত্তাফম থঙনদ্রে।

য়েনখোং অহানবগী মাঙওইননা নিংথর, মপাত্তোন অনি অমসুং মপাংথৈ, মখোয় মরি লৈসিফুংগীদমক সোরা খুল থাদোক্লম্রে। অয়ুক্কী পুঙ তরেং তারকপদা বস থামফম অমদা থুংই। শজিবুগী মুংশিংনা পুরকপা লৈঙাঙগী উফুলনা মচু শঙবীরবা, লেঙম-শাঙমজদ্রবা বস অমদা তোংতুনা খোংশাল্লক্লে। থেক্লা-খোয়না চৎলিবা লম্বী, নোংজুংপান্থাদা ঈশিংনা হুনখিবগী কোংকুৎ-কুরাং, হৌরকফম্নি মতাংগুম মনিঙ তম্না চাইনা তারিবা মুঙতুমশিং কয়াতুদগী ঙাক-শেন্দুনা থৌরিবা বস অতুনা মাগী খোঙলোয়শিংতুবু রানা পুরি। মুমিংনা ময়ুম চঙলমদাইদা লমথায় অমদা কুমথরগা খুল মচা অমা-অনি ফাওতুনা চৎলি। হং-হংতুনা লাকই। মুমিদাংগী পুঙ নিপাল্লোম তারকপদা উচিন-নাচিন্না মখোয়গী খুল চঙকম লমথায় অতু য়ৌরে। হেক উবদা নিংথর মত্তোমতা নোক্লিঙবা অমা ফাওই। অতুক পংশাং শাংবা লম্বী নত্তবা অতুদা কয়া কোইনা রানা চৎলুরিবনো নিঙই। অমুকসু থখ্রে—থঙদ-হৈতবদা অরায়বা থক লৈতে। মখোয়গী খুল য়ৌরকপদদি মীচিক-মীরাওখোল তাখিদ্রে। পুমচিক চিকখ্রে। অহিংগী অচিকপবু থুগায়তুনা খোংলকপা খুলগী হুইয়ামগী খোঙ্লেলনা থুঙ্গাশিংবু মিকুপ-মাহুম শিংহল্লি। কনাগুম্বা থুল্লানবা লাকই হায়বদি অতুম থঙনৈ।

নিংথরনা মচলমুপীবু কৌতুনা থোঙ হাংদোক্লবা হায়। মবুংগী মখোল তাবদা নিঙম্না হরাওজে। মৈ থানগৎতুনা থোঙ হাংদোকই। মবুংগা অতোপ্পা শকথঙদবা অহল অহুমগা লোয়ননা ঈমুঙদা চঙলকই। মমা-মপা অনিতুসু মচা হল্লক্লে তাবদা হরাওনা হৌগৎলকই। থৌরাংনা অমসুং থোয়রাওনা ঙাইরিবা মচামুপাতু হেক উবদা ঙাইঙম শিঙমদনা মচলমুপীগী পাও হংলকই, মপানা। ফংলে তাবদা মখোয় হরাওনা চিবোন চিবোন ঙাঙনতুনা নোকই। লৈশাবীতুনা ঙ্রুং-ঙ্রুং চাক্লিবা ফুঙ্গাগী মৈতুদা ঈশিং থাঙ্গংলি। অহল অহুম অতুগী

পোক্‌-চৈশিংতু নিংথবনা মকমচানা থম্নে ফুঙ্গা অহুগী অকোয়বদা ফাল থ'তুনা ফমহল্লি। নিঙম্রানা ঈশিং অশাবা কপ অমথম্ম পী। নিংথয়না শক তাকুনা থঙনহল্লি।

নিংথর মপাহু ম-াওমুপা অনিতুদা মুন্না য়েংই। রা অমত্ত ঙাঙদে। নিঙশিংলকই—মাগী মনঙ্গদা পোতুনা, অমনা পমতুনা কোয়চেন চেন্দুনা কপ্পা থেমথিবা পীক্লিবা মনাওশিং। পাম্বদগী হল্লকপা অহলশিং ঙাইবদা রামিন্নথিবা শংশংনা উবগুম নিঙশিংলকই। ঈহৌরকপা পিরাংনা মথঙাই অনি পুমচোং চোংলক্লে। ফুনগংতুনা রা ঙাঙবা ঙমদে। মনাও অনিতুসু ময়াম্বতুবু উরগা মিংলু ঈরা চেল্লকই। মথম্মোয় পুবা ঙম্লক্লতুনা ময়াম্ববু কোন্দুনা মখোন থোক্লা কপ্লকই। মখোযগী মতৌতু উরগা লৈশাবী মমা-মচাহু কোয়তুনা কপমিন্নখ্রে। মতম কুইনদগী ফুমতুনা লৈনরক্লবা মুংশিগী ঈফুংনা মনিঙ তম্না চেন্ত-রকপতু উরগা মপাংথৈ মিংলু নাপোম ঈহৌনা ময়ামতুবু থেমজিঞ্জে।

মপানা নিংথবদা য়েন অমা ফাকনবা হায়। মপাতোন অতুনা য়াজ্রে। হায়রকই—"ইতৈমা! মুংশিবা ইয়াম্বা, ইতৈমা অতুগা ইচাশিং পীজগে হায়তুনা শা পুরকপনি। ঙসিদি ঐখোয়না পুরকপসি থোংতুনা মুংঙাইনা চামিন্নসি। ইয়াম্বগী থোঙ্গুল লীগে থনবদি কুইবে। অতুবু কদায়দা চংসিবা হায়বদি অমুক থঙদবা। ইপাগা ইমাগা হমু অনিনসু মুমিং খুদিং অতুম ইয়াম্ববু শোনবা, ইচেনসু অঙাও-বীগুম্না ঙাওবনি। অতুবু নোংশা মানবা ইচামুপাসিনা ঐখোয় পুম্নমক্কী উননবা লম্বী শেম্বসিদি—হাইস! ইচাগীদমকসু শিগে থল্লে।"

চাক ঙাইনা ঙাইনা হৌথিবা পুন্সিগী রারী কয়া শানরি। নিং-থরনা হায়রকই—"চয়েংদি ঐহাক তমগী বাবা অমদি ইমাগী মনাক য়োদবা য়াজ্রে। অকবা থবক য়াম্না লৈহৌই। হায়নবা মতমসু হেল্লম্রগনি। ঐবু ইমানা য়াম্না শাওরম্রগনি। অহল মথৈ ম্ভানবগা ইনেখোয় ময়াম্না লাক্কদরা মুমিং লেপ্পরো। ইপানা তমদা লাক্লগা ইপানা পাম্বা ইনেখোয়গী তম্মিঙবা পোংচৈ লৈরগা লাক্লবা তৌসি।

কাবা-ইমাখোয়স্নু শক-থঙনবা শোইদনা লাক্কে হায়গনি।" মখোয় অরা-মুংঙাই ৱারী শানদুনা চামিন-থকমিন্নরগা পোংথানরে।

য়াচঙকপা, মৈ কংদুনা লাই-ভিন খুরুম্নবা মতম্নি। নিংথর মচল মুপী ঙাম্মোই কৌ কৌদুনা ইমুঙদা চঙলকই। মখোল তাবদা পরপ-পরপ চেম্মোক্লকই। নিংথর হেক উবদা 'হো বাবা! হো বাবা! দাদা লাকএ" হায়দুনা খুবাক খুদুনা লময়ায়দা চোংই। মপা-মমা অনিস্নু তুংথ-মাঙথ থোরকই। 'য়োং পুবিরকনি হায়রগা পুবিরক্তে' হায়দুনা মবুংগী মফি পায়দুনা কোইচিং চিংবদা শেগায়গদৌরে। য়োং ফাগে তৌবদা য়োংজাও অমনা চিংদুনা শেগায়খিবনি হায়দুনা য়োংনা শেগায়-খিবা খোংগ্রাওদু য়েংহল্লি। ঙাম্মোই, ইঙক-ঙক্লা য়েংই। পাখোন অমা শিজিন্দ্রবদি য়াররোয় থন্দুনা "ঈশিং থর শাহল্লুচো, য়োংদগী হেন্না ফজবা পোং অমা পীগ" হায়জিল্লে। হরাও হরাও নিংথরগী মখুৎ পায়দুনা 'অশেংবগী' হায়রম্লগা চেনশিনখ্রে। নিংথর হেক উবদা খোয়রাংলিবী মমানা—"ইচাদি অহাউবা শাকা য়াম্না চারক্লমানে মশাকা য়াম্না ফরে। ইসঃ! মশক্তাস্নু য়াম্না ফজরে, চীঙদা অমুক চেনখিদনা তোকঅরনি"– হায়রকই। মমাগী রাহু থোইদোক্লা থল্লুদনা নিংথরনা খুয়রকই,

—ইমাগী রাথীদু তোকখোদা। ঐনা চৎপা মুমিত্তগী থেংনরকপা ময়ামগী ৱারী তারগা ইমাগা বাবাগা কপ্পদি য়াদেকো।"

মচানুপাদুদা ফাগী তৌগে, ৱারৌশিন্নগে তৌরুবনি। অদুগা ওন্দনা মুংশাদুম থীহল্লক্লে। হংলকই,

—"হায়যু! হায়যু! ইচা করি তৌরক্লবা? হা—?"

মখোয় ইকোয় কোয়না ফল্লি নিংথরনা হায়,

—'বাবা! ঐনা য়াম্না ঙকপা অমা হান্না হায়গে।"

মানা লম্মাংনরকপা, চরা হেল্লকুনা থনফম তৌফম থঙদনা লৈরিঙে শরক্ত মাবু ফাদুনা পুবা, হিংবা শিবা থঙলক্কুবদা অহল অমনা লুনা তৌবীদুনা মহাকী মতেং পাংবিরকপা মথংশিংনা লীদুনা তাহল্লে। লোয়ননা মানা চেংনা কনা থঙহন্দনা পুরকপা, অহলদুনা শিন্নরকপা

পোংয়োম মচাতু মপাদা শিন্নরে। হাংদোক্লুনা য়েংই। হেক উবদা য়াম্না ওক্না হায়রকই,

—"হৈ! মসিদি মমল য়াম্না য়াম্বা মুঙ ভাক্তনিনহে মুপী।"

মথোয় য়েংম্মিন্নৈ। য়ারী মুন্না ভাজরিবী মমানা পরপ পরপ চঙশ্রুগা মিংশেল চনবা ফোটো অমা পুতনা থোরকই। নিংথবদা উংলগা হায়রকই,

—"সে! 'সি মানব্রা য়েংউ।"

নিংথবনা মুন্না য়েংলগা হায়রকই,

—'অসি'নিনে ইমা! মাগী মমায়দা থুংবা অচৌবা শমব্রু অতু ঐনা ফজনা য়েংলকপনি।"

অহল অনি অতু মুন্না য়েং'নৈ। মমিং ঈবা চেনবগুম তৌই। অনিমক্কী অনিঙবনি—"অশেংবা ওইরম্লবদি মুংভাইখ্রুনিদা, মতম কুইনা উথিদ্রবা ইনাওদো।" মচল মুপীনা শঙতুনা ইকজহল্লে। মখুং পায়তুনা চিংতুনা অমুক থোকমিন্নরক্লে। "য়োংগী মহুং পীনি হায়তু পীরো" হায়তুনা নিঙাই তৌতুনা লাকমিন্নৈ। "ঐথোয়' নিংথর লাকএ" হায়তুনা নোংলেন্দুম্না হরাওনা চঙশিংদুনা নিংথরবু কোল্লি। নিংথরনা মচলমুপীদা হায়,

—'তু! য়েংউ! ইমানা পায়বিসি।"

চেনশিন্দুনা য়েংই। লাওরকই,

—'বা—! ফজৈ হে! দাদা! মসিদি কদায়দৈ পুরকইনো?"

"ইমাদা হংউ'—নিংথরনা খুমই। মমাদগী লোরগা পায়তুনা য়েংই। হবাওই। মবুংদ অমুক য়েংই, পোংতুদা অমুক য়ে'ই। মমানা মপাদা তপ্পা হায়রকই,

—"মোই বাবা! ইচা নিংথরসিবু করি লাইনা ঐথোয়গী 'নাক্ত থারক্লিবনো খওদেদা! পুন্সিসিদা কাওবা য়ারোইদবা ভাক্ত তৌরকইদা। ফরে! 'সিনা 'সি ওইরে। নিংথর! নঙনা য়াবা খিজরুবা ননে অতুদি ফংলব্রা?

"ফংলে ইমা !" নিংথবনা খুমই—"ইপাদসু পাও পীরে। ইপা-তোনখোয়সু লাকমিন্নবনি ঐগা। ইপাগী নাক্তা লৈহৌরি।" মমানা হংই,

—"ছৌজিক করি করি তৌগনি হায় নপানদি ?"

নিংথরনা খুমই,

—মখোয়গী তম্নবা ইপানা অপাম্বা পোৎ লৈবা ইপা লাকখিগনি। অতুগা ইনেখোয়না লাকদবা মমিংসু ইপানা হায়রখিগনি।

—ফরে ! ফরে ! নপা লাক্লগা মানা পাম্বতু লৈবদা ঐখোয়নসু অঙম্বা মতেং পাংগনি। ঐখোয় ঙোইনমক শক থঙনবা চংতবা য়াদে। অচ্ মোই বাবা ! ইচা নিংথরগী লমকোয়বগী রারী তাতুনা অরাবা পোৎথাবা তারেদনা।

—ইচানা মায় পাক্ল হন্নকপসি ঐ য়াম্না নুংঙাইখ্রে। ঙা অচৌবা অমা লৈরুখিগে। নখোয় রারী তৌনা তৌনা চাক থোংনবা হোৎনরম্মু।

---

